# থাম্নাতিতা

মুহেন চোংথাম



নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ
যবেম্নম

*ঐগী পুন্সি মখাক্তা অনৌবা থৌনা পীবীরম্বী*

*লৈখিদ্রবী ইবোক অহম্বেম নিঙোল চোংথাম লৈরেনগী মফমদা*

# নোহাখোলগী মায়কৈদগী

অইবশিংনা মালেমদা নোংমা নোংমগী থোক্লিবা থোকখ্রবা থৌদোক ৱাথোক কয়াদ যূম্ফম ওইরগা মানা মানা পামজবা শৈরেং, ৱাবেং, ৱারী মচা, ড্রামা, উপন্যাসনচিংবা কয়া ইনৈ। ঐখোয়গী **মুহেন চোংথাম (চোংথাম মুহিন্দ্রো)** মথক্তা পঞ্জখ্রিবশিংসিদা খূৎথাবা অইবনি। অদুবু মানা খরা হেন্না পামজবসি উপন্যাসনি, হন্দক্কী **‘থাপ্পরিবা’** সিনা মাগী অনীশুবা উপন্যাসকী পোথোকনি, লোয়ননা নোহাখোলগী ৪২ শুবা লাইরিক্নি । লাইরিকসিবু ঐনা সাহিত্যবু নুংশিবীবশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা শীন্নজরি।

য়ুরেম্বম,
২৭/১/০৪

**গৌরো থোঙামচা**
প্রসিডেন্ট, নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ
(নোহাখোল), য়ুরেম্বম

# ‘‘থাপ্নরিবা’’ : মীৎয়েং অমা

মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী মশীং লীকই। শৈরেং অমসুং ৱারীমচানা শাহৌ ফনা মশা-মরেং লোংথোরকপগুম্না উপন্যাসতি চরোং চুন্বা ঙমদ্রি। অদুবু নহা ওইরিবা **মুহেন চোংথাম্না** অৱাংপা মায়কৈদা মীৎয়েং থমদুনা উপন্যাসকী লমদা থৱায় য়াওনা খূৎ থারক্লি। **‘থাপ্নরিবা’** মহাক্কী অনীশুবা উপন্যাসনি। পুন্সিগী অরুবা ৱাফম খরা কাংথোক্লবা হোৎনবনি, কিশি থোক্লবা লাক্লবনি। পুল্লিবা কিশি অসি থোক্লবা হোৎনবদা অইবনা ওবজেক্তিব ওইনা কদায় ফাওবা য়েংবা ঙম্লবগে হায়বসিনা ৱাফম অমনি। উপন্যাস অসিদা মপানা মচা নত্তে হায়না ইন্থোক্লবা মচা অমগী চৈনা কয়ানা য়োম্লবা লাম্থেং অমা উৎলি। কর্ণনা মমা মশক খঙজগে হায়বনা লাইনিং ওইখিবগুম অপূনা (উপন্যাস অসিগী হীরো) অশেংবা মহাকপু পোকপীবা মপাগী মশক খঙননবা হোৎনখি। মপা মশক খঙদবা অপূগী মরাইবক কনানা ওইহনবনো? মমা-মপা অনীগী মরীদা অকায়-অতোয় থোকপনা অমদি থাজনদবা, চিংনবনা মচাগী পুন্সিদা করি ওইরকপগে? মপাম খোঙদাদুনা লৈরুরবা নুপীগী মরাইবক্না করি? ময়াম অসিগী চয়েৎনবা মরক্তগী হৈথরক্লিবা মৈশাদি নৌরিবা পুন্সি অমগী কোকথক্তনি। মরাল পুম্নমক্কী থংজিনফম মরাল পক্লিবা পুন্সি অমদা ওইরকই। শারেপ তাল্লকপা পুন্সিদা তিনজং-লাইচংবা শিরুম-নাকল্লবা পামেলগুম্না শুংজিন্দুনা খাংবা তারকই। মমা-মপানা নুংশি ঈবীক চাই-চাইদুনা লৈখোঙ শোম্লবতদা মচাশিংনা শাহৌ ফনা শারেপ তানজবনি। নুংশি ঈবীক অসি অপূগী লাইবক্তা শরুক থুংলমদ্রে। বিজ্ঞানগী খুদোল ওইবিবা দি, এন, এগী ব্লড টেষ্টকী রিজল্টনা লৈখায় অমা তারক্লিফাওবদি ময়ূম লৈত্রবা

ষনবোইগুম্না কোয়চৎ চৎপা তাখি। পুন্সি লম্বীদা হন্না হন্না খুদি থীখি অদুবু অরোইবদদি মশাগী খোঙফম অমা ফংদুনা লেপখৎপা ঙমখি। অদুবু ফনমক ওইদুনসু নক্লখ্রবা ঈগী মবীদা, থম্মোয়গী মরীদা **'থাপ্নরিবা'** অদু অহাংবা লৈতনা নকশিন্নবা য়াখিব্রা ? মচাগী থম্মোয়দা হকখিবা দাকফমশিং অদু মুৎথৎখিবা ঙম্ব্রা ? অইবনা হংলি।

মচাগী নুংশিববু মীরাইরুরবা মপাগী থম্মোয়নুংদা থাপ্নরিবা শম্নবা ঙমদ্রবা অহাংবগী চৈনা ফাওরবসু মচাগী ঈঙ্গিৎ অমদা হিংবা ঙমখি। মচাগী থম্মোয়নুংদা থাপ্নরবসু মপানা লেমজনা মপাগী খুভমদা লেপখি। পূম্নমক অসিদগী করিগুম্বা ফীবম অমত্তদা নাম্থোকফম শুক্লৈ লৈত্রবা পুন্সিদি অপূগী মমানি। ফজদবা পূম্নমক্কী কোকথোং পুরিবী মহাক নুপীনি। মচাগী মফমদা মীনুংশি খঙদবী, থম্মোয় পান্দবী, মপুরোইবগী মফমদা লমচৎ নাইদবী অমসুং মশানা মশাগী থম্মোয়বু মীনমজবী অমা ফীবম্না মতম্না নমদুনা ওইহনখ্রবী ৱারৈ চেল্লবী অপূগী মমানি। মহাক মমা ওইনা লেপ্পা ঙমখিদে; ঙমহনখিদে। সমাজনা, চৎনবীনা হায়রি-- মোবেল কোদকী ৱাংমদা খোঙফম চোইরুরবী নুপীগী পুন্সিদি অসিনি। মহাক্কী লৈফম লৈতে-- মথক্তা শিরক্লিবা মরাল অদু তুমিন্না য়াজবা তাই। মদুমক অপূগী মমানা তৌখি। মরাল য়াজবতা নত্তনা মশামক্লসু দণ্ডি পীজৈ- থৌরী কোঙ্গোই হুক্কুনা। অপূগী মমা নুপীগী পুন্সিগী পাউখোং অমনি।

অপূগী শক্তম শেম্বদা অইবগী মীৎয়েং পূম্নমক চূপশিল্লি। পুন্সিগী নুং- পান্দা য়েৎলরিবা কূপ্পবা, চনৈনরবা মবীশিং মরুওইবা শক্তম অপূগী নীংশিং লামায় ফাক্তোকহন্দুনা ফ্লাস বেক্তা অইবনা উৎলি। অদুনা ৱারীগী ঈচেন্না থূপ্না লৈনা লৈনা চেম্থদুনা পম্থুং তম্লকই। অইবগী হৈ-শিংবা খুফোঙদোক্লি। উপন্যাস ইবা য়ারবা অনৌবা খূৎ অমা মণিপুরী সাহিত্যদা উবা ফংলকপসিদা তশেংনমক নুংঙাইজে। খূৎই অসিনা তুংদসু মীৎয়েং হেন্না কূপশিনবা উপন্যাস কয়া হনবা লৈতনা ইরকখিগনি হায়বগী থাজবা পীরি।

তাং ১৩/২/২০০৪
ইম্ফাল

**নহাকপম অরুনা**
কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই
লৈরক অচৌবা, ইম্ফাল।

# পঞ্জনীংবা খরদং

ইশাগী উপন্যাস অনী লাইরিক ওইনা পুথোকচবা ঙম্লকপসিদা পুন্সিসিদা ঐনা খঞ্জরকপা অপাম্বা অনীংবা থবক ওইনা খরা মখৈ পাঙথোকচবা ঙম্লে খল্লুবদা ৱাখলদা লৈবম্বা অৱাবশিং মাঙখিদুনা নুংঙাইবা ফাওরক্লে, শকউদবা মাবু থাগচচরি।

অনা-অযেক্কী, হিংনবগী পুন্সিগী লাম্থেং কয়াগী মরক্তা ঐঙোন্দা লৈরিবা লাইরিক ইবগী নিশাদি নোংমা নোংমগী ময়াই কনখৎলকই।

লাইরিক অসিনা মীমাঙ থোক্নবা হোৎনবকপদা খূৎই ওইনা লৈবিঙে অফ-ফত্তা য়েংশীনবীখিবা নুংশিরবা ইনাউশিং :- **তোংব্রম নিংথৌরেল**-- তাকযেল (এম,এ, ইংলিস), **চোংথাম নোরেন**-- সগোলতোংবা মমাঙ (সাইন্স গ্রেজুএট), **ৱাংখেম গুলমনি**-- সগোলতোংবা মমাঙ (এম, এ, এল, এল, বি, জুনিয়র এডভোকেট) অমদি কম্পিউটর টাইপ সেট্টিং মনুংদা ৱাহৈগী নাক-পু তাদবা কয়া শেম্বদা মতেং পাংবীখিবা সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্ক্সকী ইনাউ, **ক্ষেত্রিময়ুম সুর্জিৎ** লোয়ননা পূকচেল চাউরবা প্রেস মপু ওঝা **ক্ষেত্রিময়ুম বিমল** অমদি প্রেসকী অতৈ ইচীন-ইনাউ, ইচল-ইচেশিং, অদুগা নোংমা প্রেসতা লাক্তুনা লাইরিকসিগী মনুং অমসুং মপানগী কোভর ডিজাইন য়েংশিনবীরম্বা ওঝা **য়েন্দ্রেম্বম রন্ধিরকুমার**-- কঙলা শঙ্গোমশঙ, পূম্নমকসিগী মথক্তা নোহাখোলগী ঐগী ওঝাশিং **গৌরো থোঙামচা** অমদি **শশীকুমার য়ুরেম্বমবুসু** মখোয়না পীবীবা থৌনা অমদি মতেংশিং পুন্সিগী কাউজরোই।

অরোইবা ওইনা, লাইরিক অসিগী মরমদা ব্রাহৈ খরদং ইবিনবা হঙ্গৎচরুবদা হরাউ হরাউ য়াবীরকখিবা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী মণিপুরী ডিপার্টমেন্টকী এসোসিয়েট প্রোফেশার **ডাক্তর নহাকপম অরুনাগী** মফমদসু তৌবিমল খণ্ডবা উচ্চরি।

১৪/০২/০৪
সগোলতোংবা মমাঙ

**মুহেন চোংথাম** *(চোংথাম মুহিন্দ্রো সিংহ)*
সগোলতোংবা মমাঙ লৈকাই
নিউ কছার রোড, ইম্ফাল

# অমা

তম্নলাইগী মতৌগুম অথেঙবা অহিংদা ইবোক্কী ইশ্নোল মতোনগী পৃথ্রী মনাক্তা ঐহাক নুমিৎ খূদিংগী কোয়চৎ চৎপনি। ঙসিদি ইথোইনা ঙরাং অহিং ইশ্নোল মতোন্দা কাতু-কারন চৎলিবা ঐবু উবদা 'ইমা !' হায়না পাখৎনা খংলাউ লাউবগা লোয়ননা হাংদোক্লকস্না মিহুৎথোঙদু মখোল থোক্লা য়েশিল্লগা থিংজিনখিবা মাগী অকিবা মতৌদুদা থোক্লদ্রে। চাক তোক্লগা ফুঙ্গাদা ইবোক্কা মৈ তিকমিন্নরম্বগী লানা চাল্লিবা, থাবা লোইখিবদা ঙাইরিবা, শয়ী শীংতুপকী মৈতালশিং পাম্মূবদগী মীতোপ ঐনা অহিংদা ইথন্তা চাকশঙগী ফুঙ্গা মপান্দা ফম্লদুনা মৈ য়াইরি। ইবোক্তি মশা মুন্না মৈ য়াইরগা তূম্না চঙখ্রবনি।

ফমগাবা মতমগী য়েনখোং থাপ্লপ তাই। খবা খরা নকশিল্লকই। হন্দক্তি য়াম্না নক্লা ইথোইখোয়গী য়েঙ্গোন্দগী খোংলকই :- 'কেক্রেক-কে....'। মানা মমৈ ওইরে, ইচিক চিকখ্রে।

ঙাইহাক্কী মতুংদা ইবোক্কী য়ূম মনীং ৱাপলদগী লমহৌদোং অমগী হৌনা খোংবা খোঙ্গেলনা অচিকপা থুগায়রকই :-

"ঙ্যারাও .........ঙ্যারাও.........ঙ্যারাও........."

"তানীংদেহে !" ইথোইনা মখোইদৌ থিৎনা, লাউনা হৌদোংদুদা খংচৈ হেক চৈরকপদা ইশাশে খংপ্রেক খংই। মখা অমুক তারকই :-

"ঙাইহাক খোংলগা তোক্কে লৈতে, মখনাউ নাদ্রা করিনো !"

"অঙাওবীসিদি ! হৌদোংনা ৱাপলদা খোংজবসিবু থওইনা শাওই ।" মমা ইশি শিনা নোক্লকই।

"লাইরিক পাবা য়াদি-এ !"

"হায় ! নিংথমদনা খোংলিনিনে, মবূকসু লাপ্পমগনি।

অদুগনে, নবোকখোয়দা লমহৌদোং লপ্নোইবা অমা লৈরিবসিদি মবূক থন্না চারগা ফুঙ্গা মপান্দা লুম্না তুমিন্না কুনখ্রমাপ্লে; মব্রা-মখোল তাদেনহে !"

ব্রা ঙাঙবা লোইরগা ইখোই'মমা থব্রায় তানা নোক্লকই ।

"পরিক্ষাসু কুইদ্রে; লাইবিক থব্বা পাগে খনবনি.....। পাবদো কৈদৌঙৈ য়ূমদা লাক্কদোইনো খঙদে।"

"তূমখোক্লো। য়াহৌ ঙন্না হৌরগা পারো।

তম্নরক্লবদি কিনি। ঙরাং অহিংসু লাউবদো......।"

"ও-ও !" মমাগী ব্রাহে লৌশিনবা ঙল্লবদা ইখোই নোক্লকই।

লমহৌদোংদু খোঞ্জেল অমুক্কা হেন্না হৌনা খোংলকই । মমা মচাসু অহিংসিদা অকিবা ফংনা হিংচা- য়াইতশ্রীগুম নোকমিন্নরকই ।

হৌজিক্তি পূন্নমক লেপখ্রে। ইচিক চিকখ্রে । অচিকপবু কনানসু ঈথক-ঈপোম হৌহন্দ্রে । অদুবু ঈমায়দা হৌরিবা ঈথক-ঈপোম পূন্নমক ঈপাক্লা লৈরাইদা নুংশি হৈতনা য়েশিনবীবগুম ঐঙোন্দদি থোক্লরি ।

ইপানা মচা নত্তে হায়দুনা ঐবু য়ূমদগী তাম্থোরকখিবা নুমিদাংব্রাইরমদুদগী ঐগী চাক্কোই চাবা কোয়চৎ চৎপা পুন্সি হৌখি। ইমানা পাবুংগা খায়নদুনা মপামদা চহী অহুম লৈরুবগা হঞ্জিন্নরকপদা নাউপু মতম শুদনা ঐবু পোকপীখি। মসিনা ইপানা ঐবু মচানি হায়বদা চিংনখি। ঐ পোকপা নুমিত্তগী ইপানা য়ুদা লুপখি। ঐগী মিং ইনেতোন রানি (পাবুংগী মচলতোম্বী ) না 'অপূনবা' থোনবীখি। খায়নরুরবা ইমা-ইপাগী হঞ্জিন্ন পূনশিন্নবগী খূদম্নি হায়দুনা। তশেংবদি ঐনা ইমাগা-ইপাগা ঈশিংগা-থাউগা তিন্নবগুম ব্রাখল খাইবুম্নহনখি ।

লৈকাইগী মীশিংনা 'অপূনবা' হায়বা মিঙ্গৌসি কৌবদা খূৎলোয়দে হায়দুনা ঐগী মিং মমৈ খরা ককথৎলগা শম্না "অপূ" কৌবীখি। মখোয়না ঐবু পীক্লিঙৈ য়াম্না নুংশিবীখি। "রাশি চেল্লি, মীনা হেক য়েংবদা নুংশিবা পোকপা অঙাংনি "শোন্নবীখি।

অদুবু শক অমদি রাশিনা হিংবগী লাইবক লেপ্পদি য়াদে। পীক্লিঙৈদগী ঐবু নুংশিবীবা কনাসু ইমুংদা লৈরক্তে। অপোকপী ইমাফাওবা ঐবু হাক্কনবীবগী মহুত্তা অহোইনদুম চৈরাক কনশিলহনখি।

"ফূ ! ফূ ! ফূদৎলু; চাউরগা কৈনো'মা তৌদৌরি মদু। মাগী হাক্তক্তা কোর্ট-গারোৎ কাদৌরি, কৈশুমশঙ চঙনদৌরি।"

চৎন-থোক্লা লৈরকপনা ইশাগী চহী ১৭ তা মেট্রিক লাল্লে। কলেজদা মিং চল্লে. আর্টস ষ্ট্রীমদা। কলেজ অহানবা পুক্সিদুদা মরূপ লোইজিংগা খঙনখি।

মাগা ঐগা লৈফম য়াম্না থাপ্নবা নত্তে। খুল্লোম্নবা মচানি, অদুবু হায়স্কুল পুন্সি পূনমিন্নরক্তবনা খঙনদবনি। মহাক মীওং অমনি। মশম লেংপাক য়ৈনা খাকই; ইপা পাবা চপৱাং ৱাংবা মশাদুদা হিক্নোম হিক্নোম্বা ফুরিৎ-খোঙ্গ্রাও, জেকেট সেকেন্ড হেন্ড দুকানগী ইষ্টি ইশী শীজিন্নদ্রবসু য়াবমক্তা শেৎ-চাই। খোঙদা অচম্বা ফি খোঙুপ নৎত্রগা শেন্দল। খুৎশেমগী মনম-মহা অমা হকচাংদা চেন্দ্রে। অমরোমদা ঐসু মরূপকা হায়রপ মান্নখি। ইয়াম্বনা শেৎ-চারম্বা মঞ্জুনবা ফি-রোলশিংগা খটা-বই মচা অমগা মায়কৈ মচাশিংগী সাইকল, গাড়ী মচা মনীংদা নোংমগী থোকঅ-থোক-অ-বা নপুনা কলেজ পুন্সি হৌখি।

ইশাগী সাইকল অমাফাওবা তোংদুনা কলেজ কাবা ঙমদবা ঐগী পূক্লীং নুংশিনীংঙাই ওইরবা মতমদুদনি মহাক্লা ঐঙোন্দা মীনুংশি চাউবা ৱাঙাঙগা লোয়ননা "মরূপ" কৌদুনা মাগী থৌজালগী খূৎ তিংথোরকখিবদু।

ঐখোয় মায়কৈগী কলেজ অহানবা কাবা কাঙবু মশা মশাগী সাইকল অমমমগা, ফীভম ফবা ইমুংগী মচা-মশুশিংনা মোতোর সাইকল ফাওবা তোংদুনা, নৌনা তূবা খোঙ্গ্রাও-ফুরিৎ, অহনবা শঊন খোঙুপ, খ্বাংদা অনানবা কাপ লংনা থাবা শঊন পেতি ফারদুনা নোটবুক অমমম মশা মশাগী খোঙ্গ্রাও তুংগী ফুরিৎখাউদা থেকচিল্লগা য়েপ্লদুনা পূন্না পূন্না লম্বেল থনবমখে কলেজ কারম্মী। ঐসু কলেজ সেসন হৌদৌরে হায়নরকপদা সাইকল অমতং লৈনবা ইমাদা নাকোইননা ঙংলম্মী। অদুবু পাবুংনা থা ৫/৬ তি ঐনা থোকপা চৎলু, ইয়াম্বনা মীরমদা মহে তম্বা চঙখ্রগা মাগী সাইকল শীজন্নৌ ইমাদা হোদোরকখি।

## থাপ্পরিবা

কলেজ সেসন হৌখিবা থা অমগী মতুংদগীদি সাইকল ত্যুব-তয়ার খাঙদ্রে হায়দুনা মী পুদনবা ইমান্নবশিং মাগী মাগী সাইকল কেরিয়ার লৌথোক্লখ্রে । সাইকল তোংবা ইমান্নবশিংনা ইস্থোক্লম্লবদা খবা কোইনদবা লেম্বগী লুনা মনীংদা নপ্তুনা কলেজ অমুক চৎখি । মদুসু কুইখিদে, থা ফাখিদে ।

নোংমা ঐখোয়গী খুঙ্গংগী কৈথেলগী মতাইদা, লম্বী লমজাও মপান্দা হৌবা সনা খোঙনাং মখোঙদা লেপ্তুনা লেম্বা হাইগৎলকপা ঙাইরম্মী । মাবু ঙাইরিঙৈ সাইকলদা কলেজ কাবা ইমান্নবা তরামুকসু লম্বেল থন্না সাইকল খৌগৎমিন্নরকখি। ঐবু উবদা মখোয়গী মরক্তগী অমনা, “লেম্বা ঙাইরিব্রো ....?” লক্লবগী মওংদা কৌরকখি।

“উম” ঐনা হৈনীংদনা খুমখি।

মখোয় ঐনা লেপ্লিবা মপাদগী সাইকল পুন্না হেনগৎলগা ‘ব্রা’ লাউনা নোক্লকখি।

ঐ খাঙবদা য়াম্না ব্রাখি।

চৈনাদু ব্রানা খাঙলিঙৈ মীচম পুবা বস অমা ইনাক্তা খাম্লখি। বসকী মিহুৎথোঙদগী মকোক লীখোক্তুনা লেম্বনা ঐঙোন্দা লাউথরকখি :-

“অপূ! ঐ বসতা চৎলে। কাখৎলক্লো, চৎশে ....।”

“ঙসিদি চৎলরোই-এ ....। নহাক চৎলুরো। ঐ মনীংলোমদা থবক অমা চৎলুগে হায়দুনা হাইথরকপা বস ঙাইরিবনি।” অশেংবা লোৎপা ঐগী পাউখুম্নি।

“ও..ও..” হায়বগা মঙক্তু থেঙ্গুগুম্না তিংথোক্তুনা ঐগী খোঙ্গাওগী তুংগী ফুরিৎখাউদা য়েংলগা নোকখি নোকখি বসকী মিহুৎথোঙ মনুংদা মকোক লীৎশনখ্রে।

ঐগী অরানবা পাউখুম খোঙ্গাও মতুংদা য়েপ্লিবা নোটবুক্তা মহাক্লা ইরায় লায়না ফাখিবদুদা ঐ হায়ফম খঙদনা ঈকায়-নুংশি য়ান্নখি। মায় ইরুম লূম্লকখি।

বস থৌখ্রে। লৈচিলনা মশা লূমথরবা অতিয়াদগী নোংলীক তারকপগুম ঐগী অরুম্বা মায়দগী লৈমায়দা পিরীক খরা তাখি। অতোপ্পনা উখিনি পাখত্তুনা মিত্তা তীন মচা চঙখিবা শা নোইশিন্নরগা পি কংহন্নবা হোৎনরিঙৈ কনানো অমনা ইনাক্তা খৎপ্রেক খৎনা মন্দিলা হৌনা খিংলকখি। ইপা পাখৎনা খংয়েং হেক য়েংথোক্লবদা ইনাক্তা লোইজিংনা লম্বেলদা মখোঙনা সাইকল খাম্লগা লেপ ঐগী ইতৌ য়েংলম্মী।

"তোংখৎলক্লো, কলেজ চৎসি ....." মাগী নুপা সাইকলগী মমাঙ ফ্রেমদুদা মখূৎ য়েৎনা ইঙ্গিৎ তৌরগা হায়রকখি।

"ঐদি মনীংলোমদা থবক অমা চৎকদবনি, কলেজদা নত্তে।"

"নতুংদা য়েপ্লিবা নোটবুক্তুদি...?"

"শৈরেং ইনীংলকপা মতমদা ইনবনি"– হন্না হন্না ঈকায়বা নংদনবা ঐগী অশেম্বা পাউখুম্নি।

ঐগী পূক্নীং-ব্রাখল মহাক্না হোদ্রোং হোনা উখি। মহাক্না ঐবু অশেংবা ৱাফমদগী থৈদোকপা ঙমহন্নখিদে।

"নহাক শৈরেং ই ঐসু খঙই। নহাক্না ইবা শৈরেং কয়া অঙাংশিং, নহা মচাশিংনা স্কুল, ক্লবকী লিটরেরি মীটশিংদা থিবা ঐসু য়াম্না তারে। অদুবু থবক চখোকপদা অদুক থাবা শৈরেং ইনবা খূৎপায়-চে পুবা হৌনদে।

মরূপ, ঐনা নঙবু 'ঐগী সাইকল মমাঙ ফ্রেমদা তোংঙু; কলেজ পূন্না চৎমিন্নসি'- হায়নীংবা কুইরবনি। অদুবু নহাক্না লেম্বগী লুনা মনীং নপখিবদুদা ঐ তুমিন্না লৈরবনি। লেম্বদো মপানা মাগী লুনা মী পুরগা কলেজ হেক হেক চৎলি তাবদগী বসতা চৎহল্লিবনি।

ঐ নঙগী ৱারী তারে ...। নুংঙাই য়াইফনা পাল্লিবা নখোয়গী ইমুংদা ননীং থুংদে, নঙগী ৱাকৎ তাবীনবা কনাসু লৈতে।"

ঐবু মাগী অকোনবগী ৱাহৈশিংদুনা মপান থোক্না কপহনখি। অদুগা মাবু পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই পাউদম্নবা, থম্মোয় লান্নবা য়াবা মীশক্লি চিংনবা লৈতনা থাজহনখি।

মথৎগী নুমিত্তগী মাগী সাইকলগী ফ্রেমদা তোংদুনা ঐ কলেজ চৎপা অমুক হৌখি।

ঐখোয়নীনা কলেজ লাইব্রেরিদগী ৱাংউলোনগী, লৈঙাক্লোনগী, শেন্মীৎলোনগী, পুৱারীগী, লোয়না শিল্লোনগী লাইরিক কয়া ৱায়দুনা পারগা খন্ন-নৈনমিন্নরম্মী। করিগুম্বদনা ঐগী অইবা ৱারেং, শৈরেংশিং মা-ঐ পামিন্নরগা অয়া-য়াদা, অৱাৎ-অপা লৌথোক-লৌশিন, শেমদোক-শেমজিন তৌমিন্নদুনা মপূং ফানা শেমগৎমিন্নখি।

**থাপ্লরিবা**

পি, ইউ, সি-গী অরোইবা পরিক্ষা পীখিবা মতুং ইকুই কুইদ্রিঙৈ মাগী অচৌবা মতেংনা 'ঙাইবা' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙখি। ঐগী লাইরিক্তুগীদমক মাগী য়েনয়োকশঙদা লোইজবা য়েন ৪০/৫০ দু তক্তুনা য়োনখি।

মহাক মমা-মচাদং মপানা থম্বীরম্বা য়ানা শাবা ইনা কুপ্পা মৈতৈগী লাইখল যুমজাও অমদা লৈবনি। মপা লৈখিদবা চহী ৭/৮ শুরম্লনি। লৈত-লায়রবনা চীং-মান্দা লংফৈ তোয়না চৎপদগী মেলেরিয়া পল্লক্তুনা শিখিবনি। ময়াম্না অমখক লৈবদু মযূম পানবা চহি ওল্লকপদা তোঙান চাখ্রে। মাসু ফীভম ফনা হিংবদি নত্তে। চেক্কী মিষ্টিনি; খূৎ চৎলবা, মমিং লৈবা মীশক্তি নত্তে। মচীন-মনাউমক খুঙ্গংদা লৈরবসু লৌ উদে। খুঙ্গংগী পাক চাউথ্রবা লৌফমদা মখোয়গী লৌচা ফৈদোম অমত্তসু য়াওদে। ফীভমসিদা ঐগী লাইরিক ফোঙবদা মতেং পীরিবা মরূপ্পু ঐ থাগত্তবা ঙমদে। ঐগীদি পাবুং লৈঙাক্লোইগী থৌমীনি, লৌরি-যূম্ফমসু নীংথিনা থোই-হেন্না লৈরিবনি। অদুবু ঐগী অপাম্বা থবক্তা য়ৈথৎপা, ঙাঙবীবতনি।

ঐগী লাইরিক ফোঙলমদাইদা ইমাদা পাবুংনা ঙাঙখি :-

"করিগী লাইরিক ফোঙবা ! মীগী মচীন-ময়া লাইরিক মৈ হৌরবা কাঙবুনা তৌগদবদুবু ঙরাং-ঙহান্দা কলেজ কাবা মানা। মহাক্লা তৌথোরকপা অমা নাতৈ চাদবা ঙাক্তো....।"

প্রেসকী শেলফম খরা পীথোকপা ঙমদনা লৈবদগী প্রেস মপুনা নোংমা যূমদা লাক্লগা ইমা-ইপাগী মমাঙদা চয়োল অমগী মনুংদা অৱাৎপা শেল পুরক্তুনা লাইরিক লৌথোক্লদ্রবদি মহাক্লা খোকপা দুকান্দা পোৎ তম্লবা কে,জি ওন্থোকখ্রগে হায়ববদুদা শাউনীংবগুম-ঈকায়বগুম মাগী শেলতদি লোইথোক্লরগে খন্দুনা ইয়াম্বদগী খুনবা ঐগী সাইকল মমল হোংনা য়োম্থোকখিরম্মী।

লাইরিক্তু মরূপ-মপাং, খঙনা-চান্নবশিংদা খরা চাইখায়খিবদু মখোয়সু মহৈ তম্লিবা শেম্থোক লৈত্রিবা ঙাক্তেনিনা শেল ইখোম খোমজিনবা ঙম্লমদে। ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিংনসু শৈরেংগী লাইরিক শিত্তে হায়দুনা ইথম থম্বীয়ু য়ারকখিদে। নম্লুবা লাইরিক তেবলদা মপৈ মপৈ পৈদুনা লৈরম্মী।

পি, ইউ, সি-গী অরোইবা পরিক্ষা মায় পাক্তুনা বি,এ অহানবা তম্বা চহীদা মরূপ-মপাংশিংনা য়াদদুনা ঐহাক কলেজ মীখলদা মেগাজিন সেক্রেটরি ওইনা চোংথোক্লম্মী। ঐনা তৌরিবা থবক খূদিংমক পাবুংগী মফমদদি মাগী মায়োক্তা লেপ্লগুম

থোকখিরম্মী। পাবুং ব্রা ঙাঙখিদ্রে। য়ুমদা ঐগী মফম লৈতবগুমখি। ঐগী মীখলগী খন্ন-নৈননবা ওফিস য়ুমদা হাংবা ঙমদদুনা মরূপকীদা হাংলম্মী। মরক্তুদা ডিগ্রী সাইন্সকী মীরেপ জগৎসিংনা ঐবু মীরেপ ওইদনবা কন্না মুকপা কিহনবসু লেপ্লমদে। মহাক্না গ্রেটর ইম্ফাল মনুংদা লৈবা, কলেজ মনাক্কী মহৈরোয়নি। ঐনা খুঙ্গং মচানি।

মীরেপ চে লৌথোকপগী অরোইবা নুমিৎনি। মহৌশাগুম ঐ মরূপ লোইজিংগা মাগী সাইকলদা কলেজ কারম্মী। লম্বীদা, কলেজ য়ৌগদবা কিলোমিটর অমরোম ব্রাৎলিঙৈ, নহা খরনা ব্রারী শাখিসি হায়দুনা ঐখোয়গী সাইকল থৎলম্মী। মখোয়না মরূপ ঐখোয়নীবু নোংমৈ মচা উত্তুনা কিহল্লগা হায়রবগী মখাথংবা নাকন্দা চৎপা লম্বী অমদগী খরা চৎলগা অখুবা লৈরক অমদা লৈবা য়ুমদা পুশিল্লম্মী। অদুগা ঐবু নমদুনা চেজম অমদা ইশাগী মীরেপ চে লৌথোকচরে হায়বগী ব্রারোল প্রিন্সিপালগী মফমদা ইখূৎমক্লা ইহনখি। মখা তারকপদা মখোয়গী থবক মায়পাক্লবা নুমিৎ তারমদাইফাওবা ঐখোয়নীবু য়ুমদুগী কা অমদা চিক্লা ফাজিন থল্লম্মী।

মথংগী নুমিত্তা প্রিন্সিপালদা ঐহাকপু মীরেপ অমা ওইনা লৌবিনবা থোকখিবা থৌদোক্তু মরীক চুম্না চেজম অমদা ইরগা পীশিল্লম্মী। অদুবু ঐগী ব্রাকৎ প্রিন্সিপালনা লৌবিখিদ্রে। ঐহাক মীরেপ ওইবা তোকপা তারম্মী। নাকল অমরোমদনা জগৎসিংগী কাঙবুনা মহৈরোয়শিংদা ঐবু হুল্লগা ভোট খোল্লম্মী।

"মশাগী সাইকল অমা ফাওবা ভোংবা ঙমজদবা, বস অতোংমল পীবা ঙমদবদগী কলেজ অয়াম্বা মতমদা কাদবা, ঙাইহাক ঙাইহাক্কী নীংলকপদা নুংশিৎ কাংবা মাগী ঈকায় খাঙবগী কঙ কোৎপগী ব্রাফমবু প্রিন্সিপালনা কদায়দগী লৌবিগদগে।"

মীখল নুমিত্তু মরূপ লোইজিংগা ঐগা জগৎসিংগী মায়োক্তা লৈশেন্নগী ভোট খোমলম্মী। ঐখোয়নীগী শক উরগা মখোয়না করেম-কথাইননা হায়রকখি :-

"মী চেন্দবা অনীদুনা ভোট খোমদনা কয়াম খোমদোইনো ? করিনো তৌরিসিবো ! মীরেপ অমুক ওই, খোংবান অমুক ওই, কাঙলম অমুক চেল্লি ...।

তাম্বোকখোনে, য়েংনীংদে অঙাওবা অনীদো ....।"

সীংনবা হৈতবা ঐবু মখোয়গী নাতৈ চাদবা ব্রাহৈশিংদুনা সীংননীংবা অমা পুক্নীংদা কন্না ফাওহনখি। ঐগী হকচাংগী শিংলী-নাউরী খুদিংমক ফোঙ ফোঙ শাবা ঈগী ঈচেল চেল্লম্মী। অদুমকপু মরূপকা ঐগা ব্রাহৈ অমত্তা খুল্লমদে। মখোয়গী নোকশিন-খেজিনবদি অসুম হেঙ্গৎলকখি।

**থাপ্নরিবা**

ঐনা মরূপকী খূদাং ফিংনা তাপ পায়রগা চিংখি।

"লাও ! মরূপ, ঙসিদি খঙহনসি।"

খোঙলৈ থুনা ঐহাক ভোট থাদফম কাদুদা চঙশিল্লম্মী। মিৎনা কুপ্পদা বেলোট উপুদু সুপকোন কোনশিল্লগা পায়রদুনা ঐ মপান্দা চেম্থোরক্লম্মী।

কা মনুংদা ফল্লিবা প্রিসাইডিং ওফিশার অমদি এজেন্টশিংনা 'ফাও ! ফাও ! বূঠ লাকখ্রে !' হায়দুনা লাংনরকপা মতমদা ঐদি বেলোট উপুগা লোয়ননা মরূপ লোইজিংগা কলেজ লম্পাক্তা মনীং পাংনা চেল্লম্মী। মহৈরোয়শিং অমসুং ওজাশিংনা ঐখোয়নীবু ফানবা লাউ-খোংনা তান্নরকখি। মমৈদদি বেলোট উপুদু কলেজ লম্পাক লাম্থোক্লগা নোংচুপ থংবা নাকন্দা অৱাং পাংনা হায়ৱেদগী চৎখ্রিবা লম্বীগী মনীং থংবা শরুক্তা লৈবা পৃখ্রী অমগী ময়ায়দা হুন্থরল্লগা ঐখোয় লম্বীদুদা চেল্লম্মী।

মখোয় ঐখোয়বু মখা তানা তান্নরকখিদ্রে, পৃখ্রীদা থাদরল্লিবা বেলোট উপুদু খুনগৎনবা হোৎনহৌরম্মী।

নুমিদাংদু ইরোইশেম্বদা মরূপ লোইজিংগী মন্দোমচা (মমাগী মনাউনুপী) গী যুমদা ঐখোয় লেক্লম্মী। নোং ঙাল্লগা পাউ তাখি পাবুংগা মরূপ লোইজিংগী ময়াম্বগা ঐখোয়গী সার্কলগী পুলিস ষ্টেশনগী ও, সি কাঙবুনা ঐখোয়নীগী মহুৎ শীন্ন হৌখিবা নুমিদাংৱাইরমদুদা ফাখ্রে।

লোৎলুবগী কান্নররোই খঙলবদা ঐখোয়নীমক পুলিস ষ্টেশন্দা ইখোঙ থোংনা চত্তুনা ও, সিদা চঙজরম্মী। ঐখোয়নীবু কষ্টদিদা অহিং অমা থল্লগা মথং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ইম্ফাল জিলাগী মেজিষ্ট্রেৎকী মমাঙদা পুথোক্লম্মী। মেজিষ্ট্রেৎনা পুলিস রিপোর্ট কৃপ্পা য়েংশিল্লবা মতুংদা ঐখোয়নীবু ৱাহং-পাউহং চখরম্মী।

ঐখোয়নীমক চহী ২১ গী মখাদা লৈরিবা অদুগা মমাঙদা ফত্তবা থৌদোক-ৱাথোক অমত্তদা চেন্নদ্রিবা ওইবনা মেজিষ্ট্রেৎনা মতুংদা অমুক হন্না অরানবা থবক তৌদনবা ৱাহৈ খরা হায়রগা ৱাকোংশেল লুপা চামঙাদং থীরো থাদোকপীরগে হায়রম্মী।

মরূপকী মমানা মেজিষ্ট্রেৎকী তেবলদা চাম্মা চৎপী মঙা থল্লগা- "সাহেব, মতুংদদি অমুক হন্না অসিগুম্বা লমহেনবা থবকশে তৌদনবা মমা ঐনা ইচাশিংশে ৱারক-ৱাতেমজরগে" হায়রম্মী।

ঐনা যুমদা থুংবা মতমদু নুমিদাংৱাইরম ওইরম্মী। ঐগী খোঙ নাম্মা মাঙ্গোল দাড়ীদা হেক থাঙ্গৎপগা পাবুংনা ইমুংদগী শাউনা লাউবকখি ঃ-

"নহাক য়ুমসিদা চঙলকপা য়ারোই...নঙদি ইচা নত্তে... য়ুমসিদা নঙনা লৈবগী হক লৈতে।"

পাবুংগী অকনবা ব্রাহৈশিংদুনা ঐ মখা তানা য়ুমলোমদা খোঙ থাংজিনবা ঙমখিদে। কোক অসি লুকথনা থাঙ্গৎলুবা খোঙ নাম্মা লৌথরগা য়ুমলোমদগী তপ্পা তপ্পা থোঙ্গাল্লোমদা খোঙ থাংদোরকখি।

অহিং থেঙজিনখ্রে। অনীসুবা য়েনখোং তারে। লানা চাক্লম্বা শয়ী মৈতালশিং লোথখিদুনা উৎ তাম্থী ওনখ্রে। মৈশা লৈত্রবা ফুঙ্গা মনাক্তুদা কয়া কুইনা ইথন্তা উংলুরিবা!

হৌগৎলে। চাকশঙগী লৈমায় ময়ায়দা থাল্লিবা মুকফু লিক্লি থাউমৈ ফক্লাং মনাক্তা পুশিল্লগা মুথৎলে। য়ুমজাওগী মনীংথোঙ লোনশিল্লল্লগা তৃম্বা চঙলে। ইবোক্তি নাখোক্তুনা নুংঙাইনা তৃমথরল্লে।

নুমিদাংগী চাক্লেন চাদ্রিঙৈদা ইশানা হান্না ফম থাদোক্তুনা থল্লবা ফমুংদা কাখৎলে। ঐনা হিপ্লিবা হিদান ফমুংসি ইবোক্কী অউন্নি। লুহোংফান মাল্লি। ইবোক্লা মপুরোইবনা হিপ্পরম্বা ফমজাওদা হিপ্লি। হিদান ফমুংসি নোং-ফাদোক অতোপ্পনা হিপ্লসু হায়দুনা থারগা থম্বনি। অহল ওইরক্লবনিনা অনা-অয়েকসু তম্বা ঙম্বা নত্তে।

থেঙলে হায়দুনা মিৎ উইশিন্দুনা তৃম্বা থেমই। অদুবু নীংশিংবনা পুন্সিবু মচেৎ মচেৎ চীকথৎপা হৌরক্লবদা ঐগী কোক অসিদা হৌখ্রবা থৌদোক-ব্রাথোকশিংদো থমজিল্লগা করম্না তৃমগনি ?

নুংশি মরূপতো! মাগী মংফমগী অঙাংবা ফুরানা ঐবু থৌনানা থল্লবা লাম্মী অমা ওইহল্লি। মাগী ব্রাৎহৌবা থৌদাং পূম্নমক ঐঙোন্দা নমশিল্লি। ঐসু করম্না নাম্থোক্কনি – মহাক ঐগীদমক খারৌ-লাইরৌ খঙদনা চেনখিবনি।

মরূপকী য়ুমদা লৈরকপা চয়োল অমগী মতুংদা পাবুংগী অশাউবা নেম্লন্ননি খনবদগী ঐনা মাবু অয়ূক অমা য়ুমদা ঐ চঙবা য়াবগী অয়াবা লৌরুনবা থারম্মী। ঐ চৎখিবা মরূপ্না পুরকপা পাউ তানবা মাগী কাদা নুমিত্তুগী পাউ-চে উগী পোত্থা-ফানশাংদা লোংনা হিপ্লগা চাউয়েং য়েং ঙাইরম্মী।

মহাক্কী খোঙথাং মখোলনা থোঙজিন ময়া য়ৌরকপগী শহুম ফংবগা ঐনা হংলম্মী ঃ-

"কনা কনা উন্নরকই ? ঐ লাক্লো হায়হৌব্রা....?"

থাপ্লরিবা

মহাক ঐগী পাউখুম পীদনা চৌকিদা মরু লুক্রা ফমথখি।

খঙজখি -- যূমদুদা ঐগী মফম লৈত্রে; ঐগী কনাসু লৈত্রে।

মখা তারুদ্রে।

ইমা (মরূপকী মমাদি ঐগীসু ইমানি) কাদুদা চঙলকখি। মহাকসু খঙলবনি– ঐগী ব্রাবী, মরূপ্না চথোক্লুবগী মরম....।

ইমানা ঐবু থেমজিনবীরকখি ঃ- "ইচাসিদি নঙগী মরূপকা 'সিদা সুম লৈসুঙাইদা।

মীমান্ননবা, নমান নমান্নবনা হেনখিদনবা কন্নতা শূ-নোমউ, হোৎনৌ।"

ঐহাক হৌখিবা থৌদোকশিংবু নীংশিং নীংশিংনা করম্না মতমদা তূমথখিবনো খঙবা ঙমদ্রে। ঐনা মিকপ থোকপদা নোং ঙাল্লম্লে! উচেক-ব্রায়াশিং ইরাং লাংলম্লে!

থোঙ্গালদা হোক্করগী সাইকল মন্দিলা লেপ্তুনা "ক্লিং.... ক্লিং" খিংলকপা মখোল তাই। ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। পাউ-চে খঙপা পানীংলক্তুনা মপান থোক্লগা লৌরুগে তৌরুই।

ঐগী তূমফম কাদা পাল্লিবা অখূবা মিহুৎথোঙ চঙশিন্দুনা হাংদোক্লে। ইথোই পাউ-চে পানা পানা থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকই। মিৎ কুপত্রে মাবু য়েংবদা। মহাক ঐনা য়েংলিবদু হাইফেৎ উথোকখ্রে।

কিরব্রা করিনো! ময়ূম তম্না চেনশিনখ্রে।

ঐ হৈনীংদনা ফমুংদা হন্না হিপচল্লে।

# অনী

ইথোই...., নঙনা ঐবু লান্না লৌরমগনি। তশেংবদি নীংথিবীগা শক মান্নবদুদা ঐনা নহাকপু য়েংনীংলুবনি। মহাক মরূপ লোইজিংগী শাগৈগী মচলনি। মখুডা থোকপা নাবিনগী মচানুপা অহুমগী মনুংদা নাইতোম য়াওবী মিংগা চান্নবা চঙখোন্না ফজবীনি। চহীদি নঙোন্দগী মহাক্লা খরদি হল্লমগনি। য়াম্নদি নত্তে — অনী/অহুম।

নোংমা কালেম্থাগী নুমিদাংৱাইরম অমা মরূপকী কাদুদা ইথন্তা ঐনা তেবলদা চে-কলমগা ওইগী খূনীংনা তেবল মমায়দা শৌরগা লাইবক্তা খূৎ থম চৌকিদা উংদুনা ফম্লিঙৈ মহাক চঙলকখি। অদুগা ইকোই কোইদনা হায়রকখি ঃ-

"তাতোমচাদা হায়খ্রবনি, নঙোন্দগী মেগাজিন্দা হাপ্লবা শৈরেংলা ৱারীমচারা অমত্তা লৌগে।"

ঐগী অচিকপা ৱাখল মহাক্লা খংকায় হেক কায়হল্লকপদুদা ঐ খংলপ তৌনা মঙোন্দা ঙকচান্নবা য়েংথোক্লম্মী।

মহাক ঈকায়তক তৌখি। তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লুম মমায় ঙাংশিনখি। অদুবু মনিগুম লংনা মঙাল থোকপা য়াতোন পরেং হাইফেৎ উনা নোকফেৎ তৌরগা থম্মোয়বু ইরায় লায়না খূদুম চনবা ঙল্লিবা মিৎ অনীদুনা ঐবু শুমদুনা থল্লগা মখা তারকখি ঃ-

"..... য়াবা নৎত্রা..... ?"

"হোয়, শৈরেং অমা য়েংসি।" ঐনা পাঙ্গল থোক্তনা, শোন্না খুমখি।

"অদো...হৌজিক....."

থাপ্পরিবা

"য়ানি" হায়দুনা থংনবা কাদা মরূপ ঐখোয়নীগী ওইনা থারিবা ফমুংগী মোন মখাদা থম্বা শৈরেংগী খটা-বই হৌগত্তুনা লৌরুবগা পঙশাং শাংদবা অমা ময়াম মরক্তগী খনগৎলগা পাথোক্কুনা মাবু তাহল্লম্মী।

ঐগী শৈরেং তারগা মহাক্না হায়রকখি ঃ-

"তাবদি নুংঙাই, ফজে; করি হায়রিনো-এ-দি অমত্তা খঙবা ঙমদে।

অদো, মদুনা লাইরিক ফোঙবদা হাপ্পবা থম্মো। ঐগীদি কায়নবা/থুংনবা, নংত্রগা শৈহৌ। য়ারগনা ব্বারীমচাদা নহারোলশিংগী থম্মোয় ফাগদবা।"

ঐগী শৈরেংগী খটা-বইদু খুমজিল্লগা মখা অমুক তারক্তনবা ঐনা হায়খিঃ-

"মদুগুম্বদি ঐদি ইদেবু।"

"হৈমা! নহানবো...। অদুদি করি ইরিবা ?" করেম্নবা মীনোক্না ঐনা ইরিবশিং ইথৌ থৌশাদবগী মওংদা মহাক্না হংলকখি।

"পুন্সিগী লৈতাদ্রবা পুন্সিগী। খুন্নাইসিদা, মতমসিদা" ঐনা শম্না খুমখি।

মহাক শকফম হঞ্জিল্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকখি। মাগী মিৎয়েংদুনা ইশাশে ব্বাই ইচিন চিলহনখি।

মহাকপু মমানা কৌরকখি ঃ-

"ইবেম্মা, ইবেম্মা....। ও, নীংথিবী...।"

"লাক্লে, ইমা" হায়দুনা মহাক চেনখি।

মদুগী মতুং ইকুই কুইদনা নোংমা নুংথিল অমা নুংশা শারিঙৈ ঈরুজগে হায়দুনা ঐ মরূপখোয়গী মমাঙ পৃথ্রীদা চৎলম্মী। তাল্লক ওইবদুদা মহাক মথম্তা মফি ফিদোন কোমলপ খারাদা ঈরুজরম্মী। ঈপোম নাইরবা মাগী হকচাংদগী নুংশাগী মশেক থক্তোরক্কুনা মিত্তা য়ৈরবদা ঐসু ইথক থক্না পৃথ্রী মপান্দা লেপ্লুই। ঐগী শক উবগা মহাক্না "হৈমা!" ঈকায়বগা কোন্ননা খংহায় হায়দোকপগা লোয়ননা অকোম্বা মফি শেমজিনখি। ঈরুজরিবা অপাবা অমোনবা ফদিদুনা অকোকপা মনঙ্গল, ঈপোম্লবী হকচাংগী ফি থুংদবা শরুক কুপশিনখি। অদুগা মমায় পুবা ঙমদ্রবা মকোক্তু ঈশিংলোমদা লুকথখি। চঙশিল্লুবা ঐহাক ফুম্বংননা অশাবা শক্তমগুম ঙাইহাক পৃথ্রী মপান্দুদা তুমিন্না লেপখি।

মহাক নোম্বুবা হেনমনখিদুনা 'ইমা!' হায়না লাউরল্লগা ঈশিংদা মখোল থোক্লা তাশিনখিরম্মী। লেপ থুম্না লুবা পৃথ্রীদি নত্তবনিনা মিকুপ খরগী মনুংদা ঈশিংদগী ফাওগৎলক্লুনা খ্বাংগী মথক্কী হকচাংগী শরুক মখৈ ঈশিং ঈমায়দগী হেনগৎনা লেপ্পগা ঐঙোন্দা য়েং মহাক নোক্লকখি। মিকুপ্তুদা পৃথ্রীদা হৌরিবা ঈথক-ঈপোমদু ঐগী থম্মোয়দসু হৌখি।

মশাদা হন্না য়েংথজবদা ইকোক কোক্লা লৈরম্বদুদা ফদি পৃথ্রী মনুংদা তাহৌরে খঙবদগী মখোঙনা মখাদা কোয়মা মাদুনা থিরম্মী। ঐ য়ূমদা হল্লগে কোন্না তপ্পা লুরগে খন্দুনা পৃথ্রীদগী মায় লৈথোক্লুনা খোঙ থাংবা হৌরম্মী।

"ফদিসু থেংনদে, ইথন্তা পৃথ্রী মনুংদা...." মহাক্লা কপ্লি কপ্লি শোম্থাংননা হায়বা তাবদগী ঐ নুংঙাইতদুনা মায় লৈশিল্লগা লেপ মাবু ঙাইহাক শঙবীরম্মী।

ফদিদু থেংনরবদা মশা নোম্বুরগা মখূৎ য়েংনা পৃথ্রীগী লৈমায় মখাদা মকোক্লা ঈশিংগী ঈমায়দা ঙাম ঙাম শাৎপা থম্বালগুম ঐঙোন্দা নোকখি নোকখি য়েংলগা ফদি খুল্লম্মী। মতৌদুদা থম্মোয়শে হাগৎলকখি।

ঐনা ঈরুজদনা য়ূমদা হল্লকপা উবদা লৈমায়দা খুদৈ থারগা নুংশা মৈশা ওন-থোইনা খাঙলম্বা মরূপ্পা ঐঙোন্দা হংলকখি ঃ-

"কৈদৌরে ঈরুজরক্লবদি .... ?"

"... হায়গুমদনা নুংশা য়াম্না শারি..." ঐনা থয়াইননা খুমখি।

"ঐগী ব্রা লৌনে। হৌজিক্তি ঈরুজবা করিমত্তা কান্নরোই। ঈরুজবা লোইবগা হুমাং ঈরীক্লা মরোল অমমুক লুগনি।"

মহাক তূম্বা থেমখিরম্মী। ঐহাক্তি চৌকিদা নীংথিবীনা ওইখিবা, ঙাঙখিবা মতৌশিংদু মিত্তা শং শং উনা নীংশিং তুমিন ফম্লম্মী।

নুমিত্তুদগী মহাক ঐঙোন্দা মহৌশাগা ইমান মান্নদবা লমচৎ অমা চৎলকখি। ঐগী খোঙথাং, মিৎয়েং, ব্রাখল, লমচৎ মহাক্লা লোন্না কূপ্পা য়েংশিনখি। মহাক্কী মিৎয়েং, মীনোক, ব্রাহৈশিংদু মনুং-মপানগী মরোল কয়া থোকহনখি।

মরূপ ঐখোয়নী মতম অয়াম্বদা পুন্না হেক হেক চখোকমিন্নরম্মী। চখোকপদা অকে-অমৌগী পোৎশিংশু শীজিন্নরমদে। ঐখোয়নীগী ইচম চম্বা মতৌদু উরগা মহাক্লা লক্লরকখি ঃ-

থাপ্নরিবা

"মনম চেন্দেকো। মতমসিগী নহারোলশিংদি মনম য়াম্না পুরগা চৎনবনি।"

"করি করি মনম পুরিবা ?" মরূপ্না নোক্লা নোক্লা মচলদা হংলম্মী।

"শমদা থাউ মনম নুংশিবা, ফি-রোলদা এসেন্স মনম, অদুদগী মনম পূম্নমকপু মগুন অমুক্কা হাপ্লিবা চীন্দা খৈনী নৎত্রগা ক্বা জর্দা শাৎ।"

মাগী পাউখুম তারগা ঐখোয় থৱায় তানা নোকমিন্নখি।

নোকপা হন্থরকপদা মরূপ্না হায়খি ঃ-

"অদুদি ঐখোয়দি অঙাওবা তারেদনা...।"

"ঙাওদে। মরম মোকপা নহারোল, জাতিসিগী হয়েংগী যূম্বী ওইগদবশিংনি।" মহাক্না ঐঙোন্দা ফল্লপ য়েংলগা নোকমি নোকমি খুল্লকখি। অদুগা মখা কোৎশিল্লকখিঃ-

"অদুবু লাইরিক্তি মখা তমথবা লেপহন্নীংদে।"

"লাইরিক ! ঐখোয় পাই, নৈনরি; লেপ্তে। সেন্ট্রেল লাইব্রেরি, সেমিনাব, ৱার্কসোপ, কনফরেন্স, লেকচব সিরিজ কয়াদগী লৌশিং তানশিনবা লেপ্তে।" মরূপ্না শেংদোক্লম্মী।

"থবক চঙবগী সার্টিফিকেৎ, মহৈগী থাক্তি ?"

"মহৈগী থাক্কী শকখঙ-চে, থবক শেলগী মথৌনি। ঐখোয়গী অপাম্বদি লৌশিং তানশিল্লগা ইরৈপাক চাউখৎনবা শৃ- নোম্বনি।" মরূপ্না পন্দনা পাউখুম পীখি।

মবুংগী ৱাফম ইয়া য়ানীংদবদগী মহাক্না ঐবুসু খন্নবদুদা চিংশিনখি।

"তামোদি ৱা অমত্তা ঙাঙদেনা ?

"হুম! নখোয় তাতোমচানা অসুক চুম্না হায়রি 'সিদি" ঐনা খুমখি।

"ফরেনে, থবক্তুনা অমা ওইরবসু মহৈগী থাক্কী শকখঙ-চেদি মতেং পাংনরগা গ্রেজুএট ফাওবদংগীদি মহৈকোন্দগী লৌনবা তৌসি।"

"চুমই; অদুবু য়েংউ, ঐখোয়দি শেলগী মথৌ য়াম্না লৈ। ইমা অহল ওইশিল্লক্লে— লল্লোন-ইতিক চৎপা ৱারক্লে— মহুৎ-মরেং শীন্দবা য়াদে। ফীভমসিদা মহৈকোনগী শকখঙ-চে ফংনবা অৱাংবা মহৈশঙগী কাদা করম্না ফমদুনা লৈরুগনি।" ঐনা শেংদোক্লম্মী।

মহাক ঐগী ৱা তারগা তুমিন্না লৈখি।

ঐখোয় চখোক্লম্মী।

ঐ থবক শংবা মতমদা লাইরিক ইবা, পাবা লেপ্লমদে । মরূপকী ব্রাখলদি লৈবাক্কী ইরাংদা লুপশিনখিরম্মী । খল্লুরগা নুংঙাইতে । ঐগী মরমগী মাবুসু প্রিন্সি-পালনা কলেজদগী তাম্বোকখি। মদুদগী লৈতা-লায়রগী নোংলৈ শাফুগা মপা মপা ওই মহাক মহৈ তম্বা লেপখি। থবকসু ঐনা অমনি- মাদি থিয়ু, তান্নৌ কন্না হায়বনি । য়াখিদে । লমসিগী থবক হাপ্পগী থৌশিল অমকপা লৈঙাক্কী মখাদা থম্বা মহাক্না শুকয়া য়ানীংখিদে । ক্লালিতি ঈজুকেশনগী হায়নরিবা ঙাঙনরিবা পূম্নমক থবক হাপ্পা-খনবগী থৌশিল অমদি চৎনরোলগা মরী লৈনবা পোৎনি মহাক্না হেক হেক পনখি । অদুগা লমসিগী ঠিকাগী লৈঙাকপুসু মহাক্না চুমথোক্লীংখি । পূম্নমকসিগী মথক্তা ভারতনা মাগী রাজ্য অমা ওইরিবা মণিপুরগী মশা মরোমদোমগী ওইবা শেম্মীৎলোনময়েক শেংনা মচা তানা চাউখৎনবা শীনবীদবা, লমসিগী মী অমগী মমল অসুক্কী মতীক নেমহনবা, ভারতকী চাউরবা পুব্বারী নত্রগা লম্মিৎ-তৃমিৎলোন্দা মমিংতা ওইনা লমসিবু লাচনবীবা নৎত্রগা তাকপা কয়াসিনা মঙোন্দা পেন্দবা ব্রাখল পোকহনখি ।

নুমিত্তু ইমানা য়াচঙ মৈ চুখত্তুনা নুমিদাংগী চাক্লেন চাকখুম চঙদুনা থোং-থাকপা হৌরবা ফাওবদা চখোকখিবদগী মরূপ হঞ্জিল্লক্ত্রি। ইমানা চখোকখিবা মচাগীদমক ব্রাজখি । চাক থোংনা থোংনা অমম্বা থোঙ্গালদা লীফৎ লীফৎ থোক্তুনা মচা হল্লকপ্রা য়েংলম্মী । ইমাগী নুংশা থীবা মতৌ উবদা ঐ লম্বী অচৌবদা থোক্তুনা খুনগী গাড়ী ঙাইফম সেট্রা ফম্লগা হাইথরকপা গাড়ী অখাম খূদিং মহাক য়াওরকপ্রা য়েংলুরম্মী । য়াওরকমন্দ্রবদা ইমাগী মপূক্লীং ফাথনবা হোৎনরুবা ফরে খন্দুনা যূমদা হঞ্জিল্লকখি।

ঐনা শুমাঙ য়ৌশিল্লকপদা নীংথিবীনা মমাঙ থোঙজিন মনাক্তা লেপ্লগা ইমাদা হংবদু তারম্মী :-

"ইমাবোক, তাতোমচা হল্লক্ত্রিব্রা..?"

"হল্লক্ত্রি, হল্লক্ত্রি ইবেম্মা । নুমিৎ তাখিবগা উচি মখুল চেৎ চেৎ যূমদগী মপান থোক্লদ্রবা মতমসিদা।" চাকখুমদগী ইমানা লাউনা খুম্লকখি।

ঐ হঞ্জিল্লকপা খঙনবা খৌদেম্লম্মী।

মহাক মমায় লৈথোরক্তুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা হংলকখি :-

"তাতোমচাদি য়াওরক্তব্রা ?"

"উম, মহাক খরা থেঙলক্লনি।"

থাগ্নরিবা

"কদায়দা চৎকনি হায়রমগে ?"

ঐ কাদা চঙদুনা পোত্থা-ফাব্দা ফমথরম্মী, অদুগা ফুরিৎ কুদাম থাদোক থাদোক্লা খুমলম্মী :-

"লাইব্রেরিদা লাইরিক থিনগৎপা চৎখিবনি । অদুবু খূৎলাই পায়বশিংনা মীওইবগী হক খোঙ্গাওনবগা মরী লৈননা লমসিগী মীওইবগী হক কনবা লূপশিংগী অপূনবা খূৎপুনা শীনবা অচৌবা মীয়ামগী মীতিন অমা ঙসি নুংথিল মপান কাংজৈবুংদা পাঙথোক্কদবদুসু য়াওনীংঈ হায়রম্বনি ।"

অসুম্না ঙাঙনরিঙৈ খুনগী মৈরা পায়বী ইমা-ইবেন ময়াম তিন্নবগী খুটি পোষ্টতা নুঙ খিংবগী মখোল তারকখি ।

"য়াওরম্লনি, য়াওরম্লনি ।" খাবৈ-চেগপগী মখোলগা ইতোৎ তোৎননা চাকখুমদগী ইমানা হায়রকখি ।

"অদু ওইরবসু মতমশে থেঙলে; গাডী খল্লম্লনি..." ইমুংদা চঙলক্কুনা ইনাক্তা লেপ্লগা নীংথিবীনা নুংশা থীবা ফোঙদোক্লম্মী ।

"পূং তরেৎ খরতা মহেল্লিদা...." খূদাং ঘড়ীদা য়েংলগা ঐনা মাগী রা ককখি।

"চাক্তি লোইশিল্লগা থমলম্লবনি । মীকি-লাইকিদবা মচাদু হল্লক্লব্রা য়েংবা ওইনা ইমাসু ময়াম তিন্নবা ঙাইহাক্তা য়াওরুখিগে ।

হয়েংদি নখোয়গী ধরনা ফম্বী-এদুসু অয়ূক্কী পূং ৭ তগী নুংথিলগী পূং ৪ ফাওবা ফমগনি য়ুমথোঙ য়ুমথোঙগী নুপী অমমম য়াওদবা য়াদেসু মৈরা পায়বীগী সেক্রেটরি ইবেম্মা চাউবীনা হায়রি ।" ঙাঙনা ঙাঙনা ইমা খ্বাঙচেৎ লাকশিনখি, কোকশেৎ শেৎচিনখি।

ইমা মৈনম চুখৎলগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিরম্মী।

"লাঞ্জাও ওইনা থোক্তে হায়বা খক ঙাইরেকো লৈবাকশে" থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবা ইমাবু মিহুৎথোঙদা য়েংনা য়েংনা মহাক্না হায়রকখি।

"খঙদে, লমসিদা ঐখোয়না লৈগদবসি। শেঞ্জা-থুমজা, তমথীবা লায়না- এডস, অদুগা নোংমৈ গুলি।" ঐনা হায়রম্মী।

"নোংমা নোংমগী ফীভমশে অসুম লুশিল্লক্কি।"

"ঐদি তাইবঙদা অঈংবা ফংগনি থাজরক্তদুনা মঙলান্দা ওইনা অঈংবা ফংনবা থিরিবনি; অদুবু মচেৎ-মা কৈ'মদগী হেন্না ফংদে।"

"হৈমা! তূন্নদি অশিবগা পাঙ্খক্লিবনি, মসিদা ফাওবা মঙলান্দা অঈংবা থিরিবা।" মিহুৎথোঙদগী মমায় ওনশিল্লক্লগা ঐগী ব্রাদা মহাক্লা নোক্লা নোক্লা হায়রকখি।

"অশেংবনি, ঐগীদি পোৎহাপ অমসুনি।"

"য়ূমগী ব্রা করি করি তারি'গে হৌজিকপো ?" মহাক ইনাক্তা ফমথরকখি।

"হল্লক্লো হায়বদি তাদে, মীচৈদি তাই" ঐনা শম্না খুমখি।

ঐগী মায়দা হাইফেৎ য়েংলম্লগা মহাক মকোক লুকথখি।

"তূরেলগী ঈশিংগী হৌরকফম লৈ। ঐগী শিংলীদা চেল্লিবা ঈগীসু হৌরকফম লৈফম থোকই।

হৌজিক ফাওবদি ঐ কনানো ইমিং অসি নত্তনা ইশাগী অরেপ্পা, অশেংবা অমত্তা খঙদ্রি।"

মহাক ঐগী ব্রারীদা খঙহৌদনা মপি তারকখি।

মৈঙালদা অঙনবা অয়ূক্কী লীক্লা মরীক মরীক পোমশাৎনবী গুলাপ্তা পকপগুম নীংথিরবী মাগী পি থাংলিবা মমায়দুদা ঐনা ইশাগী অব্রা-অনা পূম্নমক কাউথোক্তুনা খোইদানা য়েংলম্মী।

পূং নিপাল তারকপগী ফক্লাং ঘড়ীগী এলার্মনা 'গোং, গোং' য়ৈবা হৌরকপদা মাসু ঐসু ব্রাখল তানখি। হকচাং অনী খঙহৌদনা হুমাংনা শীন্নখি।

মহাক ঐঙোন্দা য়েংলগা মোমোন নোক্লকখি। পিনা চামথোকখ্রবা মাগী অরূবা মিৎ অনীদুগী ফজবা ঙসিসু লাকশিনবা ঙম্লি।

# অষ্টম

ফমুংদা হিপচন্দ্রনা লৈবসিনা ঐবু ৱাখল য়াম্না খলহল্লে। হৌগৎলগা করিনো খরা তৌরগে খল্লি। ঙসাই হৌগৎপদদি লৈচিল থাহৌদবনি। হৌজিক্তি ফনা কুংনা থারল্লে। ঐঙোন্দদি মসি ফনদুম ফরে।

হনুবীগী চাকশঙদা চঙদুনা ফদি, বালটিন লৌরুরে। ইঙ্খোল মতোনগী পুখ্রী মপান্দা চীন-য়া শেংলুনবা থোরক্লে। চীন-য়া শেংদোক্লুনা মায়-মিৎ তাথোক্লগা ঐনা ঈশিং বালটিন অমগা যুম কারকপদা শুমাঙ, মাঙ্গোল ৱাই তৈরিবা ইথোই মমা-মচা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই!

ইবোক্কী চন্দোন লুবাক্তগী শমজেৎ, মিংশেল লৌথোক্লুনা শম-না হাত্তোকই। হায়গুমদনা ঐগী শকফম অকিবগী মশক্রি। শাংলবা শম-কোই, মকশিল্লবা মায়। শম-কোইদি ঐ হান্নদগী চেকশিন্দে। হৈনীং-কেনীংবা নুমিৎ থোক্লুদ্রিফাওবা য়োক্লুনা থমগনি। অসুম্না তৌবসিদা ঐগী শকসু অমুক অমুক ওন্থোকই। ঐগী অহোংবা শক্তমদা ইমুংগী মী ফাওবা ঐঙোন্দা ঙকচান্নবা য়াওখ্রবনি। অদুগা ঙসিদি মীরোৎ অমা ওইরুবনা শম-কোই মহৌশাদগী হেন্না চেকশিন্দ্রে।

মিংশেল! নঙসিসু অঙকপনি। ৱাখল খনগনবা মী অমগী মফমদা নঙনা হৌখিবা থৌদোকপু নীংশিংনবা মচাক ওইহল্লি। ইনখৎলক্লিবা শকহেনবীশিংগী মফমদা নঙশে ৱাখল ঈপোম হৌফম্লি। কনাগুম্বা নিশাদা লাইচুরবা অমনদি মমায়দা লৈরিবা দাকফম উরগা নঙোন্দা তাইনবীদুনা থুগায়বীবসু য়াওই।

শকয়েং মিংশেল মচাদা তারিবা ইশাগী শকফম য়েংলগা ৱাখল খনবা হৌরুদনা ঐহাক মরূপ লোইজিংবু অমুক নীংশিংলক্লে। অহিংবা মী অমগী কোক্তা মতাং-মতম চানা লাক্লিবা নীংশিংবা, নঙবু করম্না কনানা ইথোক্লুনি।

মীরমদা হাংবা ত্রেনিং সেন্টরদুদা চহী অমা চুপ্পা ত্রেনিং তৌরুরবা মতুংদা ঐখোয় খ্বাইবু উন্নবগীদমক ইঙা থাশিগী নোংনা পূন্মম মমখ্রবা অহিংদুদা মরূপ্পা লাকখি। মহাক্কী খূৎশানা থোঙদা "কাক কাক" থিল্লকখি। কন্না তূমথবা মতাং ওইখিবনা ঐখোয় খোঞ্জেলদু পাক তারমদে। মহাক থোঙ থিল্ল থিল্লদুনা ঐবু হন্না হন্না কৌরকখি ঃ-

"মরূপ.... অপূ... অপূ... মরূপ.."

মঙওই-হাওই কুইনা তাখিদ্রবা মরূপকী খোঞ্জেল তাবদা ঐ ফমুংদগী ফুক হৌগৎলগা কাঙখল হাইদোক্লুনা কূমথ মমাঙ থোঙলোমদা প্রপ প্রপ চত্তুনা পুনা শৎলম্মী।

ঐনা থোঙ হাংদোকপগা মহাক মখোঙ নাম্মা ইমুংদা থাংজিল্লকখি।

"মরূপ!"

"মরূপ!" শোন্থাংনবা মান্নবা ব্রাহৈনা খুল্লগা ঐ মঙোন্দা ঙাইহাক মুন্না য়েংলগা লৈখি।

মাগী উইশিল্লবা শকফম, শাংলবা শম-কোই...। মশক ফনা নীংথিনা ওল্লম্মী।

মহাক মাগী লাকমিন্নবা খোঙবুদু কৌশিল্লগা পোথা-ফান্দা ফম্মিন্নরম্মী। ঐসু ইমাবু হৌদোক্লুই।

মরূপ্পা অপোকপী মমা খুরম্মী। ইমা কপথোরকখি।

"করি মতৌনো! ইমাগী ইবুংঙো, নঙনা তৌরিসিবো" হায়দুনা ইমানা মচাগী ফানা শাংলবা শমদু নান্থবীরম্মী।

"ইমা, ঐগী পুন্সিদি ইরৈপাক্কীদমক কখোল্লবনি। ইমাগীদমক ইয়ান্বা, ঈতৈমা, মরূপ অপূ লৈরি।"

"ইবুংঙো, লৈবাকসিদা থোক্লিবা মীওৎ-মীনৈ, নোংমতা কাংদ্রিবা মীশি-মীনা করিদগীনো ? মসি হান্না থোক্লম-ওইরম্বা নত্তেনে।"

"লান হৌরবদি মী শিবা, শোকপা-পনবা, ইরাং থোকপা মশানা তারবনি ইমা। অদুবু ঐখোয়না খন্থগদবদি মীপাল তাংবা, মীখা থাবা পুন্সি ঙসি পুন্সি ওইরিব্রা ?

চহী কয়া অনম-অহা চুদুনা লৈরম্লবা ঐখোয় নুংশিরবা ঐখোয়গী ইচীন-ইনাউশিংগী, ইচল-ইচেশিংগী মশাদগী মরম চাদনা শিন্থরিবা অঙাংবা ঈখেংশিং, নৌরিবী

## থাপ্পরিবা

লমসিগী চনুশিং মৌ নহাশিংগী চেকশিন্না থমজরিবা ইজ্জৎপু খোঙ্গোইনবীরিবা যৌদোকশিং উবা-তাবদা হৌরকফম তিন্নদে, ইপা-ইপু তোঙাল্লি ব্রাখলগা লোয়ননা চথরক্লিবা মখোয়গী কাহেনবা শাজত্তা থম্মোয় খৃত্তুম শুরকই। তত্তনা হংবা হৌরকই-ঐখোয় কনানো ?

"চাক্তি চারব্রা নখোয়বো ... ?" ইমানা হংখি।

"মফম অমদা চারক্লে, ইমা" অতোপ্পদুনা খুন্নকখি।

"নফি-নরোলশিংদু হোংদোক্লগা পোথামিন্নরোদনা নহাক্কী মরূপকা..."

"মফমসিদা ঐখোয়দি পোথাবা নুংঙাইগদবা মান্দে ইমা" মমিৎ-মনা য়াম্না শিংনা উবা মী পীক্তক তৌবা মাগা লাকমিন্নবা নহাদুনা ওক্লগা অমুকসু খুন্নকখি।

"ওস্থোকপনিদা! ইমা - ইচা অরৈ-লৈত তান্ন লৈমিন্নবদু ফংলরোইদকো ইমাগী লোইজিং...." ইমানা শোল্লকখি।

ঐ হৌখিবা মরূপকা ঐগগী পুন্সি খোঙচৎ নীংশিংলুরগা কপনীংবা ফাওরকখি। অদুবু নুপা মান্দবা মওংদু ল্যকশিনবা লায়না ঙমখি।

থৌনা ফবা মরূপ্পা মহাক্কী খোঙথাং খোঙলৌহন্দনবা হায়রকখি ঃ-

"মহাম তাববা লমসিগীদমক্তনি ঐখোয়। লায়রবা কয়া অব্রা-অনংগী মৈশানা নৈথেক্লি।

য়েংউ; লায়রবশিংনা হা-কার লাউবগা, লৈবাক্কী শেলনা পূখরগা ফমনাইবা, অঙম্বা, ঠিকাদার কয়াগী ময়ূম্না চেক্কী দলাল মথোল মথোল ব্রাংনা ব্রাংনা শেল চঙনা শানরি। অদুগা মখোয়না নিনখৎখিবগী পূথহৌরিবা লৈবাক্কী শেন্মীৎলোনগী কোমদা লায়রবশিংগী পুন্সিনা মঙক য়ৌনা পূখখি।"

মরূপ্পা ব্রা ঙাঙলিঙৈ লৈরক-লমজাওদা খুনগী হূইশিংনা চেন চেন্দুনা খোংবগী খোঞ্জেল তারম্মী। মহাক কুইনা ঙাঙখিদ্রে, ইমাদগী চৎননবা কায়না য়াথং লৌরকখি।

"ইয়াম্বগা ঈতৈমগা উন্নরমদ্রে নোংমা তন্না তাঞ্জা য়েংলগা লাক্লে।"

মহাক ইমাগী পাউখুম ঙাইদনা চৎননবা ইমাবু খুরম্লম্মী। অদুগা "লৈ-হৌরোকো মরূপ..." হায়দুনা ঐঙোন্দা চেজেৎ কোনশিল্লকখি। ঐসু মতম কুইনা উন্নবা ফংদ্রবা মরূপ্পু চেৎনা কোনশিঞ্জদুনা থম্মোয় ফাজরম্মী।

ইমানা মরূপকী শাংলবা শম-কোইদু য়েংলগা- "নিপামচা, শম-কোইদি শাংহনগনু; মীরোৎনি অতাক-অফোঙননু" পাউতাক পীখি।

"হোয়, ইমা" হায়দুনা মহাক লাকমিন্নবা খোঙলোয়দুগা ইমুংদগী মপান্দা খোঙ থাংদোক্লুনা চৎখি।

ইমাগা ঐগা মাঙ্গোলদা তুমিন্না লেপতুনা নোংথাংগী মঙালদা চৎথ্রিবা মখোয়বু য়েংহৌরম্মী।

মতমদুদা ইমানা মরূপ্তা হায়খিবদু ঐসু ইনবা ফৈ হায়না ব্রাখল তৌই।

ও:! চৈরাও নুমিৎকী থৌদোক্তো! মরূপ ঐখোয়নী ইমানা য়াদবদগী হয়েংদি চৈরাওবনি হায়বা নুমিত্তুদা ইম্ফালদা চৎলগা হজামদা শম-কোই শিৎ নান্না তেন্না ককথৎলুবম্মী। চাকচামাঙদুদা ইমানা মরূপ ঐখোয়নীদা লীৎনা-শেৎননবা খুদৈ, মোজাফুরিৎ অহনবা অমমম পীরম্মী। ইমানা ফি-রোলশিংদু কৈথেলদা নুংতিগী লল্লোন-ইতিক চৎপদা চান-থক্লবগী, চাদিংগী শেলফম কাইখ্রগা অরেম্বা অপীকপা শেলফম নুমিৎ কয়ানি চঙনা তৃংখৎলগা লৈবীখিবনি।

মরূপ ঐখোয়নীনা ইশা-ইউ শিৎ নান্না অহনবা খুদৈ, মোজাফুরিৎ অমমমগা চৈরাওবগী মথেল-লুক্কোই হরাওনা থৰায় তানা চামিন্নবদু উরগা ইমানা কয়াদি পেঞ্জখি। নীংথিবীসু মহাক্না য়েঞ্জাং লানবা লাকপদা ঐখোয়গী মওং-মতৌ উরগা য়াম্না হরাউজখি।

"ইমাবোক, নচানুপা অনীশে ঙসিদি মশক য়াম্না ফজে-এ!" ঐখোয়নীদা নোকখি নোকখি য়েং লৈমায়দা পুখমদগী য়েঞ্জাং মথেল তেঙ্গোৎশিং মথং মথং থাংথরগা থম্ন থম্ন ইমাদা মহাক্না হায়খিবনি।

"ফজদ্রা! 'সুক ফজবা মশকশিংসিবো ঙহানমখৈ মশম-মকোইনা হেক মাঙহন্নবনি। কনাগী মচা লৈশাবীনা মিতারোইদৌরিবনো 'সিদবো!" ইমানা থৌগৎলকখি।

ইমানা থাজদনা তপশিল্লকপা ব্রাহৈশিংদুদা নীংথিবীসু, মরূপ ঐখোয়নীসু নোক্লম্মী।

"নমৌ মশক ফজবী, মরম মোকপী ফংনবা ইমাবোক নচা অনীশে শম-কোই 'সিদগীদি অমুক খাকহল্লনু" মহাক্না নোক্না নোক্না হাপচিল্লকখি।

## থাপ্পরিবা

ঐসু ইমাগী পাউতাক্তো চপ চানা ইল্লগে লেপ্লে, শমসিনা হোরেল খুন্দ্রাকপমদা চৎপদা ইম্ফালদা কল্লবসু কোইসিদি হৌজিক ফান্দোল্লগে। মসিনা ঐগী শক্লোন অনৌবা অমমুক ওইহনগনি। শাথূপ্পদা য়াম্না কান্নগনি। উম, কোই ফাল্লগে। ব্রেন্তি কমদৌবা! কনানা লৈহনগনি ?... নুপীমচাদু 'সোমদা লাক্লবদি মাবু হেক্তা ফারগে। ফরে; ফুঙ্গাদা ইবোক্কী ঈশিং হান্না লুম্বীরগে— মৈসু তিকচনবা।

ঐ চাকশঙদা লাক্লে। ফুঙ্গাগী উত্তা থাউমৈ পোদোন্দগী কেরোসিন মচুম খরা তাহল্লে। মৈখেৎ খেৎচিন্দুনা মৈ হৌহল্লে, শীং হাপচিল্লে। ঈংবনিনা মৈ ঙাইহাক তিকই। খোঙহামবুন য়োৎশবী মথক্তা থাঙ্গত্তুনা ঈশিং শাহন্নবা হোৎনরিঙৈ ইবোক হৌগৎপগী মখোল তাই।

ইবোক মাঙ্গোন্দা থোক্তুনা কোরৌ অঙানববু খুরম্লুরগা চাকশঙদা চঙলক্লে। ঐনা মৈ হৌগত্তুনা ঈশিং লুমখৎপীবা উবদা মহাক হরাউজে।

"নুংঙাইরেদা ইশূনা তৌবীরিশে! নবোকখোয়দি অহল ওইরবনিনা নিংথমথা মতমসিদি মৈনাক্তদা লৈনীংই।"

ইবোক ফুঙ্গাগী মখা থংবা নাকন্দা লীমোন বোরা অনানবা অমা থাবগা মৈ তিকই।

"অস! ইতু-ইমান খরা হেক খীংইদা। শিবে মৈ, চঙএ মৈ।"

হৈবী অমুনবা অকংবগুম উনশা খুইরবা মখূৎশিং মৈনাক নক্লা তিংথোক্তুনা অশাবা লোকই। ইবোক মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈ উনগা সীংনরিঙৈ পুন্সিদু নীংশিংলগা মথন্তা তক্সি শোল্লি।

"চেগাইদা অহিং য়াবম্বা উনদু ফমুংদগী চোংথদুনা ইশাদা ফি অমত্তা থোংদনা মপান্দা চেম্থোক্তুনা লৌশিল্লুরগা ইমুং লময়াইদা চেগাইদগী মপাক ওইনা ফক্তুনা খূত্তা পায়রগা থৱায় তানা 'ক্রৌ, ক্রৌ' চীক চীক্তুনা চাবদো। ইতৌ য়েংলগা ইমানা 'ই-ই!' হায়দুনা ঐগী মহুৎ শীন ইন্থুম চনখি। 'শে, শে, নফি অমুক্তা শেৎচিনখিসি' হায়দুনা ইমানা ফনেক শেৎচিনবীনবা হোৎনবদু উন হান্না চাথোকখিনি হায়দুনা হেক য়াখিদবনি। মতমদুদি অহলশিংনা অঙাংশিংবু চাউবা থীন্নি হায়দুনা নুমিদাং তুম্বদা পুঙকক চাউরবা ফাওবদা ফি অমত্তা শেৎহল্লমদে।"

মৈ তিকমিন তিকমিন্নবা ইবোক্কা ঐগা ৱারী কয়া শান্নে। ইবোক্তা ঐনা মহাক মশাগী মরম, য়ূমলোন্নরিবা ইথোইখোয়গী ৱা, লৈনরিবা মরী হংই।

মহাক মচা য়াওজদবী, মপুরোইবগা মখোয়নীতা ঈংনা-চিক্লা য়ুম্বাল্লকপী ইথোইখোয়গী মপাগী লাইওইশ্রবা মখুড়াতোনগী লোয়নবীনি। তরক্লবী মাবু মখোয়না পূন্না লৈমিন্নসি কন্না হায়। অদুবু মপুরোইবগী খূভমদা থুপনীংই হায়দুনা ইবোক্লা য়াদবদগী মখোয়না অফ-ফত্তা পূম্নমক য়েংশিনবীরগা লৈরক্লিবনি তমই। মখোয়গী ইমুংগী অহলশিং য়াম্না ফৈ হায়না ইবোক্লা ব্রারী তৌই। অহল আমিন্নি। থৌবালদা থবক তাই। আদা নুমিৎ ১০ নি ২০ নি লৈরুরগা য়ুমদা ৪/৫ নি হেক লৈ। মহাক্লা অমুক অমুক য়ুমদা লাকপদা হনুবীগী ঙমু, উকাবী লৈরৌ অতেকপদগী য়াইবদু থৌবাল কৈথেলদগী হেক হেক লৈবীরকই তমই। তৌবগীবুদি হনুবীগী লৌরি-য়ুম্ফম ইথোই মপাগী তারবনি।

ইবোক্লা ঐগী মরমদা কৃপ্পা অমুক হংলকই। অদুবু ঐনা ইপৌ পৌনা- "ঐদি কোয়চৎ চৎপা, খুনাম লৈতবা মীনি" খুমই।

ইবোক মখা অমুক তারক্লে।

ঐ হিপফম কাদা লাক্লে। ঐগী বেগ চেন হাংদোক্লুনা নোটবুক্কা কলমগা লৌথোক্লে। করিগুম্বা অমা ইনীংই, ব্রাখলদি ইফা ফাজিল্লি। পোনগী উচেক্লুম, শারং মনুংগী শাগুম ঐ তৌফম খঙদে। ঐ অচিকপা পামই, নীংতম্বা পামই; পূম্নমক্তগী নাম্থোক্লীংই।

ঐনা ফমুংদা উংদুনা ফন্নিঙৈ মপান্দা অঙাংশিং শান্নবগী লাংলকই।

নুপীমচা অমনা মখা থাবা অঙাং মচাশিংদা হংলি ঃ-

"ইবুংঙো, নঙ হায়য়ু। মৈসি পায়দুনা শান্নবা য়াবা পোৎলা ?"

"য়াদে, শানি।" অপীকপা নুপামচা অমনা খুল্লকই।

"চুম্মে। হন্দক্তি রোসন নঙোন্দা অমুক হংগে। নঙনা খরা চাউরবনিনা অক্বা হংগেকো।"

"হোয়, চেচে।"

"করিগুম্বা নখোয়গী ইমুংদা মশক খঙদবা নহারোল লেক-চাদুনা লৈরবদি শিফাই/পুলিসনা হংবদা 'লৈ' খুম্বা য়াব্রা ?"

"য়াদে" অঙাংদুনা খুম্মী।

"উম, চুম্মে। হায়দোক্লুরবদি শিফাই/পুলিসনা ইমুংদা লৈবা মীশিং ফানি, ফূসু ফূনিকো।"

"অং, চেচে। ঐখোয় হায়দোক্লোই।" অপীকপা অঙাংমচাশিংদু অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলদা খুল্লকই।

নুপীমচাসিনা ঙাঙবা তারগা ঐহাক ইথস্তা নোকই। খস্থরুব়গদি নুংশি— পীক্লিবা লমসিগী অঙাংশিংগী ৱাখলদসু খুন্নাইসিগী কিনীংঙাই ওইরবা থৌদোক ৱাথোকশিংগী মমিনা তম্নলাইগী মশক লৌররে। মখোয়গী চমজরবা ৱাখলগী তাইবঙবু অকিবা শক্তমশিংনা কোনশিনখ্রে।

ঐ ফমুংদগী হৌগৎলে; মিহুৎথোঙলোমদা চঙশিন্দুনা ঙাঙবা-শকপা ফরবী, ইবোক্কী শুমাঙদা অপীকপা অঙাংশিংগা শান্নমিন্নরিবী নুপীমচাদুবু ইনাক্তা লাক্লবা খূৎ খত্তুনা কৌই ঃ-

"বেমবেম.... বেমবেম...। 'সিদা লাও...., ৱা অমত্তা হায়গে...।"

মহাক ঐঙোন্দা কিনা কিনা য়েংলগা মিহুৎথোঙ ময়াদা তপ্পা চঙশিল্লকই। মাগী মতৌদা ঐ নোক্লে।

"করিগী কিরিবনো... ঐসু মীনি...। য়েংঙোই, তামো শেল পীগে। দুকান্দা চৎলগা ব্লেড অমত্তা লৈরুচো। নখোয় ময়ামগী অচাপোৎসু লৈবকউ। ব্লেক্তুননে নখোয়না কিদনবা তামোগী কোইশে ফান্দোক্কেকো...।"

ঐগী খাউদগী মনি বেগ লৌথোক্তুনা মাঙ্গোলদা লেপ্লিবা বেমবেমদা লুপা তরা চৎপী অমা মিহুৎথোঙদগী পীথোকখ্রে। মহাক্না শান্নমিন্নবা অঙাং মচাশিংদা মহাক হল্লক্লগা নুংঙাইনা শান্নমিন্নখিসি, লৈরমখো মেল্লম্মী। অদুবু অঙাং পূম্নমক ঐঙোন্দা কিনা ফল্লপ ফল্লপ য়েং মতুং হনবোই- কৈবোই চৎখ্রে। ঐ ফমুংদা নুপীমচাদু হল্লকপা ঙাইরে।

নুপীমচাদু ফারগা ইথোইনা হংবা তাই ঃ-

"করি হায়বিনো ননাউ নঙোন্দা ?"

"অদুবুরো মকোই ফান্নবা ব্লেড লৈরুচো-এ-। অচাপোৎসু শেল অরেম্বদুনা লৈরগা চাজৌ হায়রিবা।"

"কদায়, শেলদি ?"

"টু"

মখা তারক্লে।

কুইদে, নুপীমচাদু হল্লক্লে— ঐগী নীংশিং চেজল বইদা হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক-ব্রাখোকশিং তেল্লপ নুমিৎ, থা, তাংগা কোন্ননা খোৎচিন-ইশিনহৌবদু হাইফেৎ য়েংলিঙে। মহাক্লা মিহুৎথোঙদগী "শে" হায়দুনা ঐনা ফল্লিবা ফমুং য়ৌনবা ব্লেড লংলকই। মহাক ঐনা খামহৌদ্রবদি চৎখ্রনি।

"ঙাইখোনে..."

"করি হায়দোইনো ?"

"নখোয়গী পাননা কোই ফানবগী খুর লৈববদি ঙাইহাক্তা পুরকউ। অদুগা ঙসিগী পাউ-চেদুগা।" ঐনা তপশিনহৌই।

"হোয়" হায়দুনা মহাক ময়ূমলোমদা চেনখ্রে।

ঐনা কোই ফান্নবা ঈশিং, সাবন, মিংশেল লাংলি-থিরিঙৈদা মহাক হায়খিবা পোৎশিংদু পুদুনা লাক্লে। হন্দক্তি মহাক ইমুংদা চঙলক্কুনা পীররে।

ঐনা মাগী মিং হংই— ব্রারী ঙাইহাক শান্নবা।

"নোনিখলা" ঐনা তৌরিবা পুম্বা য়েংনা য়েংনা মহাক্লা খুমই।

"ক্লান্তি... ?"

"ব্রান"

মহাক চৎকে হায়দ্রে। ইনাক্তা ঐনা তৌরিবা থবকশিং য়েংদুনা অচাপোৎ চাদুনা লৈরে।

ঐগী অমুবা অশাংবা কোইয়াম মায়দগী লৌথোকখিদুনা মীচম অমগী শকফম উরকপদা মহাক্লা ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্লা নোক্লা হায়রকই ঃ-

"তামো, নঙদি নশক য়াম্না ফজেনা !"

"ঐবো"

"হোয়। অদো তামো, নঙগী নোংমৈদি খাউ মনুংদা য়াওব্রা....?"

"ঐগী নোংমৈ !"

"নহারোলদি নোংমৈ পায়রি'দুদি..."

"উম। শে, নখোয়গী খুরশে পুখ্রো।

থাপ্নরিবা

পাউ-চে'সিদি পাখিগেকো। ঙাইহাক্তং লৈরগা লৌরুলাও।" ঐনা খুর ঈশিংদা শেংনা চামথোক্লগা তাউরেলদা নপথোক্তুনা কংহল্লগা মঙোন্দা পী।

"হোয়" হায়দুনা খুর পুরগা মহাক ময়ূমদা চৎখ্রে।

ঐ পোৎ পূম্নমক মফম চানা থম্লুরগা ফমুংদা কাখত্তুনা খোঙ্গ্রাই চন্না লৈতানা ফম্লগা নোনিনা পুরকপা পাউ-চেদু পূক্লীং চঙনা পাই।

# মরি

ইবোক ঐখোয়নীগী অয়ূক্কী চাক্লেন ঐনা মৈ থাগত্তুনা থোঙ্গৎলে। কপ্লাক কুরু কারবী, পাঙ্গল ময়েং তারবী ইবোকপু ঐ অৱাবা পীনীংদে। মরূপকী য়ূমদা লৈরিঙৈদসুনি। হান্নদগী পাঙ্গল ময়েং তা শিক্লী শিক্লী নারবী, মচানা মীরোৎ ওইখিঙৈদগী অৱাবা ৱাখলনা মশা অমুক্তা হেন্না শোকচল্লবী ইমাগী মতেং ঐনা পাংখি। চাক থোংবা, ফিশু-ফিজাম্বা, মদুদগী হেন্দোক্তুনা কোল্লিক-ৱাইরম শেংবা য়াওখি। করিগুম্বদা নীংথিবীনা ঐগী ইতেং পাংবীখি। মহাক্কা ঐগা লোনদিন্নবা, নকশিন্নবসু নোংমা নোংমগী হেল্লকখি। নকশিন্ননা লোয়নরক্লবা মতমদনি মহাক্না থম্মোয় অনীগী অচেৎপা মরী থম্ন বা মকা ফোঙলকখিবদু।

ওলাংথাগী অহিং অমনি, নুমিদাংগী পূং ১১ হেনখ্রবা ফাওবদা ঐ তূমদ্রি। ইমাদি ঙন্না পোখাখিরম্মী। ঐহাক অৱাং নোংপোক ভারতকী ঈহৌগী মরমদা নৈনবা ঈংরাজি লাইরিক অমা মরূপকী কাদা তুমিন চিক্না য়েংলম্মী। থোঙজাউ, মিহুৎথোঙ ঙম্না হাংদোক্তুনা অঈংবা নুংশিৎ হকচাংদা য়ৈহন্দুনা ইশাশে হৈনীংবা পোকহল্লম্মী। থাজদনা মহাকসু ইনাক্তা লাকখি।

"তূমদ্রিবা তামো.... ?"

"উম, তূমদ্রি...!"

মহাক উগী পোখা ফানশাংদুদা ফমথখি। অদুগা মখা তানা হংলকখি ঃ-

"ইমাবোক্তি তূমখ্রব্রা.... ?"

"তূমখ্রে। করি তৌরে... ?"

"চুম্না সুম হংবনিদা..." ঐঙোন্দা লাংতক্নুনা য়েংলগা হায়রকই।

**থাপ্নরিবা**

অথেঙবা অহিংদা মাগা ঐগা কা অমদা চিক্লা লৈমিন্নবা কনাগুম্বনা উখিবা থোক্লবদি অফবা ওইরোই।

"মতমশে থেঙলস্লেনহে..." মতম হান্না খঙদ্রিবগী মওং উত্তুনা ঐ তেবলদা তারিবা খূদাং ঘড়ী লৌখত্তুনা য়েংই।

"হোয়্, থেঙলে। অদুবু ওলাংথাগী অথেঙবা অহিংসিদা ঐগী ওমচাক্লরবা থম্মোয়সিনা লীক্লাগীদমক লাংতক্লরি। তাহন্নীংলিবা লীক্লাসু থম্মোয়বু তেকখৎহনবা, ঈংহনবা ঙম্বা লীক্লানি।"

ঐগী নুংশাথীবা মিকুপ খূদিংগী হেঙ্গৎলকই। ঐ মহাকপু তান্নবা হোৎনরে।

"নীংথিবী, অহিংশে থেঙলে, তূম্নরসি..." হায়দুনা ঐহাক পারম্বা লাইরিক খুমজিল্লগা হৌগত্তুনা মিহুৎথোঙ লোনশিনবা হৌরম্মী।

"নহাক ঐবু খন্দব্রা তামো...?" মখোল নীক্লা ঐঙোন্দা মহাক্লা হংলকখি।

ঐ খঙই, মহাক্লা ঐবু নুংশি। অদুবু পুন্সিগী ৱাখল চবুল কোল্লিবা, পল্লেপফমসু খঙদ্রিবা, ঈগী হৌরকফম মরূ থিরিবা ঐদি লম্বীদুদগী নাথৈবা তাখি।

অদুনা ঐনা নাকোইনবা পাউখুম পীখি ঃ-

"লংজিন খঙদনা পুনখ্রবা ঐগী পুন্সিনি।"

"কিশিদু থোকপদা ঐবুসু...."

"নঙসু খঙই, ঐ কনানো। করিগী মফমসিদা লৈরিবনো।" মাগী অঙাওবা ঈথিলদু ফাথনবা ঐনা হায়রম্মী। অদুগা ৱা মখা তানদনবা ঐনা হায়খি- "নীংথিবী, নঙগা ঐগা থম্মোয়গী ৱারীদি খক শান্নগুমসি।"

মতমদো নীংশিংলিঙৈ চফু মহী পাথদুনা লৈরম্বা খঙহৌদে। অচাকপা শীংদা চফু মহী তাশিনবগী 'চৌ, চৌ' লাউবা মখোলনা ঐবু মঙফাওনহল্লকই। চফু মহীনা মুৎখ্রবা মৈ শীং শেমজিল্লগা কামখৎলি। মৈ কাম্বা লেপ্পগা ইথোই মমা-মচানা ঐগী মরমদা ৱারী শান্নরিবদু ময়েক শেংনা তারকই।

"লৈখিদৌরি ইবেম্মা। নবোকচাগী মহুৎ শীন চাকখুমদা নে তানা চাক থোংহৌরি।"

"নোনিনা হায়রিবা মকোইসু শিৎ নান্না ফান্দোক্লুনা মশক অমা ওলহৌরে- এ চুমব্রা, ইমা ?"

"চুম্মবনি, চুম্মবনি। মীরোৎনিনা মশক খঙহন্দনবা জাৎ জাৎকী নোম্না তৌরিবনি।"

"মাগী অককপা মকোইশিংদুদি ইবোকচানা ফুঙ্গা লাইরুদা কোম তৌরগা ফুমজিল্লম্বা তারে।"

"মসি অঙাংসিদি...." হায়রগা মমা নোক্লকই।

"হৌদোং মকোই ফুঙ্গা লাইরুদা ফুম্লবদি হৌদোংদু ফুঙ্গা মপান্দা অদুম কুন লৈ, শুকচৎ চখোক্তে হায়নরিদুদি..." তাবদা থম্মোয়দা তাজিন্না লেংবগা মান্নরবা ঐবু উশিৎ-থৌওইদনা নোক্ল-করেম্নবা ইথোইগী ৱাঙাঙনি।

ইবোক্কা অয়ূক্কী চাক্লেন চামিন্নরে। ঙাইহাক পোত্থাই; অদুগা হকচাং শেংদোক্লে। ঐনা পুখ্রিদা চক্তুনা খারাদা খোঙ-খূৎ হাম্বা উবদা ইথোই মমানা ময়ূমদগী ঐঙোন্দা লীফৎ লীফৎ য়েংলকই। চিংনবদগী ঐবু কি-তুক্কচরি। মখোয় নে তানা হিংনীংই— অরোনবা ৱাকৎনি। হায়নীংই—খঙনদবা, হোদোক্লদবা, পাউ ফাওদোক্লদবদগীনি।

ঐনা খাউদগী ফি-রোল অহনবা লৌথোক্তুনা শেৎচিনবা উবদা ইবোক্কা হংই ঃ-

"চৎলগেরা, ইশূবো....?"

"চৎলোই। থবক অমত্তা চখোক্লুখিগে, ইবোক।" ঐনা খুমই।

চমজরবী মতমগী ঈ-পাউ থুংদ্রবী অহলনি। ইবোকপু ৱাহনবদি ফত্তে। ঐনা ইবোকপুদি ঐগী খ্বাইদগী নক্লবা মীশকশিংগী মনুংদা অমনি খল্লিবনি।

ফি-রোল শেৎচিনবা লোইরবদা খূৎপায় নোটবুক মচা অমগা খুনগী গাড়ী থাফম লম্পাক মচা ফাওবা খোঙনা থোরক্লে। কেন্টর অমা লৈরম্মী। মীসু তরামুক তোংলম্লে। ঐনা গাড়ী মনুংদা কাখৎলকপদা মখোয় ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। ঐহাক মমাঙৱাইগী অহাঙবা সীট অমদা চঙশিন্দুনা ফমই। মখোয় ৱারী শান্ন শান্ননা ঐঙোন্দা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলকই।

গাড়ী ইকুই কুইদনা থৌরে। লম্বীদা মী কাখৎ-কূমশিনগী ঙাইহাক ঙাইহাক পন লাকপনা ইম্ফাল য়ৌরকপদা পূং অমা হেন্না চঙখ্রে। ঐহাক বীর টিকেন্দ্রজিৎ লম্বেলগী অৱাংথংবা নাকন্দা লৈবা হজাম অমদা শম ককথৎলে। শম কক্লগা চুমদ্রিং বাবুপড়া গাড়ী থাফমদা লাক্লে। হান্না খামদুনা লৈরম্বা খুন্দ্রাকপম চৎকদবা বস অমদা তোংখৎলে।

**থাপ্লরিবা**

খুন্দ্রাকপমগী চীংখুদা নোংমা ইঙা থাশিগী অহিং অমদা মরূপ লোইজিংগী খোঙলোয় ওইরকখিবা পাথৌ পীকতোনগী ময়ূম লৈ। ঙসিদি মহাক কৈশুমশঙদা থা ৬ ফাদোক্কী পুস্নিদা লেল্লুরবা তুংদা ব্রায়েলশঙদগী জামিন্দা শত্তুনা য়ূমদা লৈরে হায়বগী পাউ ঐনা শকখঙবা অতোপ্পা য়াওল্লোয় অমদগী তাই। মহাক লৈখিদ্রবা মরূপ্পা মঙোন্দা শীন্নরম্বা থবক অমগী ঐবু উন্ননবা থিরিসু হায়।

যোগা এন্দ নেচর ক্যুর ক্লিনিক, খুন্দ্রাকপম অব্রাংগী লায়েংশঙগী থোঙ্গাল মপাদা তোংলকপা বস্তুগী কুমথদুনা ঐহাক ইম্ফাল সাইকুল লম্বেলদগী ওয় ওয়ননা মনীংলোমদা হাইজিনখ্রিবা চীংখু লম্বীদা লাক্লে। খরা চৎলগা লম্বীদা চৎলিবী মীয়ায় ওইরবী নুপী অমদা পীকতোনখোয়গী থোঙ্গাল হংই।

ইনা কুপ্পা মৈতৈগী লাইখল য়ূমজাউ অমগী শুমাঙ ইচুম তাফম মনাক্তা লেপ্পুনা ঐনা মাবু কৌই ঃ-

"পীকতোন, পীকতোন...."

ইমুংদগী মৌ মীয়ায় চনফাৎত্রিবী অমা থোক্লকই। ঐবু চিংনরূপ য়েংলগা হংলকই ঃ-

".... ইবুংঙোবু অমুক্তসু উখিদ্রি....। করি লমদগী... ?"

"ঈতৈমা ঐ পীকতোনগা লোয়নরম্বা লৈখিদ্রবা লোইজিংগী মমান্নবনি। মিংনা অপূ কৌই। মশাবু... ?"

"থবক অমা চথোকখিনে..."

"লম থাপ্লা লাকপনিনা ঙাইহাক ঙাইরগা..."

"কান্নরোই, অথাপ্পদা চৎখিবনি। কোন্না নোংমা উন্নরো"

মাগী উন্নহন্নীংদবা ৱাঙাঙ ঐ খঙই। ঐবু চিংনবনি। শাউরুবা য়াদে। মতমসিদা মীতোপ থাজফম লৈতে। অদুবু লাক্লক্মী হায়বদি খঙহনবীয়ু হায়রম্বা তাই। মথং অমুক লাকপদা উন্ননবা।

"ঈতৈমা ঐবু চিংনরমাল্লে। ঙসিগীদি হঞ্জরগে। মঙানি তরুক্কি লৈরগা অমুক লাকচগে। নুমিত্তুদদি মরূপ্পুগা উন্নবা ফংনবা ঈতৈমনা লৈখিদ্রবা লোইজিংগী মমান্নবা অপূ কৌবা অমনা উন্ননি লাক্লক্মী হায়বসিদং কাউথোকপিদনা মশাদা অমুক্তা তম্বীয়ু। য়ৌজরগে....।"

ঈতৈমা "হোয়/মাই" হায়দনা ঐঙোন্দা তীংঙক-মায়ঙক্লনা য়েংলগা তুমিন্না লৈহৌই। ঐ থোঙ্গাল্লোমদা থোরক্লে।

অরেম্বা খোঙচৎ ওইদুনা ঐ ইম্ফালদা নুংথিল পূং অহুম খরা হেল্লকপদা বস্তা থুংলরে। ঙাইহাকসিদা ঙায়োনফম পোৎলক্তা চঙদুনা ইবোক্না চাবা য়াবা ঙা অয়াইবা খরা লৈনীংবগী ব্লাখল কন্না পোল্লককই। নুমিৎ তরানিমুক্তি ইবোক্তা ঐনা য়েংশিনবীরক্লবনি, চান-থক্লবগী মতেং অমতসু তৌরুদ্রি।

ঙায়োনফমদা কোয়চৎ চত্তুনা অহোং-অচাউ য়েংলগা উকাবী অয়াইবা অপেৎপা লুপা চাম্মগী লৈরে। ঙাশিংদু চেরং খাউ মচু শঙবা অমদা হাপচিনহল্লগা খূৎনা য়ান কৈথেল পোৎলক্তগী গাড়ী থাফম ফাওবা খোঙনা লাক্লে।

গাড়ী থাফম তান্না খোঙনা চৎনা চৎনা অরাংবা মরক্তা ইবোক্কী মনাক্তা ঐনা থুংখিবা নুমিত্তু নীংশিংলকই।

নুমিত্তু ঐগী লৈকাইগী মরূপ খোমদোন ইন্দিয়ান আর্মি খল্লকপদগী মীরমদা ট্রেনিং চৎপা নুমিৎনি। মরূপ লোইজিংগী য়ূমদগী তাম্থোরক্লবা মতুংদা মাগা ঐগা নোংজুথাগী অয়ূক অমা তন্নখুনগী লবুক-লম্ফাঙদা লৌতাংশঙ অমদা উন্নখিবা, মথংদা মাগী ঙাইরাংবমদা লৈবা মাম্মগী ময়ূমদগী ঐখোয়নী আসামগী গোলাঘাট জিলাগী বাসবাড়ী হায়বা খুন্দুদা ময়ূম পানবী মাগী মন্দোমচা (মমাগী-মনাউনুপী) গী মনাক্তা চৎমিন্নরুবা, থা অহুম কল্লপ বাসবাড়ীদা লৈরম্লগা মণিপুরদা থোরকপা, অদুদগী ঐখোয়নী অমুক লম্ফেলদা ঠিকাদারগী খোলাদা পোৎ-চৈ শঙমিন্নবা, ঠিকাদার অদুগী মপান্দগী মহাক্না ইন্দিয়ান আর্মি চঙবা ফংখিবা, ঐনা নাইতোম তাহৌবা !

মরূপ খোমদোনগী খোঙশানবা নুমিত্তু ঐ খোলাদগী ঙন্না হৌগৎলগা থিংে দাকপা য়াওরুনবা হোৎনরম্মী। মহাক্তি চৎকদবা নুমিৎ হুমনি ব্রাৎলিঙৈদগী খোলা থাদোক্তুনা ময়ূমদা লৈখ্রবনি। ঐনা খোলাদা ঠিকাদারগী ময়ূমদা থবক-ইখ্যাং শূদুনা লৈবা নেপালি মচা বহাদুরগা অহিং অহিং য়ারেকমিন্নরম্মী। শূরিবা মার্কেৎ সেট শাবগী থবক্তুসু চয়োল অনীগী মনুংদা লোইশিনখিদুনা ঐগী লৈফম ওইজরিবা খোলাদুসু শীদোকখ্রনি খল্লুবদা ঐ লৈফমগী কোক শারম্মী।

ঐনা মোইরাংখোম এম,এস,আর,টি,সি, লোইশঙগী বস থাফম য়ৌবদা গাড়ী মথক্তা, মনুংদা চৎকদবশিংগী মপোৎ-মচৈ সুইট কেস, বেদ্দিংনচিংবা হাপচিনবা হৌনরম্লে। মরূপ খোমদোনগীসু হাপ্পবা হোৎনরম্বদগী ঐসু য়াওশিল্লম্মী।

**থাপ্পরিবা**

গাড়ীদা মাগী পুগদবা বেদ্দিং, সুইট কেসনচিংবা মফম চানা হাপচিল্লগা ঐখোয় হোতেলদা চা থকমিন্নরম্মী। চা থক্লা থক্লা ঐনা খনখি-- মরূপ অমনা মপাং অতৈগা মরৈবাক ঙাক্লবা চৎকদৌরি, অদুগা মাগুম্বা কয়া অমনা লমসিবু নীং-তমহনগনি চৎখ্রি।

মরূপকী খোঙচৎ অশোয়-অঙাম য়াওদনা লমথুংফম য়ৌনবা, য়াইফবা ওইনবা ব্রাখলগা কায়নখি। মহাক হরাউ হরাউ খোঙচৎলোয় অতৈশিংগা ইম্ফাল থাদোকখি। বসনা থৌননবা তপ্লি তপ্লি লেঙবা হৌরকপদা মহাক্লা বসকী মিহুৎথোঙগী গ্লাস নাকল অমদা ইম্বোক্লগা মপান্দা মকোক লীখোক্তুনা মখুৎ হাইরকপদা ঐবু ঐখোয়নীগী অঙাং ওইরিঙৈগী অঙাওবা থৌদোক্তু নীংশিংহনখি। "চেনখ্রেদনা মহাক্তি ঙসি মীরমদা, ঐনা ইরমদা কোয়চেন চেনহৌবা..." ঐনা খনহৌখি।

অসুম্না হৌমিন-কামিন্নরকপা ইমান্নবশিং মহৈ তম্বনা তম্বা, থবক চংবনা চঙবা মফম অমমম খঙনা হিংনরি। অদুবু ঐগীদি কদায় ! লৈতাদবা পুন্সি পুদুনা কোয়চৎ চৎপা নত্তনা। ঐহাক চনৈনবা ব্রাখল কোকথোং নাদুনা খোলাদা অমুক হল্লকখি।

নুংথিলদু মিষ্টি তা চাউবদা ঠিকাদারদা ঐ চৎখ্রে তম্বীয়ু হায়বল্লগা ইশাগী খাউ নম্বোনদুনা লম্বীরোমদা থোর্ক্লকখি। লম্বীদা লাকপা অহাঙবা রিক্সো অমা ফারগা ঐ ইম্ফালদা হাইগৎলকখি। রিক্সোদু উরিপোক নাগামপান কষ্টুবি থোং মনাক্তা খামহল্লগা ঐহাক খোঙনা ইম্ফাল ময়োলদা চঙশিল্লম্মী। ঙাইহাক্তি তৌগদবদু খনফম থেক্তেদুনা পাউনা বজারগী লম্বী কাখূ অমদা চঙশিল্লগা লেপ ব্রাখল তৌরুই। অদুদগী ঐহাক সেন্ট্রেল লাইব্রেরিদা পাউ-চে পাবা ওইনা হাইজিল্লগা ব্রারেপ চনীং তানা লৌরুরগে খন্দুনা লাকখি। অদুবু ব্রারেপ লৌফম খঙদনা নুংথিল চুপ্পদুমা লাইব্রেরিগী থৌমীশিংনা মতম লোইরে নীংশিংলদ্রিফাওবা ঐ লমসিদা ফোঙবা, মপান্দা ফোঙবা মনিপুরিগী, ইংলিসকী পাউ-চে পূম্নমক পাদুনা মতম লেল্লম্মী।

চাক্তারুবা উচেকশিংনা নুমিৎ লৈথখিবদা মহুম মহুম তম্লা শঙ্গু শঙ্গু পাইরকপগুম মথৌ মথৌ চৎনরুবশিং ময়ূম ময়ূম হন্নবগী গাডী মচা, মখোঙ মরি পানবা গাড়ী, সাইকল অমদি খোঙ পূম্নমকশিং অদুনা ইম্ফালগী হেঙ্গৎলক্লিবা মী, গাড়ীগা চুনদ্রবা লম্বেলশিং পূংফুন ফুনখিরম্মী। মরক্তুদা ঐসু হনবা তারম্মী। কদায়দা... ? ঐগী খুঙ্গংদা। খল্লুখিদ্রে। সহরগী মফম অমদদি... ? কদায়দা, কনাগীদা... ?

"হুম! ঐ চৎপা তাই। চঙজফম পাক চাউনা, মরাং কাইনা লৈবা মফম খুঙ্গংদা।" ঐগী পূক্লীংনা লেপখি।

ঐগী খোঙনদি ঐবু চখোক-চৎশিন তৌদুনতা লাক্লবা ঐখোয় মায়কৈগী গাড়ী থাফম শগোলবণ্ড পার্কিংদা পুরক্লম্মী। ঐ খোইদোকপা হং-খোৎপা তৌদনা থাফম তিন্নরবসু লমথুংফমদি পূন্দবা গাড়ী ময়ামদুগী মনুংদা অমদা হেক্তা কাখত্তুনা তোংশিল্লম্মী।

কন্দক্টরনা গাড়ী অতোংমল খোল্লকপা মতমদা ঐনা ব্রা ঙাঙদনা লুপা তরা চংপী অমা মঙোন্দা পীশিনখি।

মহাক্লা হংলকখি ঃ- "কদায়দা কূমগদবনো ?"
"লমথুংফমদা" ঐনা খুমখি।
মহাক্লা ঐঙোন্দা লুপা মঙা হন্দোরকখি।
লমথুংফম য়ৌরবা মতমদা খঙখি — কাংমোংগী গাড়ীনি !

## মঙা

নুমিদাংৱাইরম ঐনা থোঙ্গালদা হঞ্জিল্লকপদা ইথোই ইবোক্কী পূখ্রী খারাদা মখোঙ-মখূৎ হান্নমই। মীনৌ মশক খঙদবা অমা লাকপদা লাংতক্লনা খঙনীংনা য়েংবগুম মহাক ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। ঐসু মহাক্লা মুন্না য়েংশিল্লকপদুদা মঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলুই। মিৎচান্নখিবা খঙহৌদে।

মাগী হান্নগী অকিবা মতৌদু উদ্রে।

"হৈমা ! কনা কনা ওইরবোই খল্লুরে ...... " মহাক্কী শেন্নহৌদ্রবা পুক্নীংগী ৱাহৈনি।

ঐ চৎনা চৎনা মঙোন্দা তুংহন্না অমুক য়েংলুই। নীংথিবীবু নীংশিংলকই। মমিংমক্লে, নুংশি ঈথোইনরকই। থম্মোয়শে ঈথক- ঈপোম য়াওনা হাগৎলকই। অদুবু ঈকূমখিবা খঙহৌদে- ঈতিনফম ঈরেল লৈতবা ঈচেলনা অকংবা লবুক-লম্মাঙদা চেন্থরগা মাঙখিবগুম ঐগী ময়াই কাদ্রবা ৱাখলদা।

ঐনা ফি হোংলিঙৈ মমাদা মহাক্লা নোক্লা নোক্লা পাউ তমই :-

"ঈমা, মসিদি মশম-মনা তেন্না, মকোই-মরাং য়াওদনা লৈরবদি মশকশে নুংশিনা !"

"ইস ! কয়াদনোনে, ঈরাং ফবীসিনা ঙাঙলিসিবো !" মমানা মচানুপীবু চৈহৎলি।

"নহারোল য়াওদুনা মাঙহল্লি'শে পাম্মুই।" মচানুপীনা মখা তারকই।

"নৱা ওইনীংব্রা ! নহারোলদা য়ুম পাল্লগা নপুক্সিদু মাঙলগেরা ....?

চৎলো, চৎলো ; লাই-তীন খুরম্নবা হোৎনরুরো। নশক্তু য়েংনীংদে।" মমানা তাহৈদবা লোল ফাওবা শীজিন্নদুনা ইথোইবু চৈবীরে।

ঐবু নহারোল ! ঐবু ইশাগী পুন্সি ব্নারী মখোয়দা লীথোক্লদ্রা ? মদুনা করি কান্নবা ? অতোপ্পবু থৌশানদ্রবা মতমসিদা করি মহয় ? মখোয়না ঐবু চিংনরিবসিদি ?

চিংনরসনু। ঙসিফাওবদা ঐবু চিংনখিদবা কনা লৈবগে ? লন্নানবা কনাদা ইশাগী অব্রা-অনা, অরোন-অথুপ ব্নারী শাদোকপা হৌনদে। ইশাবু তোম্থহন্নবা থবক্লি।

ঐ মঙলাক্লরবা পুন্সি পুদুনা ইখোঙ অসিনা মরূপকী খুনগী লম্বীদগী শমথদুনা লবুক-লম্মাঙদা কোয়চৎ চৎলম্মী। কংশিল্লবা ঈনা কোক্কী শমশিং ক্রক ক্রক ফাপ্লি। শেৎলিবা ফি-রোলশিংদসু অকংবা ঈ তৈরম্মী। মদুগীদমক্তি ঐ ব্নাখিদে। খঙহৌদনা মশক থীপ্লবা, হিংবগী লেমজবা মচৎ মাঙখ্রবা পুন্সিগী নত্তনা।

য়াচঙ মতমদা ঐহাক তন্নখুনগী লবুক-লম্মাঙদা থুংলম্মী। কুইদ্রি, মী তাবা খুঙ্গং ওইরম্বা। হৌজিক্তি অচিকপা লবুক-লম্মাঙ অমুক ওইহৌরে। অদুবু লৌতাংশঙ মচা মচা কয়াদি ঙসিসু উরি। মনা-মশীং— কোবী, হঙ্গাম, আলুনচিংবা লৌরোক মতুংদা থানবগী।

লাপতক লাপতক লন্না লৈরিবা লৌতাংশঙশিং ইচিক চিক্লম্মী। লৌমী ইচিন-ইনাউশিংগী মনা-মশীং, থাউ শুম্নবগীদমক পাক শন্না থারম্বা হঙ্গাম এলা নোংজুথা মাঙওইননা লোইশিন্নখ্রে। অদুনা শঙশিংদু ইহাঙ হাঙহৌখি।

ঐ লম্বীগী খা থংবদা লৈবা লৌতাংশঙ অমদা থুংলম্মী। শঙদু ইথন্তা লৈবগীদি হেন্দোক্লা ফৈ। মথক চরূনা কুপ্পী, ফক্লাং লাংনা কৃংনা খাই। থোঙনা মৌবী ফকচেৎনি। হাংদোকপা থিংজিনবা খৃৎনা ইম্থোক-ইনশিন তৌই। মনুংদা ব্নাগী কাংথক অমা থারম্মী। কাংথক্তু উবগা ঐ পোত্থানবা কাখৎলম্মী। অকংবা চরূ মপোপকী মোম্পাক মথক্তা হুমাং মনম য়াক্লম নম্বা, মকে কাবমখৈ মোৎলবা শেগাইবা মোম্পাক ফিদক কুপ্পা ফমুংদুদা ঐগী খাউদা মোনখাঙনা অচিকপা লম্মাঙদুদা নীং-খা তম্না ইশি শিনা তূমলম্মী। লমশাঙ চৎপগী, চাদ-থক্তবগী, হকচাংদগী চৎখিবা ঈগী তুকথবনা য়াই থাদুনা।

মিকপ থোকপদা নুমিৎকী সনা মচুগী মশেক-মঙাল শঙনুংদা লীৎশল্লম্মী। লৌতাংশঙদগী লম তরামুক চখোক্লগা হৌরিবা কৌবিল্যা পাম্বীদা চোঙা, লমখুনু, খোইনিংনচিংবা উচেকশিংনা মাগী মাগী পূংবা চীল্লোক্লরম্মী। ঐ হৌগৎলগা মপান

থোক্লম্মী। কংশিল্লবা ঈনা ইফা ফাজিল্লবা কোক-লু, মায়-মিৎ লম্বেল মনাক্তা তৎলি তৎলি চেল্লিবা হৈবীরোক্কী ঈচেলদা তুমথোক তাথোক্লম্মী। খূৎশানা থেংলুবদা চিব চিক লাউনা চৈনা ফাওবা মফম অমা কোক্তা থেংনরম্মী। পায়রগা হাইফেৎ য়েংলুবদ খূৎশাদা ঈ তৈরকখি।

খাউদা করি করি য়াওরিবগে য়েংলুবদা ঐগী নীংশিং চেজল বই, কলম, মনি বেগ, মখাদনা চথোকপদা শেংনা-চানবা ফি-রোল, রুমালনচিংবা য়াওরম্মী। ঐগী শৈরেংগী, ৱারী মচাগী খূৎ-ই বইশিংদি লৈহৌরম্মী। লাইরিকশিংশু চিথহৌরবনি শেলগীদি মনি বেগ হাংদোক্লুবদা চাম্মা চৎপী তরাগা য়াঙ্খ্রে চৎপী অহুমনে তরা চৎপী অনী অমগসু পূনশিল্লগা লুপা চাম্মা হুম্ফুতরা য়াওরম্মী। মমাঙগী চয়োলদুদা য়োনখিব য়েনশিংগী শেলফম্মি। ইমানা ঐঙোন্দা "নঙ থমজিন-তূংশিঞ্জৌ" হায়দুনা লৌশিঙ্গ্ল য়াখিদবনি। ইমাদো ঐবুদি মচাগুম্না খঞ্জখিবনি। ৱাখলবু লান্নহনখিবা থৌদোক্তুগী চিংনবগী অমম্বা ফিজংদুমতং হাইদোকখিবা য়ারবদি ঐনা তক্সি শোঞ্জরম্মী। থৌদোক্তুনা চম্না, শেংনা লৈজরিবী নীংথিবীগী পুন্সিদসু .....। মাগী য়ূশ্বান পুন্সিদা করিগুম্বা অকায়বা... নত্তে ! নত্তে ! মদু ওইদশনু ! ঐনা নঙবুদি অফ-নুংঙাই'তা ওইহন্নীংই।

মরূপ, নঙনা খর্নখি— ঐ লমচৎ নাইদবনি, শানি। তৌবিমল মশক খঙদব নহাক্কী মিংচৎ থীহন্নবতা হোৎনবা মীশক্লি। অদুনা খনখ্রবনি নঙনা ঐবু য়েক্লবা ওইনা, থাখ্রবনি য়েক্লবদা থাগদবা অয়াকপা খোন্দু !

অমম্বগী পাউ মখোয়না কয়াদা ফজনা তন্নিবা। মখোয়গী মমিত্তো মকুগুম্না অমম্বদা থৌই, অঙানবদদি লোক্তাং তাংই। লমসিদা অমম্বগী সাক্ষী লৈরে। অমম্বদা ৱায়েল-কাতি থাবা হৈবা কাঙবুসু য়াম্না লৈরে। মখোয়না পৃথ্রীগী ঈমায় থক্তা তাওরিবা ঈনাংনা ঈশিংগী মচু ওইহল্লে। কনানসু নুংগী ৱাখল লৈরোল লুনা তৌথদুনা অচুম্বদু থিদ্রে।

ঐহাক নুমিৎ চুপ্পা অমা করিমত্তা চারক-থক্লকখিদবনা ইশাশে লেপ্পা, ফম্বা ফাওবা ঙমলোইদবগী মওং লাকখি। করিগুম্বা চাবা য়াবা খরা থিনবা মফমদুদগী পঙথাপ থাপ্তনা কৌব্রু লাইচি ওইরপ লৈবা চীঙ্খোঙ চীংয়াগী খুন শঙাইথেলদা পোখা পোখা চৎলম্মী। ইং ১৭৫৮ দা ব্রমীজ লাম্মী তেঙ্গোলনা মণিপুরগী ময়োল ইম্ফালবু মখোয়গী নিংথৌ অলুংপয়াগী লুচিং মখাদা খূদুম চন্দুনা খুম্তাক লানশিহনবা মতমদা মণিপুরগী নিংথৌ গৌরশ্যাম, অঙম-অথৌ, মচা-মনাই পূম্নমক শঙাইথেলদা চেল্লকুনা লৈরম্মী।

অদুগা লমদমসিগী মমিং খারম থাদোইগা চকপা কোলাম্বগা শাগা ঙাগা লপ্লেনসিদা থেল্লগা চাখি হায়বগী শঙাইথেল কৌখি। পুব্রারীগী লামায়দা মফম মচা অমা কল্লিবা খুঙ্গং মচা অসি চীং-তমগী নুংশি লীপূন চেৎনা লম্লি।

নোংজুথা নত্তবনা হৈবীরোক্কী খোংনুং কংই। ঐঙোন্দদি মদুনা খূদোং চাহল্লম্মী। চীংগী লোক্তগী কোইরেং খুন লান্না চেল্লকপা অথেনবা তূরেল তম্বাক্তা তারিবা নুঙজাউ, নুঙকূপ মরক্তা ইথন্তা শোল্লি শোল্লি নোংচুপ মায়কৈ কোইরেং চীংলোমদা অসুম লোইরোই ঙমখৎখ্রিবা লবুক-লম্ফাঙ, তূরেলগী খা-নোংচুপথংবা তোর্বানগী তম্পাক্তা লৈরিবা মমী শাল্লবা, য়ূম ইতা তাদ্রবা মমাঙ খারম খুনগী অশোংবা ব্রাপল- উপলশিংদা মিৎয়েং থম্ল থম্ল লাকপনা শঙাইথেলগী মখা থংবা খুঞ্জিন্দা পূংখায় অমগী মনুংদা য়ৌরম্মী। খা থংবা খুঞ্জিনগী মতাই ব্রাইদা ব্রানা শারগা চন্দনা কুপ্পা হোতেল মচা অমা লৈরম্মী। হোতেলদূদা ফংবা তল, চা খরনা চরা ওইনা চীন্দম্লগা ঐহাক লৌতাংশঙদুদা অমুক হল্লকখি।

লৌতাংশঙদুদা নুমিৎ নিনী কনাগী মকাদা য়েৎলুদনা চিক্লা পোত্থারবা তুংদা থংনবা নুমিৎকী য়াচঙ মতুংদা শলাং মাম্মা (ইমাগী মৌপ্পা) উন্নবা চৎলম্মী। মাম্মগীদা ঐহাক খুম্বোং কৈথেলগী চাক হোতেল অমদা নুমিদাংগী চাক্লেন চাথোক্লগা পূং মাপল অদুব্রাইদা থুংলম্মী। মাম্মা তূমলমদ্রি ; মচাশিংগা মাঙ্গোলদা হকচিক লাংলম্মী।

ব্লবকী মৈঙালদা ঐগী শক উবগা মাম্মনা ঐবু চঙলক্লবা হরাউ হরাউ কৌশিনবীরকখি :-

"অপূ ! নঙবু ঙহানমখৈ কদায়দা লৈরুই ? কাখৎলকউ, মাম্মগা ব্রারী শান্নসি।"

মাম্মনা ঐবু ইমুংদা পুশিন্দুনা ফক্তা ফমহল্লম্মী।

"নহাক য়ূমদা চঙহন্দে হায়বা লংফৈদগী ঙহান হল্লকপদা ননেনা তম্বদগী খঙই। নপানা য়াদবা করি থবক তৌরুরবা" মাম্মনা ঐঙোন্দা তকখৎলকখি।

".... মাম্মা ...." হায়বদগী হেন্না ঐহাক ব্রা মখা তাবা ঙল্লমদে। পূক্লীং অসুম নুংশিরক্তুনা ঐহাক কপথোক্লম্মী।

"কপকনু, কপকনু" হায়দুনা ঐবু থেমজিল্লগা মাম্মনা অমুকসু হংলকখি :-
"কনাদনো নঙনা লৈরিববো...?"

"মাম্মা, ঐগী ইপা কনানো ? ইপা মশক তাকপিয়ু।" মাম্মগী ব্রাহংগী পাউখুম পীদনা ঐনা মঙোন্দা ব্রাকখি।

অদুবু ঐগী থম্মোয়গী শেংলবা ব্রাকৎ মাম্মনা থৌ-ব্রা শাবীদনা ঐবু চৈদুম চৈরেকখি :-

"ঙাওশিন্নগনু, লমহেনগনু। নপানা হায়বদা হে তোংগনু। ঙাওশিন্নদনা কাতুক্কা কারনগা তৌরবদি নপানা শাউবা তাবনি।

ঈবাইনা নঙবু খরা খঙশনু হায়দনা তৌবা ওইরমগনি। উরান-কৈরানবা ব্রাখল খনগনু।"

মাম্মগী ব্রাঙাঙ তাবদা ঐ চৎননবা ফুক হৌগৎলম্মী।

"ঙাইখো, ফমখো ! ব্রারী শান্নখিসি" মাম্মনা ঐবু খাল্লম্মী।

ঐ মাম্মগী ব্রা নাদা হাপ্তুনা শহুম চাউনা, ফিংনা মপান্দা থোক্লক্লম্মী।

"হায় ! অঙাওবা ! লমহেনবা ! অহিংসিদা শিফাই, পুলিস থেংনদনা ফূবিরনি, কাপথৎপিরনিনে নঙবু ..." মাম্মনা থোঙ্গালদা খোঙকাপ লাওনা থাংদুনা খোঙলৈ থুনা চৎলিবা ঐঙোন্দা লাউরকখি।

ঐ খুন্নমদ্রে। পূক্লীংদদি খল্লম্মী— অশি অচঙ খেন্নদ্রবা, নীংঙমদা মৈশানা লৈতাদ্রবা ব্রাখল পুদুনা চৎলিবা ঐঙোন্দা কনাগী শিফাই/পুলিস, কনাগী তম্নলাই।

অহিংদুমক্তদা ঐহাক পূম্নমকপু সীংনবগী অকি-অখং চঙদবা থৌনানা লমজিংদুনা ঐগী লৈফম তন্নখুনগী লবুক-লম্ফাঙদা লৈবা লৌতাংশঙদুদা হল্লকখি।

নুমিৎ কয়ানি মৈশা কন্না নুংশা শারম্লবগী তুংদা কুমগী নোংখোঙ ফুইবা নোং লাকখি। নোং লেপ্তুনা চয়োল অমরোম তারকপনা লবুক ঈশিং থোকপা হৌরম্মী। লৌমীশিং মাগী মাগী লৌফমদা শা-শল পুদুনা লৌ খোইবা লাক্লবা হৌরম্মী।

ঐ ফীভম্না লৌতাংশঙ থাদোকপা তারম্মী। কদায়দনো তূংফম থিবা তারম্মী। অহিংদুদা খাক-লাউবগা লোয়ননা ফৈনা ঙাওনা তারকপা নোংনা ঐনা হিপ্লিবা কাংথক্কু চোৎহনখি। উপায় লৈতদুনা হৌগৎলগা শিৎলি চুরিবা নুংশিৎ-নোংহুম অমম্না লম্ফাঙদুদা য়েংলম্মী। কৌবিল্যাদা য়ারেকপা উচেকশিংশু "চে-চা" খোংলকখি। মহুম হুমদোকখিবসু য়াওরম্লনি। হৈবীরোক্তি মবূক থল্লবদা ব্রা ব্রা নোক্লা চেল্লকখি। হঙোইশিংনা

কুমদম ঈশৈ শক্লকখি। নাতৈ চাদ্রবা মতমদুদা ইরমগী মহৌশাগী হঙোইগা মোরে হঙোই খোঞ্জাউবীগা নাপ চাদনা ঈশৈ ফাংনবা তারগা নোক্লীংবসু ফাওরকখি।

নোংঙাল্লকপদদি নুংশিৎ-নোংহুম লেপখিরম্মী। ঐ কাংথক্তা কাখতুনা তৃম্বা অমুক থেন্নম্মী। ঐনা চান্ননা তৃমথবা হৌরকপদা মঙ-ওই, হা-ওই নুপা অমনা লাউবগী খোঞ্জেল তাখি। ঐ হকচাং ইনম নম্না মিৎ হাইফেৎ-শাফেৎ পাঙথোক্লম্মী। নুপা অমা মিন্থুন শুদনা ঐঙোন্দা য়েং লেপ্লম্মী।

ফি হাইদোক্লগা কাংথক্তা ফম্বা মতমদদি মহাক ঐবু শক খঙলদুনা অফিং-অফাই ওইনা কৌরকখি :-

"অপূ ভাই !"

মহাক্না ঐগী মিং পল্লগা কৌরকপদুদা ঐ মিৎ-না খংশিং শিংনা লাওনা পাঙথোক্লগা মঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী। কোকয়েৎ অমগা লৌতাংশঙ মনুংদা চঙলক্লিবা মহাক ইরৈকাইগী ইমান্নবা খোমদোন ওইরম্লে।

মহাক ঐনা লৈরম্লিবা ফীভমদা চিংনখি।

"নহাকসু য়াওরবো ..... ? " মহাক্না ঐবু কোইতক তৌনা হংলকখি।

"হুম !" হায়দুনা কোক হাইরগা ঐ তিংলী-য়াংলীরম্মী।

মহাক ইনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা কাংথক্তা ফমলম্মী। অদুগা ঐগী মোন খাঙনরিবা খাউদা মমিৎ-মনা ইচোই চোইনা পাখৎনা য়েংলম্মী।

মাগী চিংনবা মতৌদুদা ঐনা শেংদোকখি :-

"চিংনগনু, ঐ তশেংনা য়াওদে।"

"থাজদেবু"

"বাই গোড ! থাজদবা তৌগনু" ঐনা খোঞ্জেল লূম্না হায়খি।

"অদুদি লম্মাঙসিদা নথন্তা করিগী ?"

"মরূপ খোমদোন, ঐগী মী লৈতে ; লম লৈতে। লম্মাঙ-তৃম্মাঙসিদা য়ারেক্তনা কদায়দা লৈরুগদৌরিবনো ?"

মহাক ঐগী ইতৌদা নুংঙাইতনা ব্রাখল তৌখি।

**থাগৎনিবা**

"উম, নখোয় ঐখোয়সি লাইবক্তি থীগ্রবা জাৎনি। ঐগীনা অহল-লমন নৌনা কায়নরে। হিংনবগীদমক মীগী খোংবান-লুক্লাং খরা লৈতৌ, পূকচেল শেম্নী ঈতৈমনা চাক্লি হায়দুনা চাকশা মনুংদা চজিক ওম্লগা খরা পীজ শেৎপোই-চাদবোই কয়াদি ৱানা লেপ্লকখ্রবা !

নঙসু মাস্মনা মশাগী ঈনা মীতম্বা মচা নত্তে হায়দুনা অৱাৎ-অপা লৈতবা ইমুংদুদা কয়াদি তোন্না থম্বীরকখ্রে। অদুবু নঙবুদি ঐনা হৌজিকসু শাউনীংলি। মীরমদা চেনসি হায়নরগা নঙনা শিং নাম্থোকখিবদো !

ফরে, ঐসু শম্পোক ঙাইহাক্তা খোইরুখিগে। ঐগী থবক লোইরগা হনমিন্নরসি।"

"কদায়দা ?"

"ঙাইরাংবমদা ঐখোয় মাস্মহোয়দা"

"নহাকপু নখোয় মাস্মগী মনাক্তা লৈব্রা ?"

"উম। ঐ মাস্মগী মনাক্তা লৈরগা লৌউ-শিংউ য়াওরিবনি। নঙনা লৈরম্লিবা লৌতাংশঙশে ঐখোয় মাস্মগীনি।

কোন্না ৱারী শারসি। নুমিৎ কাখৎলক্লে; লৌ খোইরুখিগে।"

মহাক লৌ খোইবা চেনখিরম্মী।

চহী ১৩/১৪ শুনরকপা মতম অদুৱাইদনি ঐখোয়নীনা মীরমদা চেন্নবা হোৎনরুবদু। মহাক্না ক্লাস সেভেন ঐনা এইট তম্লম্মী। মা ঐ অঙাং ওইবগী ইমান্নবশিংগা হরাউ তয়াম্না শান্নজনীংবা অহল-লমনশিংগী নুংশিৎমুক কৃংলবা থৌদাদগী নাম্থোক্নুনা য়াওবা ফংলমদে। নোংমদি ঐখোয়নী অৱা-নুংঙাই তম্লবদগী ইপঙ পঙনা মীরমদা চেল্লগা নুংঙাইনা লৈরুসি খন্নরম্মী। মদুগীদমক বস তিকেৎ কক্লবা থবক শৃরগা শেল তানশিল্লম্মী।

ফাইরেলথাগী নুংথিল অমা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্টকী মোইরাংখোমদা লৈবা লোইশঙদগী শিলচর ফাওবা চৎনবা বুকিং কাউন্টরদা তিকেৎ কক্লবা ঐখোয়নীসু পরেং লেপ্লা য়াওরম্মী। তিকেৎ থারিবা নুপাদুনা কাউন্টর মনুংদগী ঐখোয়নীগী নৌরিবা মায়থোঙশিং য়েংলগা হংলকখি :-

"শিলচরদা কৈদৌবা চৎকদৌরিবনো ? নখোয়গী মরী-মতা কনা লৈ আদা ?"

"কনাসু লৈতে ...." ঐনা ইথক থক্কৎনা খুমখি।

"চৎলো ! চৎলো ! নয়ূমদা হল্লো। তিকেৎ পীরোই। পুলিস কৌরগা ফাহল্লুরো নখোয়নী।" মহাক্না ঐখোয়বু চৈহৎলদুনা কিহল্লকখিবনি।

"লমশি শিরুগেরো ! থাজিল্লকউরা নখোয়নী" পরেং লেপ্পদা য়াওবা নহা অমনসু ঙাঙলকখি।

"হোয়নে, অঙাং মখোয়না..." অতোপ্পা অহল অমনা ৱাতিনশিল্লকখি।

কিবোই-লাকপোই মফমদু খুদক্তা থাদোক্লগা ঐখোয়নী ইম্ফালদগী বস তোংলগা য়ূমদা কূপ্লকখি। অদুবু মীরমদা চেনবগী ৱাখলদি থাদোক্লখিদে। ঐখোয়নী লোন্না ৱা তানরগা পাবুংগী সাইকলদা মীরমদা চেন্নবা ৱারেপ্পরম্মী।

নুমিত্তু লৈবাক্কী লোইশঙ খূদিংমক শিনহেন ওই। অয়ুক্কী চাকচা তোকপা মতুংদা তাঞ্জা য়েংলগা ফি হোবে হোবে শেৎচিন ঐনা পাবুংগী সাইকলদু লোন্না য়ূমদগী পুথোক্লগা থৌদোক্লম্মী। মহাক্তি হান্নরা শেম শাদুনা ঐখোয়গী খুনগী কৈথেলগী লম্বী মপানগী দুকান অমগী মাঙ্গোলদা থারিবা ফান্দা ফম্লগা ঐ থোক্লকপা ঙাইরম্মী। লম্বীদা চানবনি হায়দুনা মহাক্না খাউ অমদা অচাপোৎ বিস্কুট ময়োম খরা লাংলমখি। পূন্নমক শোৎলম্বনি।

"ফরেনে, চেনখ্রগদবনিনা" ঐনা মঙোন্দা হায়রম্মী।

ৱারীদা অৱাবা খঙদনা ঐখোয়নী কৈথেলমানবী চীঙ্খোঙ ফাওবা শীন্না শীন্না সাইকল থৌরকখি। কৈথেলমানবী পুলিস চ্যোক পোষ্ট লাম্থোকপদগী অঙম্বা চীং লম্বী হৌরবনিনা সাইকলদগী কূমথ খোঙনা চৎখি। ঙাপ্রুম চীংজেন্দগীদি মহাকপু কেরিয়্যারদা মক্রাং ফাক্তোক্তুনা তোংহল্লগা ঐনা সাইকল থৌরম্মী। সাইকলদু অঙম্বদগী অনেম্বদা কূমখ্রিবা লম্বীদুদা অকিবা ফংনা য়াংনা চেন্থখি। ঐগী পূক্নীংদা চীংনুংদুদা মায়োক্লনা থৌগৎলকপা গাড়ীনা থোমদুনা নৎত্রগা লোকখাদা সাইকল চেন্থখিদুনা ঐখোয়নীমক থৱায় মাঙলগনি হায়বগী ৱাখলদা পাখৎপা, মিপাইবা পোক্লম্মী। খোঙজেল হন্থনবা ব্রেক ফাবসু কান্নফম খঙদ্রবদা মহাকপু সাইকল সাবল চপ্রা স্প্রিংদা পায়রগা কন্না য়ালহল্লম্মী। অদুগা ঐনা মনীং ব্রেক কন্না ফাজিল্লম্মী। ঐখোয়নীমক সাইকলগা কোন্ননা

## থাগৎপিবা

লম্বেলগী ওয়থংবা চীংমায়গী চীংচেপ মনাক্তা তুশিল্লম্মী। ঐসু মাসু হকচাংগী মফম কয়া কূরোন হুবাং-খোত্তংতুনা ঈ থোকলম্মী।

থৌবা য়াদ্রে খঙলবদা সাইকল ইন্দুনা অমুক চৎমিন্নখি। লম্বীগী মতাইদা মপৈ মপৈ পৈরিবা নুঙজাওশিং মখূত্তা নুঙথং অমমমগা ফম্না ফম্না গ্রীফকী শিন্নীশিং নুঙ থুগায়রম্মী। মখোয়না চীঙ্গোলনুংদা সাইকল অমগা লাক্লিবা চহী নৌরিবা ঐখোয়নীবু উবদা মখূত্তা পায়রিবা মাগী মাগী নুঙথং লৈমায়দা থম্লগা ঙক্লা য়েংলকখি।

করিগুম্বদা ঐখোয়নী লম্বী মপান্দা লৈরম্বা অচৌবা নুঙপাকথক্তা ফম্মিন্না অচাপোৎ ময়োম থুগায়দুনা চামিন্নখি। থৌরাংবা ফনবা চীংদোন্দগী চেম্থুরক্লিবা চীংজুম ঈশিং খূজোক খূজোক য়াদুনা পূক পেন্না থকচিন্নখি। অসুম্না লাকপনা চীংলোন অমা লাম্থোক্লগা সাইকল অমুক তোংদুনা নীংলিবা ব্রাখল থুংলনি থম্লুবদা নোক-খেনা চৎলিঙৈ ইমাঙদা ঐখোয় খুনগী মাম্মা বোকুল মচাশিংগা শক্তিমান অমদা তুপুল মনাক্তা উ বিম হাপ্পা হোৎনরম্মী। মাম্মনা চীঙ্গোলনুংদা সাইকল তোংলগা থাপ্পা লাক্লিবা ঐখোয়বু ফাজিল্লগা য়ূমদা শক্তিমান্দুদা উ বিমশিংগী মথক্তা সাইকলনে কৈনে পূন্না পুরকখি।

য়ূমদা ঐখোয়না 'থুংবা মতমদা নুমিদাংগী পূং ৭ হেনখিরম্মী। মাসু ঐসু অহল-লমন্না ফূনবা চৈ পায়দুনা কোয়তান তান্নবদগী মখোয়গী শীঙ্গৈ চক্র ইকু মথক্তা অহিংদুমা য়ারেকমিন্নখি।

মতুংদসু মহাক্লা মীরমদা চেন্নবা ঐঙোন্দা তত্তনা হৌরকখি। ঐনা য়াদবদগী কায়নথংদদি মাসু মীরম চেনবগী ব্রাখল থাদোকখি। মহাক্লা ঐবুদি পাঙদবা মীচেন, মীকিথী ওইনা খনখিরম্মী। ঐঙোন্দগীসু মহাক নোংমা নোংমগী লাপথোকখি। অদুগা খুঙ্গংদা মাগী মশক অমুক হন্না উখিদ্রে। ঐসু মাগী মফমদা অচৌবা নমথাক অমা তৌখ্রবগুম ব্রাখল নুংঙাইতনা চহী কয়া লেনখি।

শম্পোক কারমদাইদা মহাক লৌতাংশঙদা ঐবু লৌবা লাকখি।

চৎনীংখিবদি নত্তে, অদুবু থুংফম লৈতবগা ঐ মতুং ইন্নদুনা ঙাইরাংবমদা মাগী মাম্মগী য়ূমদা লাকমিন্নখি।

## তরুক

লোক লাইহৌনা নুমিৎ মঙানি মপান-ইপান থোক্তুনা ফমুংদা কুন্দুনা লৈরুরে। ইবোক্লা ঐ নাবা ফনবা নোংমাংখা মনা ফুত্তুনা মহী পীথকই, হিগা য়ৈবী, লৈপুংখাঙ্গা মহয় ঐনা লৈরকপা ঙা অয়াইবগা কাংশোই থোং থোংদুনা পীজৈ। লোক কংখু শিথ শিথ খুবা ফনবা খোইহীগা শিং অশোইবগা ভৌদুনা উমহল্লি। ইবোক্লা ঐবু মাগী মচানা পোকপা তাংনা ফংজবা মশৃগুম শোয়দ-ঙামদনবা চেকশিন্না শেন্নরি। তশেংনা ঐহাক ইবোক্কী লমন য়াম্না তোল্লে। ইবোক্কুম্বী মশূ চানবী অমতং লৈজরম্লবদি ইরাইবক সুক হাক্লা থীবা মীশক্তি ওইরম্লোই খল্লুবদা ঐ পূক্রীং নুংশিরকই।

নুমিদাংৱাইরম য়াচঙ মতমদা ইথোই মপা লাক্লে হায়দুনা মখোয়গী ইমুং পূম্লাং লাংই। ঙা অতেকপদগী অয়াইবদগী থৌবাল কৈথেলদগী লৈরকপনি হায়দুনা মাঙ্গোলদা খাউদগী লৌথোক্তুনা য়েংনরি।

নোনিনা ঙা পায়দুনা শান্নবদা মমানা থিংই।

"ইচাতোম্বী নঙবু নখূৎ-নশাদু লোইরেনে। ঙাদু পায়দুনা-মেত্তুনা শান্নরনু, শজিক থুংলনি হায়বা। অদুগী শরুক নখূৎ-নশাদু শুমাঙদা লৈরিবা বালটিন ঈশিংদা শেংনা হামদোক্লগা নবোকচা কৌবিরুচো।"

"ননাউ, লাকওশে; চেচে শেংনা হামদোকপীরগে। নথন্তা হাল্লদি নখূত্তু ঙাহিং মনম কোক্লরোই।" ইথোইনা হায়রকই।

"চৎলো, চৎলো; নচেনা হাম্বীগে হায়রিশে" মমানা মচাতোম্বীবু তাল্লি।

"হোয়। মমা, হোরেন ঙা থোংদোইরা.... ?"

"ঙাসিদি তাওরগা চারসি। পান থোংলগে।"

"উম-উম! খনাউদা তিকি তিকি হোৎলক্কনি চানীংদে কৈশু..."

নোনিগী ৱাঙাঙ তাবদা মপা, মমা, মচে মখোয় পুম্নমক হৌনা নোক্লকই।

"ইচা... তো....ম্বী...গী.... লোল....সি...দি...." কন্না নোক্লুবগী হস্থরকপগী স্বর চনীং তাদ্রিঙৈ মপানা মতৎ মতৎ হায়রকই।

"পানশে খনাউদা তিকি হোৎপা হৈবোইরেকো, ননাউ..." মচেনসু নোক্লা নোক্লা হায়রকই।

"হোৎহল্লোইশে, হোৎহল্লোইশে। ইচাতোম্বীগী খনাউদা ঙাইহাক্তুং ফাওবা পলহন্দনা চাকখাউদা শৃৎ নাম্থহনখিগেশে।" মমানা অমুক হায়রকই।

"উম। লাইৱা কাম্লগা থোংউকো মমা পান্দো।" মপানা নোনিবু মপূক্লীং হরাউহল্লি।

"খঙদেনে তৌরিসিবো.... অবোকচাদা পীগদরৌবা ঙাশিংসিবো লমহৌদোংদুনা চানবা তারদ্রা...." ইথোই মমানা শোল্লি।

"ইমাচাগী ঙা লমহৌদোংনা হেক হেক চাথোকপীখ্রবা হায়রিসিবু..."

"চাক্কোই চাবা লমহৌদোং অমনা লোইনা চাথোকপীরে। মীনা উশিংত্রিবসু মথীবোং পিক থন্না চাথোক্লগা অবোকচাগী য়ূমদা কুন্দনা, উইদনা অদুম লৈ।"

"হে-হে! লমহৌদোং মচা অমা ফাওবা তাম্থোকখিবা ঙমদবনিনে।"

"ঙমদ্রে, ঙমদ্রে, ঐখোয়গী ইতীক ওইদ্রে। নহাক তালহন্নবা ঙাইরল্লিবনি।"

য়াচঙ মৈ চুখৎলগা ফমুংদা তুমিন্না ফমদুনা মখোয়না ঙাঙনবা তারিবা ঐগী ইনাক্তা নোনি চঙশিল্লক্তুনা মবোক হংলৈ ঃ-

"তামো, বোবোকচাদি... ?"

"দুকান্দা, পোৎ লৈবা" ঐনা খুমই।

নোনি মখা তারমদনা ইমুংদগী থোকখ্রে।

" কনাদনো মানা তামো কৌরিসিবো....?" মপুরোইবনা হংই।

"ও,লমহৌদোং হায়'দো অসিনি। নচানুপী ফাওবা চেনখিদৌরিব্রা করিনো'মা তৌরি।"

"ইমা, বোবোকচাদি দুকান্দা চৎখি হায়..এ..।" নোনি ময়ূম য়ৌখিদুনা মমাদা তমই।

"ফরে,ফরে। নবোক হল্লক্লগা পীরসি" মমানা খুমই।

"কনানোনে মমা, নুপাসিবো....?"

"নহারোল ! নহারোল !"

মখাদি মতৈ-মনাউ শিকচন্না তপ্না ঙাঙনখিবনা তাবা ফংদ্রে।

ইবোক চেখাউ ময়োম অমগা হল্লক্লে। ফমুংদা তুমিন উংদুনা ফম্লিবা ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলম্মী।

ইবোক চাক মৈ থাগৎলমাল্লে। খাবৈ- চেগপকী মখোল তাই। মতেং পাংবীরুবা ঙমদ্রে। ইশাশে ব্রাখলনা লূমথরে। হৈনীংবা ফাওদ্রে। ফমুংদা লোংনা হিপথরে।

ইথোই মমা নোনিগা ঙা থিনবা লাকই। নোনিনা মবোক কৌরকই :-

" বোবোকচা, বোবোকচা, থোঙ হাংও।"

ইবোক চাকশঙদগী মখ্বাঙ কোল্লি কোল্লি থোরক্তুনা মমাঙথোঙ হাংই। ঐদি তুমিন্না হিপ্তুনা লৈ।

" শে, বাবানা লৈরকপনি।"

" ঈ:! য়াম্মৈখে পীরক্লিবসিবু নখোয়গীবু লৈহৌরিব্রা। নপাবু হৌজিক থুংলব্রা ?"

"হোয়, বোবোকচা।"

"অবোকচা, অতেকপশিংদু মশা অশোনবসু খরা য়াওবনি। শিদ্রিঙৈদা লৌথোকহৌবনা ফগনি।" মমানা হায়রকই।

"চাক তোল্লগা খোপ্লা মৈ তিকপা ওইনা লৌথোকপা হায়বদুনি।"

মমা-মচা থোকখ্রে। থোক্লমদাইদা ইথোই'মমা ঐঙোন্দা ফৈনা অমুক্তং য়েংশিল্লম্মী। ইবোক্না মখোয় থোকখিবগা থোঙজাও পুনা চিকিনি ইনশিন্দুনা থোঙ লোনশিল্লি।

মমা-মচা হনখিবা ঙাইহাক লৈরগা মতৈ-মনাউ ব্রারী শান্নবা তাই।

"হনুবীনা চাক থোংলগা মানা ফমুংদা নুংঙাইনা পোখাদুনা চাক ঙাইহৌই।"

থাপ্লরিবা

"কান্নররোই, কান্নররোই; চৎহনখিনবা তৌসি। হনুবী কোল্লিবা ঐখোয় অৱাবা তারক্কনি। লৈকাইগী মৈরা পায়বী সেক্রেটরি ইবেম্মা চাউবী, ক্লবকী সেক্রেটরি রনবির হয়েংদি উন্নরগা ৱা তানসি।"

"লৈকাইগী মীশিংসু লোইনা খঙলবনিদা। চিবোন চিবোন ঙাঙনবা তারবনি-মাইস্নামগী হনুবী লৈনম্বীগী য়ুমদা নহা অমা লেকহন-চাহন থল্লক্লিবশে কুইমল্লে, মখোয় কুঞ্জোহোয়গী ইমুংসিবু করিদৌরিবগে। মখোয়দা নত্তনা লৈকাই ঐখোয়ফাওবা অৱাবা তারনি।"

"লৈকাইনা ঙাঙনরিবদু চুমদ্রো ?" মপুরোইবনা শৌগৎলকই।

ও! ওস্থোকইদা... ইরাংনা লৈতাদ্রবা লমসিদা কনানা ঐবু মীথুং ওইহন্নীংগনি। ইমা! নচাবু করিগীদমক্তা খঙদবম মচা ওইনা হিংহনবীরিবনো ? করিগীদমক ঐগী শিংলীদা চেল্লিবা ঈগী হৌরকফম লেপ্পীবা ঙমদ্রিবনো ?

"চাক চাথোক্লসি। করিদৌরে, ইশূনা কপ্পিবদি... ?" ইবোক্কা হায়রকপনি।

"হা!" খংপ্রেক খংনা খুৎ য়েৎনা মায়দা নাল্লি। খুৎশাশিং পি মরীক মরীক চোৎলকই। "ঈকায়দা! কপ্পা ফাওবা খঙদ্রবা..." তুমিন্না শোঙ্গে।

ইবোক্কা ফুঙ্গা মপান্দা মৈ তিক্লা তিক্লা চাক চামিন্নে। ঐগী চাক্লুক মচিদা ইবোক্কা উকাবী লৈরৌ অচৌবা অমা উচেৎনা নীংথিনা খেত্তোক্লগা হাপ্লম্মী। ইথোই মমানা থিল্লক্লম্বদুনি। ঙাশে ঐঙোন্দদি হূ মতুম্নি, শোক্রে। চাক ফাওবা ঙারৌ মনাক্তগী খোত্থরুদ্রে।

ঐ চখোম ৪/৫ দং তন্না হুকচিল্লগা ঈশিং য়াউম অনী খূজাই থাঙ্গত্তুনা য়োৎশিল্লে। ইবোক্তা "চীনশে ইথৈ থৈ, চানীং-থক্লীংবা ইফাও ফাওদে" হায়জিন্দুনা খুৎ-শা হাম্বা মনীং থোঙলোমদা খূজাই পায়দুনা থোরক্লে।

খুৎ-শা হাম্বা লোইরগা চাকশঙদা হুঞ্জিল্লকপদা ঙারৌ ফাওবা শোক্তনা থল্লম্বদুদা ইবোক ঐঙোন্দা ইচিং চিংননা নুংঙাইতনা য়েংলকই। ঐ "হোয়/মাই" হায়রমদনা অহাঙবা খূজাই থল্লল্লগা ফমুংদা তৃম্বা চঙলে। খুয়াদগী কাম্থু ইশাদা চিংখৎলগা হিপচল্লে। কোকশে উরু উরু উংনা ৱাখলগী ঈরৈদা নৈশিন্দুনা লৈ।

কদায়দনো ঐনা অমুক থুংলুগদবা! কনাদা অমুক থেংলুনি ? থেংলুবা কনাদা শমপকপী শাদুনা হেক হেক নপশিনবীবসিদা কন্থোকনীংবসু মহৌশানি। মালেমদা মাগী লম, মাগী মী লৈতনা উচেকুমনা মীওইবনা নীংতম্বা য়াদে।

ঐ ইবোক্কী য়ূম নোংমা/নিনিগী মনুংদা থাদোক্লগনি। কদায়দনো হায়বদি খঙদে, চৎনবগী ৱারেপ্তি লৌরে।

মরূপ্না মীরোৎ ওইখ্রবা তুংদগী মরূপকী মীশিংনা ঐবু য়ূমদগী তাপ্থোকনীংখি। ইমানবুদি ঐবু মীচানি খন্দনা নাউকোনবীখি। অমরোমদা মাগী ময়াম্বা মতৈমনদি ঐবু লৌরি-য়ূম্ফম লুম্বা ওইনা খনখি। মিৎয়েং-নায়েং, ৱাঙাঙ-শঙাঙনা ঐবু চৎহন্নীংবগী মতৌ ফোঙনা উৎ শাগৈগী মীশিংদা ঐগী ৱা হুন্দুনা ঙাঙখি। নীংথিবীগী মমা-মপাদা মচানুপী ঐগা নক্লহন্দনবা, মচা চেকশিন্নবা হায়রম্মী। "মমা-মপানা ফাওবা নাউকোন্নীংদ্রবা, লৈমিন্ননীংদ্রবা মীশক অমবু ইমানা নচা শক্লা কোল্লগা, লৈমিন্নরগা করি কান্নদোইনো ? শাগৈগী মিংচৎসু থীরক্কনি মহাক চৎহনখ্রসি ইমা।" মরূপকী ময়াম্বা অচৌনা ইমাদা তত্তনা হায়খিবা ৱানি। ইনাকোংসিনা কয়ারক তাখিবা।

পূম্নমকসিগী মথক্তা শাগৈগী নহাশিংনা ঙাঙনবসু তাখি ।

"মানা শম-কোই খরা খাকচিল্লগা অহৈ-অশিং পঙশা শাবা য়াব্রা ? শাংলিবা মশম-মকোইসি কাতি অমা পায়রগা 'চরপ, চরপ' হেক চপথৎপিরগা লোইরে ঐখোয় ময়াম চঙদনা ।"

ইমা অমদি নীংথিবীনা শম-কোই খাকপা পামদে খঙলবসু ঐগী চনৈনবা পুন্সি মহিংনা কেবা-নানবা থৌশাখিদে । ঐগী অৱাবা উবা-খঙবদগী মখোয়সু ঐঙোন্দা শম-কোই ককথৎলু হায়বা ঙমখিদে ।

ইমাদা শাগৈগী নুপা-নুপী, নহা-অহল পূম্নমক্লা ঐ চৎহনখিনবা হায়বা লেপ্পমদে। ইমা ঐবু য়েংলগা লোন্না লোন্না মপি তৈথোকখি। ঐবু থাদোকনীংদবনা ৱাখলনা উংখি অয়ূক-নুংথিল, নুমিদাং। ঐহাকসু লাইরিক ইবা-পাবা পূম্নমক লেপ্তুনা মরূপকী কাদা ইথন্তা তুম্বক তুম্বক উংলম্মী।

নোংমদি নুমিৎয়ুংবা মতমদা নীংথিবী ইনাক্তা লাকখি । পোত্থা ফানগী ঙাথফমদা নঙ্গলগা কোক্কা ঙাশিল্লগা ইথন্তা মোং-হাদনা তুমিন ফপ্লিবা ঐবু য়েংলগা হংলকখি :-

"ৱাখল শুংলিব্রা, লাইরিক ইনবা ?"

"মথোঙ হাংলবা শারং অমগী মনুংদা লৈবা শা অমনা কদায়দা চৎসিগে খল্লি...ঐবু উমংদা চৎকদ্রা...অদুবু ঐদি জাৎ তারবা শানি...উমংগী শাশিংনসু ঐবু তাপ্থোরক্কনি।"

**থাপ্নরিবা**

মহাক ঐগী চোইরোলদা খদাং চিংনা হীক হীক কপ্লকখি। ঐনা মহাক্না কপ্পিঙৈ অমুকসু তানবীখি :-

"চৎলো নহাক। নঙ চৎখ্রো ঐবু উচেক মচা শঙবা হৌদোং লম্বোইবদু তাহনগনু।"

মহাক ঐবু চিংনা য়েং মপি ঈরা চেন্না চৎখি। খঙই, ইনাক্তা তোয়না লাক্লম্বী মাসু তাঞ্জা লুম্লগা লাকখিবনি।

ঐ মরূপকী য়ূম থাদোক্তুনা চৎলগে পুক্রীংদা চপ চানা লেপ্লম্মী। উন্নদবা কুইরবা য়ূমগী মীওইশিংবুসু য়াম্না উন্ননীংলকখি। মখোয়গী পাউসু তানীংখি। অদুবু ঐগীদি মখোয়না তানীংলম্লোই। অহিংদো! ঐগী পুন্সি অসিনা অশিবগা শাগোন্নদ্রিমখৈ নীংশিংলগদবা অহিংদো...মদুনা ঐগী পুন্সিগী তাঙ্কক অমগী অরোইবনি।

থাশিরমদাই মতম ওইবনা অহিং ঐনা য়ূমদা চৎপা মতমদু পূম্মম মমলম্মী। য়ূমগী ৱারী অমতংদি লোন্না তারুনবা ইমা লৈরিক খঙহন্দনা তুমিন্না চৎপনি। ঐ হূরানবা অমগী মতৌ লৌ মী-পোং চিকপা তাঞ্জা য়েংলগা য়ূমগী থোঙ্গালদা খোঙলৈ থুনা চঙশিন মমাঙ শঙ্গোই মরুমদা লৈশিন লৈরম্মী। ঙাইহাক ইমুংগী মী চঙলক-খোক্লকপা, খোঞ্জেলনচিংবা লৎপা চেকশিন্না ঙাইরম্মী। তাঞ্জা চারে খনবা মিকুপ্তুদা খোঙথাং কল্লপ মখোলদি থোকহন্দনা ইমা পাবুংগী ফম্মেন কাবোমদা চঙশিন ইশা ফক্লাংদা নপশিল্লম্মী।

পাবুংগা ইমাগা তূম্লমদ্রি। ঐগী ৱারীদা উংখৎনবম্মী।

"করিনো, তাম্থোকখ্রবদি ফরে...ঐনা করি হায়খ্র'গে...খরা থকচিল্লুরগা কোচি-কোবাং কোৎ কোত্তনা...।"

"কোত্তদি! হৈজীং ফাদবদুবো ঐগীরো? মীগী মচা ঐ শেম্বা, য়োকপা ঙম্লোই শুকঙম ঙম্লোই।" লৈয়েং ইফাই ফাইনা পাবুংনা ঙাঙবদু তারম্মী।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা পাবুংনা মখা অমুক তারকখি :-

"মহাক য়ূমসিদা শুকচঙ চঙহনবা য়ারোই...ইচা নত্তে হায়রি'সিনি...।"

পাবুংবু ইমাগী নৌথরবা খোন্না য়াইথাখি :-

"তূম্লসি লাকওবা খিৎ...শে, লাকও তূম্লসি...নচা চাউরবনিকো...।"

মরাল লৈরবা ইমাগী মপুরোইবনা ইঙ্খোকপিদনবা, মিরাইবীদনবা তাহৈদবা ঈরাং চেনবা ৱাঙাঙ তারগা মখা তানা তাহৈদবশিং তাদনবা ঐ ওমচাক্লরবা থম্মোয় পুদুনা য়ুমদগী থোঙ্গাল তম্না খোঙলৈ থুনা থোক্লকখি । হংজখি ইথন্তা লম্বী চৎনা চৎনা -"ইমা, নঙনা নচা ঐগীদমক ৱাবীদ্রিবা করিগীনো ? মফম-মরাং খঙদবা মচাগী মফমদা মমাগী নুংশিবা লীক্লব্রা ? নৎত্রগা নশাগী পুক্সি ঈতৃংফমগীদমক ঐবু কাওথোকপদা য়াওরিব্রা...?

ঐ চোকথরবা ৱাখলগা মরূপকী য়ুমদা হল্লম্মী । শিথরকপা থাসু ময়াং ইকং কংনা মুশি মুশিবা মঙালগা হৈনীংদনা থোক্লম্মী ।

মরূপখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌশিল্লকপদদি ইমানা থোঙ লোল্লম্লনি খল্লুবদা য়ুমদা চঙনীংখিদে । তৃপ্লিবা ইমা তানবা খোন হৌনা কৌবসু পামখিদে । ঐগী খোঞ্জেলদু য়ূম্লোন্নবশিংনা হূ তরেৎ খারবনি ।

থোঙ্গালগী অৱাংথংবা নাকন্দা মশা-মরেং ফল্লবা অচৌবা বোরোই পাম্বী অমা হৌই । উপালদুগী মখোঙদা ঐ ফমথরম্মী । চোকথরবা মিৎ অনী মথন্তা উইশিনখি । উইরোন উইরোন তৃমথঙৈ অশি-অনা নংলবা ইমুংগী মীওইশিংনা হীক্লা তেংথা-নাওইবগুম ঐগী নাকোংদা শোল্লি শোল্লি তারকখি । নুংঙাইতনা মিকপ থোক্লকপদদি মীওইবগী ঈবু যৌরাংবনা ঙাওরবা কাঙবীশিংগী খোঞ্জেল ওইরম্মী । ঐ মখা তানা অমুক তৃমখিদ্রে ।

নোংপোকথংবা অতিয়াগী মায়কৈদা শাফোঙদ্রিবা কোরৌগী ঙাংঙ্গানবা মশেক্লা ফিজল ওইবদো কয়াদি নীংথি । তৃমনীংবনা চোকলম্বা মিৎ অনী নোংঙাল্লমদাইগী অঈংবা নুংশিৎনা তেকখৎহল্লবদা মহৌশাগী শক্তমবু পেন্না য়েংজখি । শঙ্গুলক্তগী নাম্বুহৌরবা উরোক অমনা "হোক, হোক" হায়না শ্বর থবেৎ থবেৎ খোংলদুনা মপাং তান্নরি ।

মহৌশাগী শক্তমবু মিৎফম হোংদনা য়েংলিঙৈ নীংথিবীনা ঐগী লেংজুমদা মখূৎনা শোক্লগা হায়রকখি :-

"তামো ! নঙদি তৃমদনা মফমসিদা..."

ঐ খংগুম-লাকুম মঙোন্দা য়েংখৎলম্মী ।

ঐ তুমিন্না লৈখি । মহাক ইনাক্তা ফমথরকখি । অদুগা হংলকখি :-

"হায়মু, তামো নঙ ঙাওরব্রা ? নহাক হঞ্জিল্লক্তে খঙবদগী ঐসু অহিংশে তূমদ্রবনি। মিহুৎথোঙ হাংদোক্তুনা অথেঙবা থাশিরমদাইগী মুশি মুশিবা থাবলদা নহাক হল্লকপা ঙাইরম্বদগী মিকুপ খরতনি ঐনা তূমথরুবা।"

ঐ খুমখিদে। লাম্থোক্তবা মীগুম বোরোই মখোঙদুদা তুমিন্না অদুম্মক ফমলম্মী।

"হায়মু, তামো। নহাক করি তৌরে ?" ইতৌদুদা কপ্লি কপ্লি ঐগী লেংজুম কন্না নোম্লগা মহাক্না হংলকখি।

তাল্লক্তুদা যূমলোমদগী নুপী অমগী খোঞ্জেল তাখি :-

"কনা কনানোনেহে ! আদা : থোঙ্গালগী বোরোই মখোঙদা নোং ঙাল্লকপদা ইরেন্না ফম্মিন্না ব্বারী শান্নরল্লিবসিবু ! নুপীসি কপ্পদৌনসু তৌইনে !

অঙাংশা ! ইবুংঙো নখোয়বু হৌগৎলু । বোরোই মখোঙদা ফম্মিন্নরিবা নুপাসিগা নুপীসিগা ফারোলাও।" মহাক্না অকোনবদা খরা হৌনা লাউরদুনা ইমুংগী নুপা নহাশিং কৌখোকখি।

"কনা কনানো ! মী উশিত্তবশিং ফাসি" হায়দুনা তূমলম্বা নুপা নহাশিং মখূত্তা চৈগা চৈগা, থাঙগা থাঙগা থোঙ্গাল্লোমদা চেম্থোকনরকখি। খরনা "ফাও, ফাও" হায়না লাউরকপসু য়াওখি।

ঐখোয় অনীমক চেনফম-তৌফম খঙখিদে। মহাক অকিবা অমসুং পাখৎপগা লোয়ননা ঐঙোন্দা চেজেৎ কোনশিল্লকখি।

ময়াম্না ঐখোয়নীবু নমফা ফাখি।

বোরোই মখোঙদা তিল্লিবা মীয়ামদু মরূপকী শাগৈগী অহল-লমন, নহারোল, নুপী-অঙাংদগী হেন্দোক্তনা লৈকাইগী মীশিংশু য়াওরম্মী। য়াল্লবা মীয়ামদুগী মীচৈ, মীখোলনা ঐগী ব্বাখল-লৌশিং পূম্মাঙ মাঙহল্লম্মী।

তা অচৌনা মীয়ামগী অরাংবা মরক্তুদা ইমাদ্না কল্লক পেন্না হায়খি :-

"ইমা, ঐনা হান্না হায়জখিবদুনি— শাগৈগী মিংচৎ থীরক্তনি, চৎহনখ্রসি।"

"ফূনেহে ! অঙাংশা, কৈদৌরি !" অহল অমনা হায়বা লোইরম-লোইফাংত্রিঙৈদা নহা অমনা ঐগী কোক্তা চৈনা হাইথরকখি।

চৈনাখোলদুগী "আ: ! হায়বা খোঞ্জেলগা লোয়ননা বোরোই মখোঙদা ঐহাক কোক হাইথদুনা তুখি । ইনাক্তগী মাবুসু নুপী খরনা মশা শাগল পায়রগা অথীবা মীচৈখোলগা লোয়ননা ছো ছো লাক্তুনা চিংথোকখি ।

"ওক্তবী, শাগৈ মৈতাল অশিবী ! লাওনহে ! মপা মশক খঙদবা, লম্মাঙ-তুম্মাঙগী শরোই-ঙারোই মচাসিগা ফম্মিন্নদ্রবদি ফম্মিন্ননীংঙাই নুপা লৈজদ্রবনেহে !"

ইমাদো মীরক খায়, মশা চেঙ খৈবগুম নীক, খা চীক্লা ইনাক্তা চঙশিল্লকখি । খঙহৌদনা তুরিবা ঐগী মথক থংবা খজাইদা খূৎপাক্লা শাফ্ কল্লপ অনী অহুম্লক থাজিল্লকখি ।

"লমশাই মচা ! নঙবু ইচানা 'সি থোক্লবা ইমা-ইচা ঈকায়-শেঙ্গোয় হাঙনবা মীমাঙ ফম্লবা পুরকপ্রা ?

ইচাদুদি অচৌবগী পূকচেল চেনবনি...মরৈবাক-মরমদমগীদমক মীরোৎ ওই অব্রাবা কোঙ্গাই খাঙজরিবা ইচানি...।"

ইমা কপথোরকখি— মচাবু কৌর কৌরগা ঐবু চৈনা চৈনা।

ফীভমদুদা ঐ করি তৌগদগে খঙখিদে । ঐগী চীন-লৈ পূস্ফা ফাজিনখিরম্মী।

নহা অমনা ঐগী নাতোম্দা কিন্না শাফ্ কন্না অমুক থিনজিল্লকখি । নাহীসু লেপ্পা লৈতনা ওরো ওরো তারকখি। খূৎ-শা পূম্বা ইশাগী ঈনা পূমলুপ লুপখ্রে। কোক্তসু চিক চিক লাউনা চৈনা ফাওরকখি ।

মীয়াম্না ঐবু ফূ-চৈবগী অরাংবা মরক্তা মরূপকী খোঞ্জেল তাখি :-

"করি তৌবা য়াওরবগে ইমাহোয়, ইন্দোমচাহোয়, তাদহোয় খ্বাই ময়াম্না লাংলি-তিন্নরিবসিবু...?"

নীংথিবীগী মমানা মরূপ্পা ঙাঙবা লোইবগা শাউনা হায়রকখি :-

"মচল মচেশিংগী ইজ্জৎপুনা মীরান্দা য়োম্থোক্লগা লৈবাক্কী সেবা তৌবসিদা কনানোমতং পেনা য়াকাইবীয়ু !"

মরূপ্পু মীয়াম ওমশিল্লিবা মফমদগী নহা খরনা খজিক্তং পুথোক্লগা মখোয়গী মমাঙমক্তদা থোকখি ওইখিবগুম তমশিনখি, অদুগা মৈয়াংশিল্লকখি :-

"ফাজিল্লগা থল্লিবসিনি নুপী নুপা অনীমক । করি তৌসিগে...?"

থাপ্লরিবা

ৱারীদু তারগা মহাক মখূত্তা খূৎলাই মচাদুমা পায়রগা মৈগী স্বর পুবা চীংলাইগুম মমিৎ-মনা ইঙাং ঙাংনা ফিংনা ইনাক্তা চঙশিল্লকখি ।

"জাৎ নাইদবা, হৌরকফম খঙদবা শা ! নঙবু লোয়নরুবা ইশাগী মশক থীনবনি ।"

"মরূপ, ঐগী ৱা খরদংদি..."

"হৌজিকপু মরূপ ! নত্তে, নঙদি ঐগী য়েক্লবনি !

নঙ নৎত্রা মরূপ শাশিন্নরগা লমহূইগুম অচেংবা তাঞ্জা লুপ্লা। চৎখ্রো, হৌজিক্তি নহাক থাপ্লা ! নঙগী ৱাহৈ অমত্তসু ঐ তানীংদে।...নৎত্রবদি মসি উরব্রা...।" মহাক শাউনা মখয়াৎ চীকশল্লগা নোংমৈ মচাদু ঐঙোন্দা সীংলকখি ।

খঙজখি ঐ - ঐগী মী য়াওদ্রে । কনানা অচুম্বদু থিবিগনি ?

ঐ মালেম ইমাদা খূৎ নাম্যা চৈঙাক পীরগা তপ্লা হৌগৎলম্মী । অদুগা লমজাওরোমদা হাইরং হাইরং থোক্লকখি। ইশাদগী ঈসু লম্বেলদা তপ তপ তাহৌরম্মী।

কনানো'মা ইনাক্তা চেল্লকখি । মহাক্তা ইপোৎ-ইচৈ য়াওবা খাউদু ঙক্তা মরী য়ানশিনবীরম্মী।

মরূপ, নঙোন্দদি ঐঙোন্দা উৎলুবা মীনুংশিদু লম্বীদা ঈংবদগী অশিবগুম কোনশিল্লগা লৈরম্বা মহূ পুবা লিলবু লৌখৎপীরগা ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লগা লুমহনবীরুবদগী শিখিবা থৌজাল হৈবা মীশক্তুগী খূদোংথীবা অদুগুম নঙোন্দা থোকখ্রবনি। মসিদনি ঐনা নীংঙমহৌদ্রিবা! শা অদুগী হৌনখঙদবা, লমহূই শাজৎ চৎপা মীশক্তি হায়না নঙনা খনখিবদুনি মৈ-ঈশিংনা কোকহনবা ঙম্লরোইদবাঐগী পুক্সিগী অমকপা। ঙাঙনফম, চৈফম ওইদুনতা লেল্লিবা পুক্সি অমনা করম্না লৈতানা হিংবা ঙমগনি ? ঐ ৱাই শংনা পোখাবা, হিপ্লা শুকঙম ঙমদে।

ফমুংদগী হৌগৎলে। থোঙ হাংদোক্লগা মপান্দা থোরক্লে। অদুগা ঙসিসু তম্নলাই শাদুনা ইবোকী ইঙ্খোল মতোনগী মমাঙ পূম্রী মপান্দা পোখাফম খঙদনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি।

ইথোইদো অমুক খংদনা! ঙসিদি মপাসু হল্লক্লে। নীংথিবীগী মপানা লীচৈ কাংদ্রেন লংলকখিবদো...।

ঠিকাদারগী খোলাদা লম্ফেলদা মরূপ খোমদোনগা ঐগা লৈমিন্নরিঙৈদনি। নোংমদি অয়ূক অমা মহাক ময়ূমদা চৎলুই। হল্লকপদা ঐখোয়না অসামদা লৈরিঙৈ মরূপ লোইক্সিং লৈখিদ্রে, মাগী মংফমগী অঙাংবা ফুরাসু মখোয়রোমদা চখোল্লুবদা উরকই তল্লখি।

পাউ অদু তাবদা ঐগী হকচাং খঙহৌদনা খংশোন শোল্থখি। মিত্তগী অখকপা লৈতনা পি জর জর তারকখি। ব্রাখলদা অমকপা লৈতবা, মরৈবাক্কীদমক তুররিং হিংজবা মরূপ্পু ঐ নীংশিংদবা ঙমখিদে। অদুগা মাগা ঐগা ব্রাখল লান্ননা শেংদোক্লহৌদনা কায়নখিবসিনা ঐগী থম্মোয়সিদা নীংঙমদবগী মৈচাক পুন্সিগী মুৎলরোই।

মহাক্না ঐঙোন্দা তত্তনা হায়খিবা ব্রাহৈশিংদুসু ঐ কাউদে। পুন্সিদি শাংনা হিংলম্বদা নত্তে, তৌরম্মীবা থবক্তনি। অদুনা মরূপ নঙদি লৈহৌরগনি, হিংহৌরগনি। অনৌবা পুন্নারীগী কোর্বেক্তা নঙগী নমিং সনাগী কালিনা ইখ্রবনি, লাচনখ্রবনি।

ঐনা মরূপকী খুঙ্গং পুন্সি খুন্দা হৈকৎ-লৈকৎকী পোৎলমগা লোয়ননা থুংলুবদা নুমিদাংগী পূং ৭-৩০ গী রেডিও পাউ লম্বী মপান্দা লৈবা য়ূম অমদগী তাখি।

লবুক-লম্মাঙনা কোয়শিনবা নাইতোম তাবা অপীকপা খুন্দু নিংথমথাগী অঈংবা নুংশিংনা য়াচঙবগা লায়না খূদুম চনখিবদগী ইচিক চিকলম্মে। ঐহাক নীংশিংনীংদ্রবা থৌদোক্তুদা থাদোক্তুনা চৎখিবদগী খোঙদারক্তুবা খুন্দুদা খা পাংনা মরূপকী মংফম তান্না চৎলম্মী। লৈচিল-নোংফাই চেনবা অব্রাউবা থাবলদা লাপতক্লা থোঙ্গালগী অব্রাংদা লম্বীগী মতাইদা লৈরিবা মরূপকী ফুরাদু উরকখি। খঙহৌদনা হকচাং শীন থুংনা তু চুংখি। ঈখেংলক্তা য়াওন্না পুন্সি পীখমনখ্রবা মরূপকী অঙাংবা ঈনা মচু শঙজিল্লবা ফুরাদু উরগা ঐগী পূক্লীং য়াম্না নৌরম্মী।

লেপ্তুনা চঙশিনখিবনা মরূপকী ফুরা মখোঙ মনাক য়ৌশিল্লম্মী। ফুরাদুগী অকোইবদা খারিবা য়োহিলং সম্বল ব্রাংমদা ঐগী খোঙুপ-খুনাই লৌথোক্লগা থমলম্মী। মৈখেৎ খেত্তুনা মোমবতিগী মৈরা থান্দুনা পুরকপা হৈ-লৈ ফুরা মনুংদা মিংশেল চন্না থেৎলিবা মরূপকী শক্লম মমাঙদা থম কচ্চরগা ঐগী পূক্লীংগী নীংঙমদা ব্রাহৈশিংগা ওন-থোইনা তেংথাখি। অহিংগী অচিকপদুদা ঐগী খোঞ্জেলসু ফাজিন-পুনশিনবা য়াওদনা শন্দোকখিরম্মী। ঐনা হৌগৎলকপদা নীংথিবীনা য়োহিলং সম্বল ব্রাংমদুদা লেপ্লগা ঐগী ইতৌ সুৎ সুৎ কপ্তুনা য়েংলম্মী। মতম চাদনা মাবু উবদুদা হকচাংশে শ্বাই লাউখি।

"নীংথিবী! নহাক... " ঐনা খংলাক খংজিন্না হায়খি।

"নহাক্কা উন্ননীংবদগী ...." মহাক্না খুম্নকখি।

"নত্তে ! নত্তে! হৌজিক মদুগী মতম নত্তে" খোঙুপ তোংশিন তোংশিন্না ঐনা হায়রম্মী।

"অহিংসিদা কদায়দা হনগদৌরিবনো ? য়ুমদসু চঙহন্দ্রি তাই।"

"......ঐগী লৈফম লৈ। থেঙলে; নঙ চঙহৌরো।"

ঐ চৎপা হৌরম্মী। মহাক্না ঐগী খুৎ ফারকখি ঃ-

"ঙাইখোও..."

"নঙবু লমশা ওল্লগেরা ?" ঐনা শাউনা মখুত্তু কন্থোকপীখি।

মহাক ঐগী অকনবা খোন্দুদা তুংহন্না লেপ, মপি ঈরা চেল্লা ঐঙোন্দা য়েংলকখি। মতৌদুদা নুংঙাইতবদগী ঐনা মাবু থেমজিনবীরম্মী ঃ-

"নোংমা উন্নসি... য়ুমদা চঙলো..... মতমশে অহিংনি... কাউরব্রা থৌদোক্তো....।"

"নীংজরুবনা পুম্নমক্কু থৌশারুদে। লৈফমদুতংদি তাকপিরম্মু" মহাক্না তকশিল্লকখি।

"অপীকপা ঈপাক্তা লৈবা ঙা মোংলকপদা লায়না খঙবনি।"

অথেঙবা অহিংদুদা নুপা অমনা থোঙ্গাল মনুংদগী হৌনা লাউরকখি ঃ-

"ঙাইখো নহাক! লৈরমখো..."

খুত্থীব্রবা ঐনি, লবুকলোমদা হোত্তনা চেন্থরম্মী।

মহাক্না ঐবু হাইফেৎ তান্নরগা ঐ তম্না অকনবা ব্রাহেংগা লোয়ননা লীচৈ ফৈরং লংলকখি।

"পাল্লো-হে, শা!"

মহাক্কী চৈদু ঐগী নাকন্দা চংখিবগী শহুম ইশাদা ফাওরম্মী। ঐ হান্নদগী হেন্না য়াংনা চেল্লম্মী।

মহাক ঐবু মখা তানা তান্নরকখিদ্রে, লীচৈ খুল্লগা হনখিরম্মী। ঐসু চেনবা লেপ্তুনা তপ্পা চৎলম্মী। নুংথিলদগী করিমত্তা চারক-থক্লত্তবনা নুংশাশ্বর অহোন খূদিং য়াংলেনগা খোয়গা নপশিন্নরম্মী।

নুপাদু শাউনা ব্রা হৌনা হৌনা ঙাঙলদুনা থোঙ্গালদা চঙখি।

"মপা মশক খঙদবা, শৈদাংবা মানসু মতীক-মপা ইচা চাদনা মথীক অনেম্বনা থা লাম্বা শাই।"

মহাক নীংথিবীগী মপানি

ঐহাক লুব্রাংখোং মপান য়ৌরকপদা ব্রামন্দুনা লবুক্তগী কাখৎকে হোৎনবদা তুশিল্লম্মী। চরোত্তা খূৎপায় চেৎনা পায়রগা তপ্পা খুকউ শন শা তোর্বান্দা কাখৎলম্মী। তোর্বান হেক কাখৎপগা ঐ ব্রামল্লদুনা ফমথরম্মী। অদুগা মরূপকী ফুরারোমদা মায় লৈশিন্দুনা য়েংলম্মী।

মৈরা মুৎখিরম্লে। চাকপা লোইশিনখিদ্রে!

ঐনা তূম্বা থেম্নবা চঙলকপদা ইথোই অকিবা, পাখৎপা অমত্তা লৈতনা মিহুৎথোঙদা ঐবু মুন্না য়েং লেপ্লম্মী। ঐসু মঙোন্দা য়েংশিল্লুই।

ঐবু তম্নলাইগুম খনখিবী মহাক্না ঙসিদি অকিবা, চিংনবা পূম্নমক থাদোক্তুনা ঐগা খঙনা, তিন্নবা পাল্লি।

## তরেৎ

নোং ঙানফাৎত্রি। চীন-য়া প্রপ প্রপ শেংদোক্তুনা মায়-মিৎ তাথোক্লগা ফি-রোল শেৎচিন্দুনা ইবোক্কী ইঙ্খোলনুংগী মীওই অমত্তা য়াহৌনদ্রিঙৈ লৈফম থিবা থোরক্লে। খুনগী গাড়ী থাফম লম্পাক মচা ফাওবা খোঙনা মমাঙ পাংন্না থোরকই। লম্পাক্তা গাড়ী লৈরমদ্রি। খুঞ্জাশিংগী মমাঙদা ইফোঙ ফোঙনা লৈনীংদবদগী ঐ খোঙনা চৎপা হৌরে।

খা পাংনা চৎখ্রিবা অচৌবা লৌখোং অমগী থোংগী মনীংথংবা লম্বীগী মতাইদা, খুঞ্জিন্দা লৈরিবা পুখ্রম্বম কাজাউ নীংশিং খূভমনা খুঙ্গং অসিদা লাকপা মী পুম্নমক্তা মরৈবাক্কীদমক নোক্লা নোক্লা ফাঁশি শগাই কাখিবা, মণিপুরগী পুব্রারীগী লামায়দা মুৎলরোইদবা সনাগী কালিনা মমিং ইরিবা, অচঙবা মপারি মাবু নীংশিংহল্লি। মহাক্লি, ইং ১৮৯১ মার্চ ২৪ নোংয়ায় মতুংগী সনা কোনুংদা মায়কৈ অহুমদগী নীংতম্বা লৈবাক্কী যুবরাজবু হূরান লান্দাদা নমদুনা ফানবা হোৎনখিবা মায়থীবা নংলবা বৃতিশ রেসিডেন্সিদা লৈবা ঈংরেজ শিফাইশিংগী থৌরাং য়াৎপা য়াওরিবা মখোয়গী লৈঙাক্লোইগী থৌবু গ্রিমূড়পু দরবার হোলগী মপান্দা তানা লেংদুনা হাৎখিবদু। মহাক্লা মিষ্টর গ্রিমূড হাৎপদগী লেমহৌবা শাহেব মচা মরিসু মবালগী মতুংইন্না শঙলিংবগী মখূৎ য়ৌখি। ঙসি লৈরিবা মাগী নীংশিং খূভম অথৌবসিগী অরোইবা মথৌ-মঙম পাঙথোকখিবা শেংলবা মফম্নি।

অথৌবা কাজাউগী নীংশিং খূভম মনাক্তা ঙাইহাক পল্লিঙৈ গাড়ী লাক্লে।

কেন্টর তোংদুনা লাকপনা ইম্ফালদা অয়ূক্কী পূং ৭ তাদ্রিঙৈদা থুংলে। ব্রাহেংবম গাড়ী থাফমদগী খোঙনা খুন্দ্রাকপমগী গাড়ী থাফম বাবুপড়া য়ৌনবা গম গম চৎলি। মরূপ-মপাং কয়ানা ঐবু খোঙ কাংখোঙ পাল্লি হায়নৈ। ঐদি খোঙনা কিলোমিটর ১০

মুক চৎকনি হায়বদা নুংশাথীবা করিসু পোক্তে। কপ্লাক ইশাং শাংদবা ঐনা চগুপ চগুপ কৃংনা থুনা থাংবা খোঙথাং ঐঙোন্দগী হেন্না ৱাং-চাউবা মীশিংনা ইন্নবা ফাওবদা ৱানা থোকই।

অয়ূক্কী পূং ৮ খরা হেল্লকপদা ঐ পীকতোনগী ময়ূমদা থুংলে। ঙহানমুক চৎপদা উন্নরকপা মৌদু ঙসিসু শুমাঙ মতোনগী ইশ্খোলদা অয়ূক্কী ইঙ্খাং য়েন্দাই অমগা থিরম্মী। ঙসিদি মহাক ঐবু হরাউ হরাউ কৌরকই।

"ইবুংঙো, লাক্লিব্রা ?"

"হোয়, ঈতৈমা।"

"পীকতোন, নঙ উন্নবা মী লাকই।" মহাক্না য়ূমলোমদা ওনশিন্দুনা কৌই।

হাওফি অমা ইল্লগা মহাক ইমুংদগী থোরকই।

"নঙবু নুংথিল অমা হংবা লাকলম্মী হায়বা ইবুংঙোদুনি, লাকইশে।" মৌনহাদুনা তমই।

মহাক্না ঐবু হরাউ তরাম্না কৌশিন্দুনা মাগী কাদা ফম্মিন্নরে। ফমথবগা মহাক্না ৱারী তম্বা-লীবা হৌরকই।

"ঐশে নঙগা উন্ননীংবা কুইরবনি। লৈফম খঙদবগী তুমিন্না লৈরবনি। নহাক্কী ৱাথোক্কুগী অচুম-অরান ঐখোয়গী লূপকী মী মঙানা শাবা ইভেষ্টিগেশন কমিতি অমনা থিগৎখি। ঐসু কমিতি অদুগী মেম্বরনি। কমিতি অদু ঐখোয়গী পার্তিগী ইম্ফাল ৱেষ্টকী ৱিং কমান্দর থৌঙম্বনা লুচিংখি। পাথৌ লোইজিংনা ৱাথোক অদুগী অচুম্বা কন্না খঙনীংবদগী লূপকী লুচিংবদা থিগৎপীনবা হায়জখি।

নহাক্না অসাম চঙদ্রিঙৈ মমাঙদু ফাওবা ঐখোয়না নহাকপু কৃপ্না শেন্নখি। মতম অদুদা থিজিনবগী থবক অয়াম্বা লোইশিল্লে। থাক অদু ফাওবদা নঙগী নরাল পুথোকপা ঙমদবনা নহাক্না পোক্লফম লমদম থাদোক্কুনা মীরমদা চৎপদা ঐখোয়না থিংখিদে।

লোইজিংগী মচল নীংথিবী, মমা অশংবী, ইমা লৈরিক, খুঙ্গংগী অতোপ্পা মীওই খরসু ঐখোয়না ৱাহং-পাউহং চথখি।"

মহাক্না ৱা ঙাঙলিঙৈ ঈতৈমনা চা পুরকই। তেবলদা চাঙাং গ্লাস অনীদু ত্রেদগী লৌথদুনা থম্লগা ঈতৈমনা হায়রকই :-

থাগ্নরিবা

"ইবুংঙো, চাক চাত্রসি। ঙহানমুক লাকপদদি ঈতৈমনা চিংনবদগী ঐখোয় ইবুংঙো ফার্মদা লৈরবসু অশেংবা হায়দোক্তুবনি।"

"মতমসিনা ঈতৈমগী নুমিত্তুগী পাউখুম মীনম্বনি, অরানবনি খঙনা খঙনা ঐসু য়াবা তাখি।" ঈতৈমদা ঐনা নোক্লা নোক্লা হায়।

ঈতৈমা চঙগ্রে। ব্রারী অমুক চত্থরে।

"থৌদোক অদু ব্রাথোক ওইনীংঙাই লৈতে। নঙবু লোইজিংগী মচলদুনা নীংই, খল্লি হায়বসু ঐখোয়না খঙখি।

পূম্নমক নহাকপু তাম্থোক্লবা অচেংবা তাঞ্জা লৌরগা নরাল পীশনবীবনি হায়বসিনা ঐখোয়গী কমিতিগী মচঙ ওইবা রিপোর্টনি।

অচুম্বদু খঙবদগী মমাদা মহাক্লা নঙোন্দা ঙাঙখিবা কয়াশিংদুগী নীংঙমদবা ফোঙদোক্লদুনা 'লাইবক থীরবা, কনা'মত্তনা থৌশাবিদ্রবা মরূপকী য়ূমলিং-খুল্লিংবদা মতেং ওইনবা লুপা লিশিং তরাশে চেকশিন্না থমজিনবীয়ু মাগী পাউ তাবা, লৈফম খঙলবা মতমদা ঐবু ঙাকপিয়ু হায়বগা লোয়ননা শীন্নবিয়ু" পাউমেল্লম্বনি।

ঐহাক মরূপকী ব্রাহৈশিংদুদা কপ্লে। অচুম-অরান থিদোক্তুনা ঐবু অমুক হন্না মরূপ্নি খনবীখিবা মহাক্কী অচৌবা পূকচেলবু ইথন্তা পূক্নীংদা হন্না হন্না থাগচৈ।

পীকতোনগী মফমদা থোকখিবা থৌদোক্তুগী অশেংবা ব্রারী পূম্নমক ঐনা লীথোক্লে। অদুগা নীংথিবী ঐখোয়নীগী মরক্তা চেল্লিবা নুংগী ঈচেলসু লোৎত্রে।

"মানা ঐবু খল্লি, ঐনসু মাবু খল্লি। অদুবু ঐগী নুংশিবদি কলানি, নুংগীনি। ঐগী সাহিত্যগী, হিংনবগী। ঙসিসু ঐগী নুংশিবদি মপান থোক্ত্রি।

মহাক্লা ঐগীদমক কা হেন্না খনখি, ব্রাখি। করিগুম্বা মাগী অহেনবদু লৈরমদ্রবা ব্রাথোক অদু থোক্লল্লোই। পুন্সিগী মশকসু থীনরল্লোই।"

অয়ূক্কী চাক্লেন চামিন্নরবা মতুংদা মাগা ঐগা মখল-মথেলগী ব্রারী কয়া শান্নে। করিগুম্বদসু মহাক অইবা ওইনীংলকই। হায়স্কুলগী পুন্সিদা মহাক মেগাজিন সেক্রেটারি ওইরকই। মতমদুদগী হৌরগা কলেজ পুন্সি ফাওবদা ইখিবা ব্রারীমচাশিং, শৈরেংশিংগী অমনবা, মিরাং পকপা বই খরা মহাক্কী কাগী ফক্লাং উখোঙ অনীগী কারক্তা শেল্লিবা উপাক্কী থোলাদা থল্লিবা, লোল্লিবা লাইরিক অমসুং বইশিংগী মপৈ মপৈগী মরক্তুগী লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা উৎলি, পাহল্লি।

ঐনা মাগী খুৎই শৈরেংশিংদু য়েংলিঙে মহাক্না হায়রকই :-

"ঐশে অমদা কোক অমদা কাক হায়দুনি। চান্নলা ওইনবা, মহয় চানবা তৌবদি হেক নত্তবা। শিঙ্গোং খঙদবা মীনি তশেংনা হায়রবদা।"

"করি করি অতৈসু তৌগেনে মরূপ্পো ?" শৈরেংগী খুৎই বইদু খুমজিন্নগা ঐনা মঙোন্দা হংই।

"শান্নবসু অদুম পামই। স্কুল তম্লিঙে স্কুলগী শান্ন-খোৎনবগী থৌরমশিংদা পীক্লবসু ইমান্নখগা লম্বানবদা ঐনতা মায়পাকপা থোইবদুদা ওজাশিংনা ঐগী মিং নেপো-লিয়ন কৌবীখি। মিং অসিমক ঐনা অন্দরগ্রাউন্দা লৈরিঙেদা পাথৌশিংনসু কৌখি।

ঐগী অশেংবা মিং পীকতোন হায়বসিনা লাইওইগ্রবী ইমানা থোল্লম্বনি। ঐবু ইচীন-ইনাউশিং' মরক্তগী পীকসু পীকই ইতোনসু তোল্লি হায়দুনা "পীকতোন" কৌখি। অদুবু নুংশিরবী, মচা ঐবু নীংজবী ইমাদো ঐনা কৈশুমশঙদা লৈখিদ্রে....।" মহাক খোঞ্জেল নৌথরকই।

মাগী থম্মোয় ফাজিন্নবা, পূক্নীং চাউথোক্লবা ঐনা ব্রাফমদু লায়থোকহল্লি ঃ-

"পুক্সি হায়বশে 'সি ঙাক্তনি। পুক্সিগী ব্রাহন্দোক খঙনবা ঐখোয়বু অব্রা-অনা ময়াম থেংনহল্লিবনি।"

মহাক্কী পুক্সি খুদোংথীনীংঙাই ওইরে, অদুবু ফীভম খরগী মখাদা লৈবনা মাগী অহল ওইরবা শোল্লবা মপা অমদি ময়াম্বা মতৈমা খ্বাই ময়াম্বু অব্রাবা পীনবা য়াওল্লোয় অমুক হন্না ওইবদি মহাক পামদ্রে।

মহাক্না ঐঙোন্দা লৈফমগী অব্রাবা লৈরবদি মখোয়দা মতম খরা থবক-ইত্থাং শূমিন-নোম্মিন্না লৈসি হায়। অদুগা মরূপ্না ইমাদা ঐগীদমক থমলম্বা শেলফমদুসু মহাক নীংশিংলুগে ব্রারী তৌরকই।

মহাক্না ব্রারী-ব্রাতাই কয়া শান্নরবা তুংদা নুমিৎ তাদ্রিঙে ঐ ইম্ফালদা হাইগৎলকএ। বাবুপড়া বস থাফমদগী শামু মখোঙ ফাওবা রিক্সো তোংদুনা লাক্লে। রিক্সো অতোংমল পীরম্নগা ঐ নম্বুল তূরেলগী থোং নম্বোনবী লাল্লগা ব্রাহেংবম গাড়ী থাফম য়ৌনবা খোঙনা লাকই। খোঙ লম্বী ওইনরবা অমনবা থোংশে উরগা পূক্নীং নুংওল্লকই। ঙসিদি হিষ্টোরিকেল মোনুমেন্ট এক্তকী মখাদা বৃটিশনা মণিপুরদা পাল্লিঙেদ শারম্বা চহী চাম্মা শুরবা থোংশে পুব্রারীগী নীংশিং খুদম ওইনা লমসিগী লৈঙাব

থাপ্নরিবা

লোইশঙনা হান্নগী ফীভম কায়হন্দনা শেমজিন শাজিল্লে। অদুগা হান্না থোং অসিগী মতেংনা নিউ কছাড় লম্বীদগী ইম্ফাল ময়ায় ফাওনা চঙলম্বা গাড়ীশিং মনাক্তা খা-ৱাং ওন্না মথক্তা শাবা অনৌবা থোংজাউ অমনা উরিপোক-কাংচুপ লম্বেলদা থৈরগা মহারানি থোং লাল্লগা চঙহল্লে।

নুপা অমনা, ৱাহেংবম ত্রাফিক জঙ্কশন লাম্থোরকপগা, নম্বুল তূরেল মপানগী চেঙদাইফমদগী ঐবু কৌরকপা তাই। ঐ ঙকচাননা য়েংথোক্লুই। শলাং মাম্মনি। ঐবু মনাক্তা মখূৎ খত্তুনা কৌশিল্লকই। লম্বেল ফৈনা লাম্থোক্লে। মনাক্তা চঙশিল্লি। মহাক্কী হৌনবী বেদ্রো বেদ্রো ঙাঙথোকপদু হৌরকই ঃ-

"অপূ, নঙবু কনাগীদা লৈরিবগে? মাম্মদি খঙলুদবনা নঙোন্দা চৈরু-ঙাঙলুরে।

ইচেগা ঈবাইগদু চুমদে। লম্লানবা কনাগী ঈনি, শলান্নি — মীচাবোক্লি হায়দুনা নঙবু ইম্থোক্লগা মখোয়বু ফজরিব্রা ? লৈকাইনা, মরূপ-মপাংশিংনা চিবোন চিবোন ঙাঙনরিবশে মনাশিংদুদা হাপ্তে। মতু পানবা শাশিংদো ঐ তুক্কচৈ!" মাম্মনা হঙ্গোইনা লৈমায়দা মতিল শিৎলি।

ঙসি মাম্মনা ঐগী মীচঙদা থাজদনা লেপ্পীরকপসিদা পূক্লীং হায়ফম খঙদনা নুংশিরকই। পোত্থারমদে, থিবগী খোঙজং চঙশিনবীরম্মী। পূক্লীং ৱাখল লৈরোল লুনা তৌথবীরম্বগীদমক ইথম্মোয়দা মাম্মবু থাগচৈ।

"হায়যু, কনাগীদা কদায়দনো নঙনা লৈরিববো... ?" মাম্মনা অমুকসু হংলকই।

ঐ খুমদনা তুমিন্না লৈ।

মাম্মা মতমসিগী য়াওলদা চিংনরমাল্লে, পাখৎনা হংলকই :-

"অপূ ! নঙ নহারোল য়াওরব্রা...?"

"নম্মাকপু চিংনবীগনু । ঐদি মাম্মগুম্না চম্না হিংবা পামজবনি । লাইবক্না অসুম্না তমলম্বনা য়ূমলিং-খুল্লিংফম লৈত হূই অঙাওবা শাদুনা কোয়চৎ চৎলিবনি ।" মাম্মগী পূক্লীং চম্নবা ঐনা শেংদোকই ।

মাম্মা ঐগী ৱাহৈদা মপি নৌরকই । রুমালনা অচোৎপা মমিৎ অনীমক নপথোক্লগা ঐবু নুংশিনা য়েংলদুনা হায়রকই :-

"মাম্মা পুম্নমক খঙলে। ননেগা ঐখোয়নী চঙ ইন্দ্রাক্কী ঈগী হৌফম থিগনি।"

"মাম্মা..."

"য়ৌরুরো, য়ৌরুরো । অদুগা মাম্মগীদা লাকউ ।"

"হোয়, মাম্মা ।"

"অদুদি মাম্মা পোৎ অমত্তা লৈরুখিগে.... ।"

"হোয়, মাম্মা।"

ঐ গাড়ী থাফমদা লাক্লে। খাল্লিবা বস ময়াম মরক্তুদগী কাংমোংগী গাড়ী হংলগা কাখৎলে।

নুমিৎ ময়ূম চঙখিবদগী তোংবা বসনি, অদুবু য়াচঙ মতম ফাওবা গাড়ী থৌদ্রে। মীসু বস মনুংদা খোঙদাফম লৈতবা মখে তোংলবনি, শুজিল্লকপদি লেপত্রি। শাউরবা নুপা অমনা লাউরকই ঃ-

"ড্রাইভর লৈত্রো, চৎলশে! নখোয় ঐখোয়বু মী ওইনা উদ্রেনে,শেল মশীং ওইনা উরেনে। স্বর ফাওবা হোনফম লৈত্রে তৌরিশে ।"

অতৈ খরসু নুপাদুগী ব্রাদা ব্রাপাংশিল্লকই । অঙাংনা কপ্পনে-কৈনে বস মনুং পূমলাং লাংই । লাংলিঙৈ ড্রাইভরগী ফমফমদা নহা অমদি কাখৎলক্লে। অদুবু মাসু গাড়ী থৌবা নৎত্রমাল্লে ।

নুপা অমনা হংই :- "ইবুংঙো, ড্রাইভরদি কারকখিরোইদ্রা...?"

নহাদু হেন্দলমেন্নি । ময়াম্না হংবা-হায়বা থৌ ইশা শাদনা মনুংগী গাড়ী লাইট থানগৎলগা মমাঙদা থেৎলিবা গাড়ীগী মিংশেলদুদা মমায় য়েংদুনা শম শেল্লি ।

মাগী মতৌ য়েংলিবা মমাঙদা তোংবা নুপা অমনা লক্লে :-

"হৌজিক্তি গাড়ী থৌবসিসু লৈশাবীনা য়াম্না য়ারবনি । করিগীনো হায়বদা নখোয়গী কাখৎফম থোঙদুদা পাইলোট হায়না থারিবদো।"

তীং পাল্লবদা হেন্দলমেন নহাদু ময়ামদা ওনশিল্লগা নোক্লকই । মহাক্না নোকপদা মাগী য়ামাঙ য়াশি অচৌবা অনী অহুমদু উহৌবা লৈশাবী মচা মমাঙ ফম্বী অহুম মখোয় মশেল য়েংনরগা মচীন খুমজিন খুমজিন নোকমিন্নে।

"নহা, য়াদুদি সনা তোপসিদা !" নুপাদুনা অমুক ফাগি তৌরকই ।

**থাপ্নরিবা**

হন্দক্তি মচীন খুমজিল্লগা নোক্লম্বা লৈশাবীশিংদু ফাজিনবা ঙমদনা হৌনা নোকথোরক্লে। ময়ামসু নোক্লে। ঐসু ঈপোমদুদা তিল্লুই।

ড্রাইভর কাখৎলক্লে, ইঞ্জিন হৌপ্রে। লাংলম্বা মীয়াম ঈংথনরকই। অঙাংশিংদি কপ্পা লেপ্তে । অদুবু গাড়ীনা খজিক লেঙথোক-লেঙশিন তৌরম্লগা পম্বুংফম তম্না থৌথরকপদদি মিহুৎথোঙশিংদগী চঙলকপা অঈংবা নুংশিৎনা অকপ্পা অঙাংশিং শুমখ্রে। লাংলম্বা নিল্লম্বা কয়া তপ্না লৈখাই তারক্লে। অসুম্না ঐগী পুন্সিদসু খল্লুবদা ৱাখলদা নুংঙাইৎবগী ঈরূ চেনশিল্লকই। নীংথিবীগী মঙসু মঙলকই। ঐগী থম্মোয়বু য়োক্তুনা লাক্লিবা নুংশিবা খঙহৌদনা য়াকাইরকই। পুন্সিগী মশক থোরকই। মচু তরেৎকী চুমথাংগুম্না ফজরকই— ঐগী অৱাউবা পুন্সি।

মরক্কী লমথুংফম কয়া লানখ্রে। ঐ খঙনবা হোৎনরুদে—কদায় য়ৌরবনো। ঐগীদি অরোইবা লমথুংফমদনি । নুংঙাইনা ৱাখল ঈপাক্তা থম্মোয় লৈয়োল থুম্না, ঈংনা লুপচৈ। অদুবু লমথুংফম অমা য়ৌরকপদদি মপান্না ঐবু চিংথোকখ্রে।

ঢোল-বেন কাঙবুনা মাঙ থাদুনা খুল্লোমদগী কন্যা অমা দোলাইদা মমান্নবীশিং, শাগেগী মবুং-মৌপ্পাশিং, মচে-মনেম খিবীক্লা বরগী য়ুমদা থিল্লকই। গাড়ীনা লমথুংফম অমগী খাম্নবা লেপ্পগা কন্যাগী দোলাইনা য়ৌশিল্লকপগা চানে। ঐসু বসকী মিহুৎথোঙদগী কন্যা য়েংই। দোলাই মনাক্তা পুরিবা থাউমৈগী মৈঙালদা মকোক্তা অপাবা অঙৌবা চাদর, অরংবা শমফা, সনা মচুগী লৈতেং কুরাক, নীংথিরবা সনাগী নায়িন, লীকফাং, লাইবক অমসুং নাতোনগী নীংথিরবা চন্দনশিং বৃত্ত মচেৎকুম্লবা অমুবা পিশুম অনীগা লোয়ননা সুক্কৎপী মায়থোঙদা লৈতেং ময়াম্না তনীক তনীক লাইরেম্বী মান্না ফজরবী কন্যা মকোক নোন্না হীক হীক কপ্পী। য়েংবগী পেন্নাইদ্রবী শকহেনবী কন্যাগী মায়তা নীংথিবীগী মায়তাগা হায়রপ মান্নবগুমসু তৌই। ঐ ইচিং চিংনরকই ।

বস তোংলিবা অঙাওবা নহাশিংনা লাউশিল্লি :-

"নকোক্তু হাইগৎলুনেহে !"

বসকী মমাঙৱাইগী ফমফমদা তোংলিবা লৈশাবী মচাশিংদু কন্যা মশক খঙমান্নে—"হুইরেমগী নীংথিবীনে অসিদি !" হায়নরকই।

হকচাংশে স্বাই লাউই। মিৎ অনীমক কন্যাদা শংত্রিক কুপ্তুনা য়েংই।

চুমই, নীংথিবীনি ! মতোন তুম্লগা কোন্তক তাবা নাতোন, থেক্কৎলপ তৌবা মিংকী পাশিং, ময়ায় কুত্তক তৌবা মাগী খদাংসু উরে।

থম্মোয়শে মরোল থোক্তনা কপলক্লে। ঐ মাবু মখা তানা য়েংলুবা ঙমদ্রে। হে, পুন্সি ! নঙ ঐঙোন্দদি মৈচাকখাক্লি !

বস থৌদোরক্লে। ঢোল-বেনগী মখোলসু তান্নকই। তামথোকহৌরে ঐগী চান্নবীসু !

# নিপাল

গাড়ী থাফমদগী মনীং পাংনা ইবোক্কী থোঙ্গাল তম্না লাকপদুনা য়ৌগদবা নুঙহ্নন অমগী লম ৱাংলিঙৈ লম্বীগী মখা থংবা নাকন্দা লৈকাইগী মৈরা পায়বী শঙ লৈ। ঐনা হঞ্জিল্লকপদা লৈকাইগী মৈরা পায়বী ইমা-ইবেল কোল্লূপ অমা মৈফু ত্রিক্তুনা মখূত্তা চুখৎত্রিবা মৈনম উতোং অশাংবা অমমমগা কোক্তা কোকশেৎ চাউনা চাউনা শেং ফমলম্মী। মখোয় শান্নরম্বা ৱারী চপ লেপ্তুনা ঐঙোন্দা মিৎয়েং থম্লকই। মৈরাশঙ মপা হেন্দোবকপদা মখোয় জু-জা ঙাঙনহৌই।

"কনানো নহাসিবো...?"

"তুমিন লৈয়ু! অবোক লৈনম্বীখোয়দা চঙখিব্রা য়েংউ।" নুপী অতোপ্পা অমনা হায়।

মখাদি লাপথোক্লুরকপনা তাবা ফংদ্রে।

ইবোক্কী থোঙ্গাল য়ৌশিল্লক্লে। ইথোইখোয়গী মাঙ্গোলগী ইলেক্ট্রিক ব্লবকী মৈঙাল থোঙ্গালগী অমম্বদা লাম্লকই। খাদা লৈরিবা ইবোক্কী য়ুম মনুংদা থাল্লিবা থাউমৈগী মৈঙাল য়ুমথক্কী মখা উবা হুমদাংদা, মিহুৎথোঙ মনাক্তা ঈকায়দুনা নৈশিল্লি। ঐনা ইবোক্কী য়ুমগী শুমাঙ মতোন য়ৌশিল্লকপগা খুটি পোম্বতা নুঙ থংন থংননা নোংশীন খিংবগী মখোল তারকই।

কংলাগী পুঙখোলনা শাবাউ-লানবাউ তাকপগুম তারিবা মখোলদু তাবদা ইবোক ইমুংদা থাল্লম্বা থাউমৈদু পায়রগা মপান্দা মখ্বাং কোল্লি কোল্লি থোরকই।

"করি তৌর'জাৎনোনে, ইবেমশাশিংসিবো! সুক থক্লা নুঙ খিংলিসিবো!

..এঃ! ইশুশু য়ৌরক্লেদনা!"

"হোয়, ইবোক" ঐনা খুমই। ঐগী পুক্নীংদি নুঙ খিংবগী মখোলগা লোয়ননা পাইখ্রে। ঐনা লৈকাইসিদা লৈরকঙৈ ঙসিগী অসিগুম ইমা-ইবেল মৈরা পায়বীশিংনা ইপা পাখৎনা ইলেক্ট্রিক খুটি পোষ্ট খিংবা তারক্তি।

ইবোক্না মঙোন্দা হায়রমদনা চখোক্লুবগী মরম হংই।

ঐনা খুন্দ্রাকপমদা ইমান্নবা অমা উন্নরুব্বনি, কাউথোক্লুনা ঙরাং নুমিদাংসু হায়হৌদ্রে, অয়ূকসু ঙন্না চখোকপদুদা ইবোক্কী তূম্বা কায়দনবা খঙহল্লমদ্রে হায়না শেংদোকই।

ইবোক্কা ঐগা ইমুংদা তুং-মাঙ চঙমিন্নে। মহাক্না থাউমৈদু লময়ায়দা থল্লিবা মখোঙদুদা থাঙ্গক্লুনা থমই।

"ইশূ-ইবেন চাক চাথোক্লসি। নঙনা ঙসাই অয়ূক চাদবগী চশিকসু লৈরমগনি। নফি হোংদোক্লো।" ইবোক্না হায়রকই।

"হোয়, হোয়, ইবোক"খুল্লগা ঐ তূমফম কাদা ফি-রোল হোংদোকপা চঙই।

ফি-রোল হোংদোক্লিঙৈ ফমুংগী লুখুম মচীন্দা থল্লিবা ঐগী খাউদা মনি বেগ, খূৎপায় নোটবুক হাপচিন্নবা চেন চিংথোক্লুবদা খাউদা য়াওরিবা পোৎশিং খূৎফম কায়না লৈরম্বা থেংনরে। ঐ লামশিনবা ঙমই – কনাগুম্বা খরনা ঐবু শকখঙনবা হোৎনরি। ফৈ; চিংননা লৈবা হৌনদে। "ঐগী নীংশিং চেজল বইদি লৌথোকখিদেকো..." পুক্নীংদা লৈবা ব্রা শোনগুম করিগুম খাউ মখাদা হুমদুনা য়েংই। থেংনদ্রে! মিহুন শুদনা খাউদা য়াওরিবা পোৎ-চৈ পূম্নমক চিংথোক্লুনা য়েংই। খাউ মনুং পূমহাঙ হাঙলবা ফাওবদা ফংদ্রে।

ঐ তৌফম খঙদবদগী মিৎ অনীমক উইশিল্লগা ইশাগী লাইবক মোন্দা য়ৈশিল্লি, অদুগা খূৎ অনী মোন মখাদা লোনশিল্লি।

"ও ঃ লৈরে! মোন মখাদা ! হূরানবা, নঙ পোখমফম কাউরবকো!" শাউনীংগুম করিগুম ঐনা হায়দোকখি।

হৌগৎলে। ইবোক্না লময়ায়দা থাল্লম্বা থাউমৈ পুশিল্লক্লুনা ফমুংগী কমদা থল্লে। ঐগী নীংশিং চেজল বই করি অহোংবা, অব্রাৎপা লৈবা ফাক্লুনা য়েংই। মকোক্তগী অসুম ফাকথরকপদা মমৈদা অতোপ্পগী খূৎই ব্রাহৈ পরেং খরা চনশিল্লম্বা থেংনৈ।

থাপ্পরিবা

**"শকখঙদবা, শাংকাইরক্লে ঙসিদি পুক্লীং লৈরাংশে কিনা তুকথরম্বদগী নঙগী শমীন্দা..."**

**- ইথোই**

"ও ঃ ! ঙসিদি নহাক্না ঐগা নক্লবা পাল্লবা ! অদুবু ঐদি চৎলগনি।" ঐনা শোল্লি।

কুইদে, থোঙ্গালদা নুপী ময়াম চঙলকপগী অরাংবা মখোল তাই । মিহুৎথোঙ হাংদোক্লুনা মপান্দা য়েংথোক্লুবদা ইমা-ইবেলশিংদু শুমাঙ য়ৌশিল্লক্লল্লে । মৈরা কয়াগী মঙালনা অমম্বা শুমাঙ, ইখোল-শংবল অপীকপা তীন-কাঙশিং পাইবা, চৎপা ফাওবা উরে।

ইমাগুম্বী কযাশিংদুগী মবক্তগী মীয়ায় ওইবী, ইচঙ থৌবী অহুম মরি ইনাক্তা চঙলক্লুনা হায়রৈ :-

"ইচাবুনি, ঐখোয়না উন্নবা লাক্লিবসি..."

"কৈদৌরে ইবেমশা, নখোয় ময়াম হৌনদনা লাক্লিবসিবো ?" চাকখুমদগী থোরক্লগা ইমুংদা চঙলক্লিবা নুপীশিংদা ইবোক্লা হংই ।

"করিসু থোক্তেদা...,ইবুংঙোসি উন্ননবা মী খোম্বনি" নুপী অমনা খুমই ।

"ইশূশে কৈদৌরবা...?" ইবোক্লা পাখৎনা হংই।

নুপী অমনা ইঙ্গিৎকা কোন্ননা ইবোকপু খূদাং পায়রগা মপান্দা পুথোকখ্রে ।

লৈহৌরিবশিংদুগী মনুংদগী অমনা মশাবু মৈরা পাযবীগী সেক্রেটরিনি হায়না ঐঙোন্দা মশক তাকপগা লোয়ননা হায়রকই :-

"ইবুংঙো, ইমাখোয় মৈরা পায়বী নুপী ময়াম্না নঙগী ননাক্তা লাক্লিবশে য়ুমসিদা নহাক্না লৈরক্লিবসি কুইমল্লে, অহলসিগী ইমুং-মনুংদা নত্তনা লৈকাইসিদা অৱা-অনং, খূদোংথীবা থোক্তনবা হায়রুসি লাক্লিবনি।

মীফা-মীপুন, ৱাথোক-লান্থোক থোকহন্নীংদবদগী তৌবনি ইমানা হায়রিবশে ।"

"ইবুংঙোবু লৈহন্নীংদবদগী তানবা লাকপা-কা-অদুদি নত্তেকো ঐখোয়গীশে। নখোয়গীসু ঐখোয়গীসু য়াইফনবনি ।" লুচিংবীদুগী তুংদা লেপ্লিবা নুপী অমনা হায়রকই।

ঙাঙলিবা পূম্নমক ফমুংদা তুমিন্না ফম তারম্বদগী ঐ চৎননব ফমুং মথক্তা চাইরিবা ঐগী পোৎশিং খাউদা হাপচিল্লি।

"নচা পূম্নমক খঙজরে, ইমাখোয়না তাকপিরিবদু। ঐহাক হৌজিকমক চচচরগনি।"

মপান্দা ঐহাক থোক্লক্লে। খূত্তা মৈরা অমমমগা নুপীময়াম শুমাঙ চোন্না লেপ্লম্মী। মখোয় পূম্নমক্কী মিৎয়েং ইমুংদগী থোক্লক্লিবা ঐঙোন্দা থন্নকই।

মাঙ্গোলদা নুপী অনীগা ফম্মিন্নরম্বা ইবোক্কী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ঐ মঙোন্দা খুরম্মী।

"ইবোক, নশূ চচচরগে...। নশূনা খরা য়েৎলল্লে।"

"ইশূনা করিসু ওত্তেনা! ইবোক্তা চাক চামিন্নখিদৌনি, ঙাইখো।" খুরম্নগা চৎননবা হৌগৎকে তৌবদা ইবোক্তা ঐগী ওঙ্গীগী খূদাং ফারকই।

"নশূ চাজররোই...ইবোক্কী থৌজাল নশূনা পুন্সিগী কাউররোই...য়াইফ-মঙ্গল পীবিয়ু নশূবু" হায়দুনা ঐনা ইবোক্কী মখোঙ শোক্লা অমুক্তা হন্না খুরম্মী।

"ইশূ য়াইফরো... ইশূগী নীংবা থুংবা ওইয়ু..." মঙৈ নীক্লা হায়না হায়না ইবোক্কী মখূৎনা ঐগী কোক্তগী নঙ্গল ফাওবা শিৎ শিৎ নুংশিনা নাম্থীরকই।

তুমিন্নদি ঐসু চৎনীংলক্তে। মমা কয়াগী থম্মোয়দা মচা ওইবশিংগী মফম চাউনা কলহন্নীংই। থম্মোয়গী মরী হেন্না চেৎনবা শেমনীংই।

মাঙ্গোলদগী কূমথরগা শুমাঙদা নুপী ময়ামগী মরক্তা চঙশিল্লগা ঐনা হায়:-

"কায়নরমদাইসিদা নচাগী অপাম্বা খরদং ময়ামগী মফমদা ফোঙদোকচগে।"

"হায়উ, হায়উ। ইমাখোয়সু খঙহৌগে ইবুংঙোখোয়গী অপাম্বদু...।" মখোয় ময়াম্না পন্দনা হায়রকই।

"ঙসি লমসিদা ইমাগুম্বী কয়াগী খূত্তা পায়বীরিবা মৈরা অব্রাবা তারবা, অমম্বনা লাকশিল্লক্লবা খুন্নাইসিদা মঙালগী মশক্লি।"

"চুমই, চুমই। ঐখোয়না অঙ্গীংবা থিদনা খূত্তা মৈরা অমমমগা মফম খূদিং অহিং মিৎশেল খাঙলিবশে ইচাশিংগীনি, লৈবাক্কীনি।" মখোয়সু ব্রাপাংশিল্লকই।

মখাদা অমুক ঐনা - "অপৃনবগী পাঙ্গল কল্লি । করিগুম্বদা পাঙ্গল অদু লান্না শীজিন্নদুনা মতু শোনবা অচুম্ববু ঙাইহাক্কী অশাবা ইরাংনা নক্কত্তুনা মুন্না ব্রা থিদোক্তনা অরানবা তাহনবী চৈরাক পীবীখিবা য়াওদবসু নত্তে। অদুনা ইমাখোয় ওঠোরিতি ওইগদ্রা...? ব্রায়েল-শক্তি শীজিন্নগদ্রা...?

নচানা হায়জরিবশে ইমাখোয়বু হুনবা নত্তে । নচাসু খঙজে— মৈগী মৈশা লৈ, লমদমসিগী মমা ওইবীশিংগী থম্মোয়দা মৈচাক লৈ । অদুবু পূম্নমক্ত ফাজিন কুপশিনবীরগা মৈরা পায়বীরিবা খৃত্তু ব্রাংনা থাঙ্গৎপীদুনা নচাশিংগী অমম্বা লম্বীদা মঙাল অদুতং তত্তনা পীবীয়ু।"

ঙাঙবা লোইশিল্লকপদা ঐনা ইমাশিংবু খুরুম্মী- "নচাগী পুন্সিদসু ইমাখোয়গী মৈরাগী মঙালদগী লমসিগী য়াইফনবা হোৎনবা মীশক ওইবা ঙমজগে ।"

"ওইয়ু, ওইয়ু; মায়পাকপা, পজেং ফিরাল থেৎপা " হায়দুনা ইমা খরনা ঐগী কোক্তা মথং মথং নাস্থবীরকই ।

ঐ হৌগত্তুনা তপ্পা তপ্পা থোঙ্গাল্লোমদা ইমা ময়ামগী মাঙ থা থোক্লক্লে । ইথোইখোয়গী য়ূম্লোমদা হাইফেত্তং য়েংশিল্লুবদা মহাকসু মিহুৎথোঙ লাওনা হাংদোক্লগা ব্লবকী মৈঙালদা ঙাঙনা-শান্নরিবা পূম্নমক য়েং তাদুনা তুমিন লেপ্লম্মী ।

মায় লৈশিন্দুনা মখোয়রোমদা অরোইবা ওইনা অমুক্তংগা য়েংশিল্লুই । মহাক মিহুৎথোঙ মপাদা ঐবু য়েংনা অদুম্মক লেপ্লম্মী । মায়থোঙ ঙান্দে, ইমক মকই । মখূৎ য়েৎকী খৃৎশাশিংনা মমায়দা নানখিবগুম তৌই ।

ঐহাক খৃৎ হাইরে । মাসু তপ্পা হাইরকই- ঐগী থম্মোয়বু ঈপোম হৌহনবমখৈ। ঐ দোলাই মথক্তা কপ্প কপ্প চৎখিবী নীংথিবীবু মিত্তা শং শং উরকই।

মৈচাকখাক পুন্সি পুদুনা ঐহাক ইবোক্কী খোঙ্গালদগী ঐগী খাউ নমদা নম্বোনা থোক্লক্লে ।

থানিল মতুংগী থানা থেঙলপ নোংপোক চীংমাঙ মরুমদগী লীৎখৎলকপগা ঐগী খোঙচৎকা চান্নরুরে । অদুবু ঙসি অহিংদি ঐ নাইতোম তানীংই— কনাগসু খোঙবু ওইমিন্ননীংদে, মায়ওক্লনীংদে । ঐগী অব্রাবা পূম্নমক অমম্বদা লোৎশিন্দুনা থমনীংই । ঙসিশে থাশিগী সুক্কা মম্লবা অহিংদু ওইহন্নীংই । ঐ পেন্নসু কপনীংই । শিস্থরিবা পিসু

মরীক অমাফাওবা তৈথোকনীংদে। য়াহং কয়া'মসু হংনীংই। শেম্বীবা মপু, ইমা, অমদি মথোং চাদবা নুপাদুদা (ঐগী শকখঙদবা ইপা)। অদুগা ঐগী হিংবগী ঈফুৎ পীয়ু হায়না মখোয় অহুম্মক্তা লাউনা য়াকৎনীংই।

ঐ মখা তানা চৎপা ঙমদ্রে। ইশাগী পাঙ্গল য়াওদ্রে। শক্তি পূম্বা চাকথেকখ্রে কায়না মৈচাক্লা। চৎলিবা লম্বেলদগী লবুক-লম্মাঙলোমদা কূমথরে। কুমসিগী লৌরোক্তা পৈরম্বা চরূ ইকু অমগী মনুংদা ইশাশে ফুমজিল্লে। করম্বা খুনগী লৌকোলনো ঐ খঙদে।

# মাপল

মান্মনা ঐবু মাগীদা লেঙদনা লৈনবা হায়। ঐসু মুন্না খল্লগা য়ানীংবা উৎখ্রে। পীকতোন্নসু মাগীদা লৈরোলাও হায়হৌই। অদুবু মহাক ঐগী কনানো ? মহাক পূকচেল পীকপা মীবুদি নত্তে খঙই। অদুদা মাগীসু মপা, ময়াম্বা, মতৈমা লৈরি। মফমদুদা ঐনা লৈগদৌরিবা মীনুংশিদনি। তশেংনা মীনুংশি হায়বসিদি অকা-অকৃম নাই। নুংশিবগুম হকসু লৈতে।

শলাং মান্মগীদা নোংমা নে-তানা পোখারে। অদুগা খুন্দ্রাকপমদা অয়ূক য়াহৌবগা চত্তুনা-"মান্মগীদা লৈফম ফংলে, মান্মগী মনাক্তা লৈরগা ইশাগী পল্লেপফম খঙনবা হোৎনরগে"- পীকতোন্দা হোদোক্লুই। ঐগী তং তাবা লৈফম ফংলে তাবদা মহাকসু হরাউহৌই। ইকুই কুইদনা মহাক চথোরক্কনি, ইমা লৈরিক উন্নদুনা ঐ হল্লকপগী পাউসু পীরুনি হায়হৌই।

ঐনা খুন্দ্রাকপমদগী হল্লকপদা ইমা মপামদা লাক্কুনা মান্মগা শুমাঙদা ফক অমদা মচীন-মৌপ্পা পূন্না ফম্মিন্নদুনা নুংশা য়াইনা য়াইনা ৱারী শান্নরম্মী। ঐ মখোয়গী মনাক্তা তপ্না চঙশিল্লি।

ঐ উবদা মান্মনা ইমাদা হায় :-

"নচানুপা হল্লক্লে, ইচে। নহাগী মকা লাম্বা, ফূদোঙবা কৃচু য়াওদ্রবা নচাগী অমকপা শকফমদা অমুক্তা মুন্না য়েংউ ঙসিদি।"

ইমা নোন্থরম্বা মকোক হাইগৎলকই; তরংদা ঐবু ঙাইহাক য়েংই। কুইদে, অমুক নোন্থখ্রে। মমাগী মচা নুংশিবদু ইমাগী মিৎয়েংদা য়াওদে — য়াম্না য়াংই।

"ইচে..., নহাক খঙজিন্নদনা, নাম্থোক্তুনা চেনবা য়ারোই। ওইহ্রিবা ফীভম অসিদা নশাগী ইজজৎ হেন্না হেন্না শোকচিল্লক্কনি।

মচাগী মপা-মপু তাকপা ঙমদবা মমাবু মীরা ? শা নৎত্রা ?" মাম্মনা শাউবদগী ইমাদা হঙ্গৎনা চৈ।

ইমা ব্রাহে মচেৎ অমাফাওবা খুমদে। হান্নগুম মরু লুক্লা তুমিন্না লৈ।

মাম্মা হৌগত্তুনা ইমুং চঙখ্রে।

ইমাগা ঐগা "হোয়-মাই" হায়নদনা তুমিন তুমিন ফম্লরি। মহাক ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্কে; মচাগী অব্রাবা খঙবা পামদে।

মচা নুংশি খঙদবা ইমাগী মতৌদুদা ঐনা ব্রারৌনা হায় :-

"নশাগী ঈতৃংফমতগী খন্দুনা ইমানা ঙসিফাওবদা নচা ঐগীদমক করিমত্তা খোইজঙবিদ্রি। তৌবিনু ইমা, ঐসু নহাক্কী শিয়োমনুংদগী তাইবঙ ফাওরকপনি। ইয়াম্বগা ইবেম্মাগতনা অপোকপা নচা নত্তে।"

ইমা ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলকই।

ঐগী ব্রা খরা কনখ্রে। ইমাগী থৌশাদবদু হেনখিবা য়াই। ঐগী ঈশক তাকপিনীংখিদবসু য়াই। নুংশা থীরকই।

পূক্লীংশে নুংশিরক্লে। মিত্তগী পি জর জর শিন্থনা ইমাগী মখোঙদা তুরে।

"লৈতাফম খঙদ্রবা নচাগী পুন্সি মফম অমা খঙনা ঈংনা অমুক্তা লেপ্পগে। নচাগী ঈগী হৌফম ওইহ্রিবা ইপাদু অমুক্তা মশক তাকপিয়ু। ইমা-ইপাগী মফমদা নাওথী শাবা ফংলক্তবসু ঐনা কনাদসু পেন্দবা, নুংঙাইতবা থমজরোই। নচাগী অনীংবা 'সিমতংদি থুংহনবীয়ু ইমা।"

ঐনা লৈমায়দা ওন-থোইনা কপ্পুনা হায়জরবসু ইমাগী থম্মোয়দি নুঙ ওইরম্বনা কান্নদ্রে। খঙদে, কদায়দা হুন্দোকখ্রবনো মমাগী মচা নুংশিবা অপেৎপা থম্মোয়দো ! মপোকশে থীগ্রেদা ! পূম্নমক্কী ব্রাই চিন্নবনি। পূক্লীং হেন্না হেন্না নুংশিরকই। অঙাংনা মমাদা ওইনবদা মতম চানা থেমজিনবীহৌদবদগী ব্রারৌনা হীক হীক কপ্পগুম ঐসু পেন্না কপ্লে। মায় অশে কপমনবদগী পিনা চোৎলবা শুমাঙগী উফুলদা লৈমায়গা কোন্ননা ফাজিনখ্রে।

**থাপ্পরিবা**

কায়নথংদদি ঐবু থেমজনবীরগে খল্লক্লবা করিনো ঐগী কোক্তা ইমানা তপ্পা নানবীবগুম শোক্লকই। অদুবু লোম্বোক্তবী মমাগা মান্নখ্রে, ইপূক শিনবা ৱা অমতসু ঙাঙলক্লে।

ইমাগী মতৌ য়েংনীংবদগী ঐ হৌগৎলে। মহাক মচাগা মায়ওক্লবা ঙমদা মমায় লৈথোকখ্রে। থাজদনা নুংশিবা লীকপী ইমাগী মিত্তগী পিরীক ২/৩ ৱাকচিংগী নোংগুম লৈমায়দা তপ তপ তারকই।

ইমা হৌগৎখ্রে। মফি হাইফেৎ শেমজিল্লগা "হোয়/মাই" হায়রমদনা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে।

হনখ্রবা খঙদে, থোকখিবা ফনা কুইরবসু ইমা চঙলক্লে।

ঙসাইমখৈ চাকখুমদা থোং-থাকপা হোৎনরম্বা ইনে মপান থোক্লক্তুনা চাকপাউ পীরে :-

"নমা-নচা চাক লোইরে। হায়মা! নমাদি...?" ইমা লৈরমদবা উবদা ইনেনা ঐঙোন্দা হংলকই।

করি হায়গদবনো, হাযফম খঙদনা ইতিং তিংনা খুল্লে :-

"থোঙ্গালদা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্লে।"

ইনে থোঙ্গালদা ইমা থিবা থোকখ্রে। ফংদ্রবদা শোন্না শোন্না হঞ্জিল্লকই :-

"চৎখ্রবা কৈনো..., অঙাওবী লমশাদো!"

# তরা

ঐ অমা হেঙ্গৎলকপদগী মাম্মগী অপীকপা যুম ইচিন চিল্লে। মাম্মনা মচানুপা চাউবগা ঐখোয়নীগী কা ওইহন্নবগীদমক অৱাং শঙ্গোই মচা ইনা কুপ্পা অমা লৈবদু থৌরাং তৌই। ফক্লাং ব্রাচেৎ খাবা, ব্রাই তৈবা চাউবা ঐখোয়নীগী ইথৌনি। মহাক চহী ১৩/১৪ গী অঙাং ওইরবসু থবক শূবদা মপাগুম্না খূত্তা মমিৎ পাল্লি, শরৈসু কল্লি।

চাউবনা ঙাঙবা অহলগুম্না নাক-পু তাই। মচলনুপী চহী ১০ শুফাৎত্রিবী লৈয়োলসু লৈশাবী মপূং ফারবী অমগুম খোঙ্গুন তাই। অদুবু মচলসু মবুংসু লাইরিক্তদি মবানীমক শোয়রে। মবুংনা ক্লাস সেভেন তম্লবা ফাওবদা ইমালোলগী লাইরিক ফাওবা নীংথিনা পাবা ঙমদ্রি। ইংরাজি ইবদা তীম্লোক চৎপগুম্মী। ক্লাস থ্রি তম্লবা মচলসু লাইরিক ইবদা ময়েক খূদিং ব্রানা য়েকই।

হন্দক্তি মখোয়নীবু ঐনা অশংবা মতমদা লাইরিক তাকপী, খূৎই মওং চুম্না ইবা তম্বী। টি,ভি য়েংমিন্নবদা হিন্দি, ইংরাজি লোলশিং ইমালোন্দা হন্দোকপী। ঙসি নোংমা নিনিসিদদি মখোয় অনী ইবা পাবা মতৌ অমা লাক্লে। মচা অনী লাইরিক মরোল চুম্লকপা উবদা ইনেগা মাম্মগা অঙাংশিংদা পাউখোন ইশী শীখিদ্রে। অঙাংশিংদা থবক থৌদাবগী মহুত্তা ঐগা লাইরিক পামিন্ননবা থাজিল্লকই। নুমিদাংগী পূং নিপালগী টি,ভি পাউ নুংতিগী মাম্মসু ঐখোয়গা য়েংমিন-তামিন্নে। উৎলিবা থৌদোক-ব্রাথোকশিং ঐনা লীবী, তম্বী। মিৎ, নাকোং কয়াৎ অনীগী অহেনবা কান্নবশিং লাইরিক তমহৌদবদগী লৌবা ঙমদ্রে খল্লুবদা তক্তি শোন্না মচাশিংবু লাইরিক হৈবা মীশক ওইনবা মহে তম্বদা পূক্নীং লুপশিন্নবা মাম্মনা ব্রারী হেক হেক তৌই।

অয়ূক অমা অঙাং অনীগা মাঙ্গোলদা ফক্তা লাইরিক য়েংমিন্নরিঙৈ ইমা লৈরিক্তা মরূপ পীকতোনগা থোঙ্গালদা চঙমিন্নরকই। মখোয় উবদা ঐ থোঙ্গালদা ওকপা চেম্লোকএ।

থাপ্পরিবা

ঐ ইমাগী মখোঙ শোক্লা খুরমই। মায়শে খঙহৌদনা খংলূম লূপ্লকই। মিং অনীমক পিনা শীনখ্রে।

"হৌগৎলো, য়ারে। কপসু কপ্লিমাল্লে!" ঐগী মায়দা য়েংলগা ইমানা হায়রকপনি।

"ইমানা নচাবু নৌহৌননা থাজবা থপ্নীরকপসিদা ঐগী অপেনবা, নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রে।"

"নুমিত্তো লাঙ্গদবা ইচাগী খজাইদা ঐনা অথীবা, ঙাঙহৈদবা ৱাহৈনা মীয়াম মাঙদুদা চৈ-থাংবগা লোয়ননা খূৎ পেন্না খূবাক্লা থাখি। ইচাবু ময়াম চঙদুনা ফূবীখি। ইচানা নশাদগী শিম্হুরকপা ঈথেংগা পেন্দনা খুঙ্গং থাদোকখি। পূম্নমক মপূকচেল শেপ্পী অশংবীনা।

ঙসিদি মচানুপী নাইতোম পোকচবী করিসু নত্তবদা ৱাথোক ওইহন্দুনা মিংচৎ ফজহল্লুবগী হল্লকপী মিংথোল ফংহল্লেদনা...।"

"নীংথিবীবো!"

"হল্লক্লুনা লৈরে, অমকপা লৈতবী ইচাদো..."

মহাক্লা হল্লকপী ওইদুনা চন্নফম খঙদনা মাঙবদুনা ঙসি ফাওবদা থৌদোক অদুনা ঐবু ঈকায়হনবগা লোয়ননা চৈনা পীবসু লেপত্রি। ঈকায়বা নংবা খূদিংমক লাল্লুবগী নত্তে, চৈনা খূদিংমক ইরালগী ফংবা নত্তে খঙজরবসু ৱাখলগী চৈফূদি লেপ্তে।

মরূপ পীকতোন্না হায়খিবশিংদু অচুম্বনি। ইমানা ঐগীদমক লাইওইখ্রবা মরূপ্পা থপ্নীরম্বা লুপা লিশিং তরাদু য়াইফখোনগা লোয়ননা ঐঙোন্দা শীন্নরকই।

মরূপকী ৱাংলবা ফিদম-" ঐখোয় মশেল অমগা অমগা তেংবাঙনদুনা হিংমিন্নবা, শেমগৎমিন্নবা"- ঐনা মতম পূম্নমক্তা নীংশিংগনি।

ইমানে, মরূপ পীকতোন্নে ঐখোয় পূন্না অয়ূকী চাক্লেন চামিন্নৈ। চাক পুখম অমতদা পীকতোনগা ঐগা চামিন্নবা উরগা ইমা চাক চানা চানা ফিজিনা মপি তৈথোকই। ইমানা মরূপ লোইজিংগা ঐগা চাক পুখম অমতদা চামিন্নখিবা, মহাক্লা অৱাৎ-অপা হংলগা হাপ্তুনা হেক হেক পীজখিবদু নীংশিংই। ইমাগুম্না ঐসু নীংশিংই।মমৈদদি চাক চারম্বদগী ইমাগা ঐগা য়েংনরগা কপমিন্নরে।

ইনৈনা ঐখোয়গী পূক্নীং ফাজিল্লি:-

"চাক চানররোইকো, ইচে...। পূক থন্নবা হান্না অমুক্তা হোৎনখিসি।"

ময়ূমদা হল্লমদাইদা ইমানা নোংমা লাক্তুনা ঐগী লাইরিক, ফি-রোল লৌশিল্লনবা হায়রম্মী।

মরূপকী য়ূমদা লৈরিবা ঐগী অইবা শৈরেংশিং অমসুং ৱারীমচাশিংগী তোঙান তোঙানবা খটা বই অনী অদুগা সাহিত্য অমদি মখল মথেলগী মমল য়াম্নবা লাইরিকশিং পূম্নমক কুইরবদি মফম খঙদনা মাঙখিবা য়াবনা ইমানা নীংশিংলম্লিঙৈদা লৌশিনহৌরগে খন্দুনা চাউবগা ঐগা নুমিদাং সাইকলদা খাউ অমা পুরগা চৎলুই। লাইবক ফবনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তা উন্নরক্তে। য়ূমদু ইচিক চিক্লা ইমা মথন্তা লৈহৌই।

মরূপ ঐখোয়নীগী কাদু ইহাঙ হাঙহৌরে। ঐখোয়না হিপ্পরম্বা ফমুং, শীজিন্নরম্বা তেবল-চৌক্রি, পোত্থা-ফান অমত্তা লৈহৌদ্রে। মরূপকী উচন মিংশেল শক্লমদুমা ফক্লাং উখোঙদা থেৎহৌরিবা অদু মঙাইরে। অহাঙবা কাদুদা থেৎহৌরিবা মরূপকী মমি শক্তমদুনা থৱায় শোক্লা ঐঙোন্দা হায়রকপগুম্মী :- "মরূপ লৈহৌরিবা ঐগী মীশিংনা ঐগী পুন্সি মুত্থৎপীখ্রে ! য়েংউ, কাসিদা ঐনা শীজিন্নরম্বা করি লৈরি। মখোয়না হিংবা ঙম্নবনি হায়দুনা নুংশি হৈতবা থবকশিং তৌই।"

ঐনা মরূপকী শক্লম য়েংনা য়েংনা পূক্লীংগী অচেৎপা ফিরেপ লৌরকই।

"মরূপ, নঙনা ঐবু হিংহন্নীংখি, হিংনবা তেংবাঙবীখি। অদুনা ঐনসু নহাকপু হিংহনগনি।"

ইমানা ঐগী খটা-বইশিং, লাইরিকশিং, ফি উপু মনুংদা চেকশিন্না হাপচিন থম্বীরম্মী।

"নঙগী মরূপপ্পা নঙগী নপোৎ-নচৈ, লাইরিক, বই অমত্তা মাঙহনগনু মেল্লম্মী" ইমানা তম্লকই।

ইমানা মহাক্লা থোংহৌবা চাক্তু চখোম অমমমতা ওইরবসু হুকখো হায়হৌই। অদুবু অতোপ্পশিংনা ঐ লাক্লম্মী খঙহন্দনা শৎ হল্লকপদু পাম্বদগী ইমানা হায়বা য়াদনা ঐগী লাইরিক-লাইশু, ফি-রোল মতম মাঙহন্দনা খাউদা প্রপ প্রপ হাপচিল্লগা চাউবা ঐখোয়নী হল্লকখি। ইনে-মাম্মহোয়দি ঐখোয়না য়ূম য়ৌরকপদা চাক তোক্লম্লে।

চাক তোক্লগা চাউবগা ঐগা মহৌশাগুম্মা খোঙনা লমজাওদা ঙাইহাক কোয়থোকই। ঙসিদি মতমসু খরা থেঙলবনা মহাক কোয়থোক্লবা হেক হঞ্জিল্লকপগা

ফমুং কাখৎখ্রে। ঐগীদি মতম ফনা থেঙলবসু ফমুং চঙদ্রিঙৈ লাইরিক ঙাইহাক্তসু পাবা নৎত্রগা করিগুম্বা অমা ইবা ঐগী হৈনবীনি। নৎত্রবদি তূম্বা থেম্বা য়ারোই।

খাউদা পুরকপা ঐগী বই, লাইরিক, ফি-রোল পূম্নমক মফম চানা চানা লোইশিন-থমজিল্লে। মতুংদা চৌক্রিদা পূক্নীং লৈতানা ফম্নগা ইখিবা চহী অনীমুক ফারবা শৈরেংশিং তেবলদা বই ফাক্তোক্লুনা মথং মথং য়েংই। শৈরেং য়েংনা য়েংনা নীংথিবীবু নীংশিংলকই। মহাক্না ঐগা অহানবা ওইনা কালেস্থাগী নুমিদাংব্রাইরমদুদা মরূপকী কাদা ব্রারী শান্নখিবা। মহাক্না মখোয় কলেজগী মেগাজিন্দা হাপ্নবা শৈরেং অমা পাথোক্লগা তাহনবদা শৈরেংগী মনুংদা চেল্লিবা ঈচেল, ফুমদুনা থল্লিবা ব্রাখল খঙদবদগী মহাক্না ঐনা ইরিবদু ইথৌ থৌশাদনা হায়খিবা ব্রা পূম্নমক্তু নীংশিংলকই। অদুবু কবিগী পুন্সি ব্রারী খঙলগা মহাক্না ইবা শৈরেংশিং হেন্না পাম্লকপা, মশক খঙলকপগুম ঐগী পুন্সিবু মশক খঙনবা হোৎনবদগী মহাক্না ঐগী শৈরেং, ব্রারেং পূম্নমক খোইদানা পাখি। অদুগা ঐগী পুন্সিগা নকশিন্ননবা হোৎনবদগী মহাক্কী পুন্সিনা মাঙখি।

নুমিত্তুদা ঐনা মঙোন্দা পাথোক্লগা তাহনখিবা শৈরেংদু য়েংনীংলকপদগী চেনা কোয়ফাক ফাক্তুনা থিরে। থেংনরবদা থব্রায় য়াওনা পাই। অহানবগী লামায় পাবা লোইরগা মখা পানবা চেনা হাইদোকপদা শৈরেং ইবা লোইখিবগী অহাঙবা চেবাং তঙ্খায়দুদা অতোপ্পা মীশক অমনা ব্রাহে পরেং খরা ইশিল্লগা থনম্মী।

করি হায়রিবনো খঙনীংবনা মতম মাঙহন্দনা পাই :-

**"নঙগী থম্মোয়গুম্না মরৌ লৈবা, লায়না লোল ফাওনা ঙমদবা নঙগী শৈরেংশিং ঙসিদি ইথন্তা হঞ্জিন হঞ্জিন পারে। নঙগী শৈরেং, নঙগী থম্মোয় অমতনি।**

**নঙশে ঐঙোন্দদি ওলাংথাগী লৈচিলনি। নোং ওম্থোরক্লুনা ওমচাক্লবা থম্মোয় ঈংহনব্রা ঈংহন্দা, মনিল ওইনা মাঙখিদুনা পূক্নীংগী লাংতক্লবা কোকখিব্রা কোক্তা। নঙ লৈরমদ্রবা, নৎত্রগা থেংনরমদ্রবা খাঙলিবা মীব্রা-মৈশা, মকশিল্লিবা শক্তম, ঈখৌ লাংবা থম্মোয় অমত্তসু লৈরম্নোই। অদুবু ওলাংথাগী অহিংদা থানা মাগী খোঙচত্তা লৈচিল মঙোন্দা হেক হেক পোখাজবা উরগা লাংতক্লবা পূক্নীং ইথন্তা ফাখজে।"**

ব্রাহে পরেং অসিগী মখা অনৌবা পন্দুপ অসুম্না অমুক ইরম্মী :-

**"ঐ য়ুম পাম্লুরে। নুপা ময়ূমদা অহিং অনী য়ারেম্লুরে। নঙ ঐগী ব্রাথোক্তুগী পাউনিলখোলনা ইপুরোইবনা ঐবু লুহোংবগী অহিং অদুমক্তদা মাগী কাদুদা ইপামদগী**

**তম্নকপা অঙং-অউনশিংদুগা নাইতোম হন্দোকপীরম্মী । পোমশাৎনরিবী লৈরাং অমবু লৈখোক্তগী পৎ হেক্তৎলগা লাইগী খুয়াদা কৎলম্বগুম্বনি ইমা-বাবানা মখোয়গী অমতা য়াওবী মচা নিঙোলবু নুংঙাই-য়াইফনবনি হায়দুনা নুপাদুদা থাজবীখি।**

**নীংথিবী ঙসিদি মৌ ওইরে । নীংজ-খঞ্জরিবা অসি নত্তনা নহাক্তা নক্লনবা লম্বী লৈত্রে ।"**

লোইশিল্লকপগী ব্রাহৈ পরেং অনীগী কারক্তা মাগী মিত্তগী তাখিবা পিরীক্লা চে মচু ব্রাউনা লৈরম্মী। ঐনা মফমদুদা নুংশিনা চীন্না চূপ্পী।

"নীংথিবী, নঙবু ঐনা নপুরোইবনা শোয়দনা লৌশিলহনগনি । থোকখিবা থৌদোক্কী অশেংবা ব্রারী লীদুনা ঐনা মঙোন্দা নঙবু লৌশিনবীনবা হায়জরুগনি"- ঐনা ইশাগী অচেৎপা ফিরেপ লৌই।

অহিং থেঙলে হায়বা য়ূমগা নক্লনা হৌরিবা উপালশিংগী মখাথংবা উশাশিংগী মনাশিংদা মথক থংবা উশাশিংগী মনা কয়াদগী তারক্লিবা লীক্লাশিংগী 'তপ, তপ' লাউবা মখোলদা খঙলকই। ঘড়ী য়েংলুবদা পূং তরামাথোই হেল্লম্লে। ঐ ফমুং চঙলে । চাউবদি নুংঙাইনা ইশি শিনা তূপ্লম্লে।

## তরামাথোই

নীংথিবীবু মপুরোইবনা লৌশিনখিদ্রিমখৈ ঐহাক শূরম-চৎলম খঙলোইদৌরি। মপুরোইবগা হঞ্জিন্নজদুনা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নদুনা মহাক্লা নুংঙাই-য়াইফনা পানখ্রবদি ব্রাথোক অদুগী ব্রারীনবসু লোইখিনি। নৎত্রবদি কোক্লবা পাস্বে লৈতে।

ইথন্তা কুশি তৌবসু নুংঙাইতদুনা ইনে-মাম্মগসু তানৈ। ঐনা লুনা খল্লিবা ব্রাফমসি মাম্মনা ইরায় লায়না ককথৎলকই :-

"মীচা শিশনু খল্লগা ইচা শিএদো মদুনি। মচা নিঙোলদো মমাদুনা মাঙহঞ্জবা নৎত্রা ? ইম্মাকী কনা লৈতে মতাগুম তুহত্তুনা নুমিত্তুদা মখোয়না অরানবা তাহনখিবা, ফূ - চৈখিবা মদুগী লাইনা পীবা চৈরাক্লি।

তুমিন্না অদুম লৈথোকউ, করিমত্তা খল্লুনু।"

"অদু ওইরগসু নুপীমচাদুনা ঙসি মপুঙ্গি মাঙলিবদু কনাগীদমক্তনো ? মাগী মরালবু করিনো ? " ইনেনা মাম্মগী ব্রা ককই।

ইনেগী পাউখুম পীবমদনা মাম্মা ইমুংদগী থোকখ্রে।

"ইয়ানা খল্লিবদু ফৈ। নুপীমচাদু মপুরোইবগা হঞ্জিন্নহন্নবা হোৎনবিগদবনি।

চাক তোক্লগা নুংথিল ইচেখোয়দা চখোক্লগে। মহাক্লা ময়ূম পাল্লুবা নুপাদুগী মমিং-মথা, লৈফম ইনে কূপ্না লৌবীরক্লগে।" মীগী অব্রাবা উগন-খঙ্গনবী ইনেনা ঐবু থৌগৎপীরকই।

ইনে অয়ূক্কী চাক-ঈশিং, কোল-লীক, ব্রাই-রমগী থবক পূমলোই লোইশিল্লম্লগা মখোঙ-মখূৎ শেংনা হামদোক্তুনা মফি-মরোল অহনবা হোংলগা পুঙ্গি খুন্দা চৎখ্রে। ইনেনা চৎখিবগী লীখুন মাম্মা খঙলবসু থিংনবদি হোৎনখিদে।

নুমিদাংব্রাইরম কোবী মখোঙ শোন্নিবা মাম্মা ঐখোয়নী নাক্তা চখোক্লুবা ইনে হল্লক্কুনা পাউ তমই :-

"মানা ময়ূম পাল্লুরিবা নুপাদু খুম্বোংগী ব্রাহেংবম গৌরসিংগী মচানুপা ডোক্টর গীতচন্দ্র-এদুদনি হায়নে।"

"খুম্বোং কদায়ব্রাইদনো হংলক্কা, ইনে ?

"হেরা, নঙসু! নুপী-অঙাং লায়েংবদা মায়কৈ শোমদা মমিং পন্নরিবা ডোক্টর অমবু হংবদা ইরায় লায়না খঙনিশে।"

ইনেগী ব্রাফম চুমই। ঐ তুমিন্না কোবী মখোঙ তাখৎলি।

"ননেগা ফনা ফনবা শীন্নরো। মাম্মোদি য়াওরোইকো।" থবক লোইশিনবগী বিড়ী মচৈ অমা মৈ চমখত্তুনা থক্লগা মখোঙ শোম্বা লোইরবা কোবী ফৈদোম চুড়ীদা নীঙ্গাং ফম্না ফম্না মাম্মনা হায়রকই।

"নুপীমচাদো মশকনে, মরাশি-মতৌনে ঐদি ওম্থোক্লবু পামজখ্রেদা।" ইনেনা মাম্মদা ওনশিল্লগা তমই।

"ব্রাইওং চাদবা ব্রা! তানীংদেকো ঐ" মাম্মা শাউরক্লে।

"য়ূম পাল্লুই হায়বগী মৌনি হায়নবনি নুপাদুগা লৈমিন্নরকপোত্তেদা।

লমচৎ নাইদবীগা য়ূম্বানমিন্নবা হৌনদে হায়দুনা লুহোংবা থিল্লকপগী নুমিদাংদুদা মী খরনা ঙাঙনবা শমীন ফংবদগী মকোক্তা উপ্লিবা কোকয়েত্তু মাঙ্গোলদা শাউনা লংথোকপগা লোয়ননা মঙকশমদা শীরিবা কুন্দো পরেংসু লৈমায়দা থদত্তুনা থাদরম্লগা মাগী কাদা চঙ মফি-মরোল প্রপ প্রপ হোংদোক্লগা ক্বাটরদা মশাগী গাড়ীদুমগা অদুম চৎখিবদগী নুপী মচাদুনা মপামদা হনখিবগী পাউ তাদ্রিফাওবা ময়ূমদা হল্লক্রুবনি হায়রি।"

"ওইনীংবা ওইজশনুকো! ইন্দ্রাকপু মরাল শীজল্লগা মকোক থুগায়বী থাদোরকপদু মখোয়গী মবুং-মৌপ্পা, অহলশিংদুনা নৎত্রো ?

কৈ কান্নবা! চগৎ চগৎ...।" য়োৎ ফিংনা পায়খৎলগা মাম্মা য়ূমলোমদা চৎখ্রে।

মাম্মা ইমুং চঙখ্রবা মতমদা ইনেদা ঐনা হংই :-

"মাসু উন্নরকপ্তা, ইনেবু...?"

"ও, ইচেগীদা ইমুংদা ব্রারী শান্ন ফম্মিন্নরিঙৈ মাসু হেক চখোরকএ। অদুদগীদি নমানা মঙোন্দা ঐবু শক তাক্লগা চা লোলহল্লে। থকমিন-চামিন্না ঙাইহাকসু ফম্মিন্নরক্লে।

নমানা মঙোন্দা 'অপূনা নঙবু নপুরোইবনা লৌশিন্নবা শীন্নে-এ; অদুগী নপুরোইবগী মমিং-মথা, লৈফম হংলুচো হায়দুনা মনে থারকপনি' ব্রারী তৌরে। নমাগী ব্রা তাবদা মাদি হরাউ হরাউ চারম-থল্লুম্বদু লেপ্পগা মকোক নোম্থদুনা শুৎ শুৎ কপ অদুম লৈহৌরে।"

নোংঙানবা ঙাইঙমদনা চীঙ্খৈ ফিদুপ হুল্লকপদা হৌগৎলে। ঐনা ফি-রোল শেৎচিনবা, চৎননবা শেম শাবা পূমলোই লোইরবা ফাওবদা চাউবা নাখোক্তুনা কন্না তূল্লি। ঐখোয়গী কাগী ফক্লাংদা ঙারিবা কেপ্তেন হাবকুলিস নুপী সাইকলদু ইমুংদগী মপান্দা ইপ্লোক্লে।

ঐনা দাউদগী শুমাঙদা সাইকল ইন্থনবা হোৎনবিঙৈ যুমজাউ মাঙ্গোলদা য়াহৌরকপগী সূর্য্যদেববু মখূৎ লোন্নবগা লেপ্প লেপ্প তুমিন্না খুরম্লুবা মাম্মনা হংলকই :-

"কদায়দনো, অসুক গুন্না?"

"মনীংলোমদা চৎলুগে, মাম্মা।"

"ব্রারীদু চন্না তৌ। যেৎনা লাক্লরুনু। নম হাবগী ব্রাখল থাদোক্কদবনি।" থিংলুবা কান্নররোই খঙবদগী মাম্মনা মেল্লকই।

অয়ূক্কী অঙ্গংবা, অশেংবা নুংশিৎকুম ব্রাখল- পূক্লীং তরু তরু ঐ মনীং পাংনা হাযব্রেদা সাইকল থৌবক্লে।

খুম্বোং থোংদা ব্রাকিং চৎলম্বা অহল অমদা ডাক্টর গীতচন্দ্রগী ময়ুম হংই। মহাক্লা তাক্তুনা থোং লাল্লগা মাক্লং তূরেল মপান্দা কৈথেল লাম্থোক্তুনা অব্রাং পাংনা চৎলিবা লম্বেলদুদা লৈবা য়োৎকী থোঙ্গাল পানবা মথোল অনীগী চেক্কী যূমদু উদ্রিফাওবা সাইকল তোংদুনা লাক্লে। থোঙ্গালসু, চেক্কী মথোল অনীগী যূমসু পূন্না উরবদা সাইকলদগী কূমথদুনা হুমায় নাকন নাম্মা হাংবা থোঙ্গাল মনুংদা খোঙনা সাইকল ইনশিন্দুনা চঙশিল্লি। খঙহৌদনা যূমলোমদগী হূইজাউ অমা পাইদুনা চেম্থোক্লক্লগা মাঙদা থত্তুনা খোংই। ঐ চঙশিনবা ঙমদ্রে, লেপ্তুনা ঙাইহাক লৈ। ঐঙোন্দগী চহী খরা লৈশল্লপ উবা লোঙ্খ্রি

শেৎপা, মশা নানবা নুপা অমা থোরক্লুনা হূই খামই। মপুনা খাম্বদগী মঙক্তা অঙাংবা পেতি ফাবা হূইজাউদু ইরেন্না তুমিন মপুগী মনাক্তা মমৈ হাইরগা ঐবু য়েং লেপ্তুনা লৈ।

"ডাক্টর গীতচন্দ্রবু লৈব্রা, তামো ?"

"ঐনি। করি লৈবগে ?"

"ব্রারী অমখক্তং শান্নজনীংবা..."

"য়াই; শাসি।'

মাগা ঐগা মমাঙ শঙ্গোইগী মখাথংবা শরুক্তা লৈবা, প্লাই বোর্ডনা খারগা শেম্বা, মাগী লায়েং-কাগী মপান্দা লায়েংবা লাকপশিংনা ফম্না-পোত্থানবা থারিবা উগী পোত্থা ফানশাং অমদা ফম্মিন্নে। চঙফম থোঙজিন মথক্তা ডা: ব্রাহেংবম গীতচন্দ্র, এম,দি, ত্রেন ইন গাইনিকোলোজি হায়না মুরৈনবা প্লাই মচেত্তা অঙৌবা মচুগী রংনা থারগা নপ্লি।

"ডাক্টরবু ঐনা উন্নজবা লাকচরিবসি মীগী পাউনিলখোন্দগী ডাক্টরনা মিরাইবীরবী নীংথিবীগী মতাংদা ব্রারী ঙাইহাক্তং শান্নজনীংবদগী ..." ঐনা হৌদোকই।

"লমচৎ নাইদবী , ওক্তবীদুগী ওইরে !"

"তরূ তরূবী, অমকপা লৈতবী মাগী পুন্সিবু লান্না লৌবীগনু। মহাকপু ডাক্টরনা লোয়নবী ওইবদা চিংনবীগনু।"

"পেসেন্টশিংশু য়ৌনরক্লনি। লায়েংবা হৌরমদাইদা মাইশু অবনোর্ম্যাল ওইহন্নীংদে।"

কান্নররোই খন্দুনা ঐ ইশাবু মঙোন্দা নমদুনা শক্তাকপগা লোয়ননা ব্রারী হৌজিল্লে :-

"ব্রাথোক্লুদা চেন্নরিবা নুপাদু ঐনি...।

(মহাক ঐঙোন্দা মমিৎ লাওথোক্লুনা য়েংলকই।)

ইপানা মচা নক্তে হায়দুনা য়ুমদগী তাম্থোকপদগী ঐ নীংথিবীখোয়গা য়ুমথংননা লৈবা মখোয়গী শাগেগী মরূপ লোইজিংগী য়ুমদা শৈদাংদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মচলনা ঐবু খনখি। অদুমওইনমক ঐখোয়নী মরীদি লৈনখিদে। মাগী কল্লবা অপাম-নুংশিগী

ঈথিল ঐনা ফাখি। ঐ কনানো, ঐগী ইপা কনানো হায়বা ইশাগী হৌরকফম খঙদনা অপাম-নুংশিগী ৱাখলদা ঙাওবদু ঐ পামখিদে।

ঐগী মরূপপু মতমগী য়াওল ঈহৌদা য়াওখিবদগী ময়ূম থাদোক্লুনা চৎখি। অদুদগী মাগী শাগৈগী মীশিংনা ঐবু তাম্বোকনীংখি। তাঞ্জাদু নোংমা ফংখি ...।

অহিংদু ঐ য়ূমদা লোন্না চত্তুনা য়ূমদা অমূক হঞ্জিন্নবা পাউ লৌরুবনি। অদুবু ইপাগী ৱাঙাঙ অমা তারকপদগী ঐ নীংবা কাযনা মরূপকী য়ূমদা হল্লকখি। অখেঙবা অহিংদুদা থোঙ হাংউ হায়বা ঙমদবদগী মরূপকী থোঙ্গালগী বোরোই মখোঙদা অহিং য়ারেকখি। নোংঙাল্লমদাইদুদা নীংথিবীনা ঐবু করিগী বোরোই মখোঙদা অহিং য়ারেক্লিবনো হংলখি। অদুবু মখোয় পূম্নমক্লা ঐখোয়নীবু লান্না লৌবীদুনা ৱাথোক ওইহনখি।

ঐনা থম্মোয় শেংনা লীজরিবা ৱাবীসি ডাক্টরনা থাজবীদুনা মাবু লৌশিনবীয়ু। মাগী লমচত্তা ডাক্টরনা চিংনবীবিবদু অরানবনি। মহাকপু মিরাইবীগনু।"

ফনা কুইরবা ফাওবদা মাগী পাউখুম ফংদ্রবদা ঐনা মঙোন্দা থম্মোয় শোক্লা হায়জৈ :-

"অদোমদি গায়নিকোলোজিষ্ট ডাক্টব অমনি... মহাকপু ভরজিন ওই/ওইদে হায়বগী..."

মহাক্লা মখূৎ উত্তুনা ঐবু ঙাঙবা লেপহল্লি, অদুগা হায়রকই :-

"মতম হেল্লে; ঐগী লুহোংবগী বার্ত্তন চৎপা হৌখ্রে।"

"মাগী পুন্সিদি...?" ঐনা মঙোন্দা হংই।

"লেঙবীরো! হীরমদ্দা ঐবু কোক চীকহন্নবিরনু। পাউথোক্লবী নুপী অমবু! ঐগীসু খরা খল্লু...।" মহাক্লা শাউনা খুন্নকই।

ডাক্টরগী থোঙ্গালদগী সাইকল ইম্বোরক্লে। চৎনা চৎনা ঐনা খল্লি-"লোন্না অঙাং য়ৈথরুরবসু পাউথোক্লদ্রবদি মহাক অশেংবা লৈশাবীনি।"

ঐনা মঙোন্দা থম্মোয় শেংনা লীজরুবা ৱারীগী মহয় করিনো? অশেংবা থম্মোয়গী ৱাবু তাবীগদবা, লৌবীগদবা মী থিবা খঙলরোই। তুমিন্না ফুমদুনা থম্বনা ফরে।

ব্রাকচিংগী উন শ্রুং শ্রুং তাবা অয়ূক ওইবনা সাইকল থৌবদা ইশাদা ফূরক্লিবা নুংশিৎ চীক চীক লাউই। উনখাগী অঙৈংবনা পঙথখ্রবা মীওইবা, জীবা-পানবা পুম্নমক অমদি উপাল-ব্লাপালশিং মোং-হাদনা ইচিক চিক্লা লৈরি।

ঐ তুমিন্না সাইকল থৌগৎলকপনা মরূপকী পুন্সি খুন য়ৌশিল্লক্লে। লম্বীগী মখাথংবা নাকন্দা লৈবা অপীকপা খুনগী খুনয়াইদা, খুঙ্গংগী লম্বীগী মনীংদা লৈরিবা মরূপকী মংফমগী অঙাংবা ফুরা লৈচিল-নোংফাই থাদবা তশেং তশেংবা, তরূ তরূবা অয়ূক ওইবনা ময়েক শেংনা উরি। ফুরাসিগী মখোঙদনি, নীংথিবীগা ঐগা অরোইবা ওইনা উন্নখিবদু। ব্রাকচিংগী গুলাপকুম্না মহাক্তি অমকপা পক্তনা ফজবীনি ঐতনা খঙই।

ঐগী পুন্সি ঙসিসু পুন্সি খুন্দা লৈহৌরি...।

# তরানীথোই

নুমিত্তি অসুম হৌখ্রি– ঐগী থম্মোয়দা ইপা মশক খঙদবগী লোয়ননা মপুরোইবনা মিরাইবীবৰী নীংথিবীগী অব্রাবা অনীগী চৈনা খাঙনা খাঙনা। অপোকপী মঙোন্দা ইপা মশক তাকপীনবা হায়জখিবসু ফনা মকুইবে। পাউখুমদি ফংদ্রি। ইমা লৈরিক্লা শীন্নরম্বা মরূপ্পা ঐগীদমক থম্বীরম্বা শেলফমদুনা করিদা শীজিন্নগনি মদুসু লেপথোক্ত্রি।

ব্রাকচিংগী নোং খিকখ্রে! হৈপাল-লৈপাল, উপাল-ব্রাপাল, জীবা-পানবা পূম্নমক শিদয়াই ঈরীক ফংখ্রে। মতীক-মগুণ উৎনরক্লনি। নিংথম উলেন্না য়েথত্তুনা কংলুরবা আশা ময়োল নৌহৌননা চোংদুনা।

ঐসু খল্লি- করি শিনবাংশিগে।

মরূপ লোইজিংনা ঐগীদমক থম্বীরম্বা শেলফমদু ঐনা আসামগী গোলাঘাট জিলাগী বাসবাড়ীদা মরূপ খোমদোনগী মন্দোমচার্গী য়ুমদা লৈবিঙৈদা ইরকখিবা উপন্যাস "হিংলুবগী" নমথোক্লগে খল্লকই। লাইরিকসি মঙোন্দা কথোক্লগে। তুংগীদমক শেল তুংশিনবা, লন তাশিনবসু ঐ থোইদোক্লা পামলুদ্রে। ইথৌ পাংথোকপনা মরূনি খল্লকই। অয়ূক-নুংথিলদনা অশং অশংবা অহাঙবা মতমশিংদা অদুগা নুমিদাংদনা অথেঙবা অহিংগী মতমদা ঐগী ব্রাখল উপন্যাসসিদা লুপশিন্দুনা শেমদোক-শাদোকপা, নৌনা শীন্দোকপগী থবক পায়খৎলে। লাইরিক ওইনা নমথোক্লবা শেম-শাবদা থা অমা কল্লপ মতম লৌই।

অয়ূক্কী চাক তোক্লগা ঐ ইম্ফালগী লমজিং প্রেসতা চৎলে। প্রেসকী প্রোপ্রাইটর উন্নরে। ঐগী লাইরিক নম্বগী ব্রা হৌদোকই।

ঐগী ৱা তারগা প্রোপ্রাইটরনা হায়রকই :-

"ফৈ, নমগদবনি । ঐখোয়সু নখোয়গী চহী মতাংদুদা লাইরিক ইরম্মী।

"হৌজিক্তি ইবিদ্রবো পাবুংনা হায়রিসিবো...?"

(মহাক চহী ৫০ গী মথক্কী মীওইনি । ঐবু পোকপা য়াবা মীশক্কি ।)

"ইদ্রে, পোখারে। প্রেসকী থবক্তা ওনশিল্লিসিনি...।" মহাক্না খুন্নকই ।

"পাবুংগী মিং খঙজনীংই..."

মাগী মিং হংলুবদা মহাক 'হাঃ হাঃ' হৌনা নোক্লকই । হংলুবা ঐ ঈকায়রকই। মমিং লৈবা, অচৌবা প্রেস অমগী মশক নাইবা মপুগী মিং অতোপ্পদা হংলগা খঙনবা হোৎনদনা মশাদা হেক্তমক হংলুবা হায়বসি লৈবাক মচা তাবা থবক নত্তে। ঐ অসুম ঈকায়রকই। অদুবু চৌক্রিদা কোক নোম্থদুনা মায় ঙাংশিন্না ফম্বা নত্তনা ঐগী করিসু তৌনীংঙাই লৈতে।

মহাক ঐগী মওং খঙলদুনা নোকপা লোইশিল্লগা তপ্না হায়রকই :-

"ইচা ইবুংঙোনা অদবৱাইজ সেন্সতা পুরে । ইপাদা ফাওরি'দি মদু নত্তে । ঐনা খল্লিবদি লাইরিকশিং অদুনা মগুণ লেপ্পা পোৎশক ওইরম্লবদি ইবুংঙোনা ঐগী মিং অমুক হংলমখিদ্রা ?

অহল্লোন অইবশিংবু নহারোল অইবশিংনা মশক ফজনা খঙদ্রনে ? " মহাক মখা তানা অমুক নোক্লকই।

ঐগী অৱাবা কোকখ্রবসু মহাক্না নোকপদা ঐ শরুক য়াবা ঙমদ্রে । ঐ চৌক্রিদা তুমিন্না ফম্লগা লৈ।

কোন্নদি মহাক ৱাতা অমা তৌরকই :-

"এভরিবোদি ইজ এ পোইন্ট ওর রাইতর ইন য়ুঠ। ইৎ ইজ কমন সেইং। এণ্ড ইৎ ইজ ওলসো রিয়্যাল্লি ইমোশন্যাল এণ্ড হন্টরিং পিরিয়ড ওফ ফেম।"

হায়গে মতাংগুম হায়বা মাগী ৱাঙাঙদা ঐ লু লুকথরগা খাঙলে।

" হায় ! নখোয় কনানো'মা চা অনীদং পুরকউ। " মহাক্না লাউই।

প্রোপ্রাইটরনা হায়খিবগা ইকান কান্নদনা চা পুশিল্লকই। অদুবু সাহিত্য অমসুং অইবা কয়াগী লাইরিকশিংগী মরমদা ৱা কুইনা ঙাঙলবা মতুংদা চানা ফ্রিজদা থম্বা ঈশিংগুম ঈংলবা মতমদা মহাক্না "পায়খৎলসি" হায়রকই।

থাপ্পরিবা

অঙৌংবা চাদু য়াউম অনীরক্তা লোইনা য়োৎশিল্লগা মহাক্লা ঐগী লাইরিক্কী মরমদা হংলকই :-

"ইবুংঙোগী লাইরিক্লা করম্বা মখলগীনো ? ভোলুমনা কয়াম চাউদৌরিবা ?"

"উপন্যাসনি। ডিমাইদা লামায় ১৫০-৬০ মুক ওইগদ্রা খণ্ডদে, পাবুং ....।"

"ফৈ, ফৈ। খূৎই বইদু হান্না অমুক্তা পুরকখো, পাবুং য়েংখিগে।"

ব্রারী ব্রাতাই তৌনরবা মতুংদা ঐহাক প্রেস্তগী য়ূমদা হল্লক্লে। য়ূমদা মরূপ্পা থমলম্বা শেলফমদু অতে হীরম অমত্তদা শীজিন্নদনা ঐগী অইবা লাইরিক নমথোক্লগা লাইওইখ্রবা মরূপকী মফমদা কখোক্কে নীংলিবদু মাম্মগা ইনেগদা তানৈ। ঐগীদমক মরূপ্পুনা তৌবীরম্বশিং অমদি ঐগী অপাম্বা-অনীংবা খল্লগা মাম্মগা ইনেগসু 'হোয়, হোয়' হায়বীরে।

মথং নুমিৎকী নুংথিলদা ঐগী অইবা বইদু প্রেসকী পাবুংদা শীন্নরুই।

চয়োল অমা লৈরগা পাবুং উন্নবা চৎলি। মহাক ঐগী খূৎই বইদু পাবা লোইশিল্লম্লে। ঐ লাকপা উবদা মহাক্লা ঐবু মাগী কাদা হরাউ হরাউ কৌশিল্লকই :-

"চঙলকও, চঙলকও ....।"

ঐনা পাবুংগী তেবলগা মায়ওক্লা থারিবা চৌক্রিদুদা ফমথবগা মহাক্লা ঐবু থাগৎপা হৌরকই :-

"ইয়ু আর রিয়্যাল্লি বিকমিং এ রাইতর হোব্যারএজ এ য়ুঠ।"

"ইবগী থৌনা হাপ্পীবগীদমক পাবুংবু নচানা থাগচ্চরি।"

"নঙগী চহী মতাংসিদা লাইরিক অসি ইবগীদমক ঐগী প্রিফেজ ফজবা অমগা লাইরিকসি মশক থোক্লা নম্বীগনি। অনম্মলসু তঙ্খায় অমা তাবীনি।

হায়উ, নহা ওইরিবা নঙনা কমদৌনা পুক্সি অমসুং হিংবগী মরমদা অসুক কূপ্পা মিৎয়েং থমদুনা লাইরিকসি করি ব্রাখলদগী ইরিবনো ?"

"লাইরিক অসিদি ঐগী অনীসুবা লাইরিক্লি, পাবুং।" ঐনা থৈদোক্লা খুমই।

"হা:! মমাঙদসু অমা পুথোকখ্রবা !" মহাক্লা ঙক্লা হায়রকই।

"হোয়। 'ঙাইবা' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা চহী খরগী মমাঙদা।" ঐনা খুমই।

"ও:! মমিংবু ফজ ফজনা থোল্লি। অদুগা অইবগী মিংসিবু "অপূ খঙদবা" সুম্না সুম হাপ্লগে হায়রিব্রা .... ?" ঐগী মিং বই মখুমদা লাইরিক্কী মিংথোল মখাদা ইরিবদু য়েংলগা হংলকই।

" হোয়" ঐনা তেন্না খুম্মী।

পাবুং ঐঙোন্দা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকই, অদুগা হংলকই :-

"মিংদি অপূ, খঙদবা ... হায়বসিনা করিগী ...?"

"হকচাংবু মিরেন্না ইন্নবগুম থব্রায়না শকখঙদবা মঙোন্দগী হৌরকপগুম ঐগী মিংদা থব্রায়মি হাপচিল্লিবা ... " শেমজিন-শাজিল্লগা ঐনা নোক্লা নোক্লা খুমই।

"হা: !" মহাক্কী ঙকচান্নবা খোন্থোক্লি। মখাবুদি তারক্লে।

তশেংনা ঐনা লৌজরিবদি ইপা মশক খঙদ্রিবনা ঐগী য়ুম্লাক খঙদে। অদুবু মী ওইনা মীরক্তা পোক্লুরবনিনা ঐগী জাৎ হৌরকফম খঙনবা ইশাগী মিংগা কোন্ননা হাপ্লা তাই। ঐগী ইমা মীতৈ নিঙোলনি। অদুগী মথক্তা ঐগী শকখঙদবা ইপাদু মীতৈ মচানি হায়বগী থাজবা ইনেগী মফমদগী ঐনা তাবা ইমাগী ব্রারীশিংদগী খঙজবা লৈ।

মীতৈগী য়ুম্লাক্তি 'ম' না লোমই। অদুগা মাগী মাগী শিনফম, লৈফম অমসুং ফীভমগী মখা পোন্না মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং মাগী মতুংদা লাকপা নিংথৌ কয়ানা মৈদিংঙু নোংদালাইরেন পাখঙবনা য়েক-শলাই তরেৎ খায়দোক্লুনা থম্বীরম্বা ইরমদমসিগী মীওই কাঙলূপশিংগী মচা মশুশিংগী মফমদা য়ুম্লাক য়েন্থোকখি। খূদম ওইনা কৈথেল ঙাকএ হায়বগী কৈথেল্লাকপম, খোংবান মপান্দা তাই হায়বগী খোংবাস্তাবম, অদুগা নিংথৌগী ঈ চঙই হায়বগী নিংথৌজম কৌখি।

ঐগীদমক্তি ইশানা ইরন্নাই য়ুম্লাক মমিং থোঞ্জরে। ইপা-ইপু শক খঙদবা মচানি হায়দুনা ঐগী য়ুম্লাক "খঙদবম" কৌজরগা - "অপূ খঙদবা" হায়না শম্না থোঞ্জবনি। মসিদা অকায়বা লৈবা ঐ করিসু খল্লুদে। ইশাগী পেন নেম শেম্বনিদা !

ঐ ব্রাখল খন্না খন্না প্রেসতগী ইম্ফাল ময়োলদা খোঙনা হাইদোরকই। খঙনা চান্নবা, মহৌশাগী ইশুং-ইমান্নবা কয়াসু থেংনৈ। খূদিংমক মওং অমমম তৌনরে; মিত্তমক ময়েংনৈ, কৌনা ঙাঙনদ্রে । লম্লানবা ওনখ্রে।

ঐগী লাইরিক্তু প্রেসকী পাবুংনসু অঙম্বা থাক্তা তেংবাঙ পীবিদুনা ফোঙদোকখ্রে । অদুবু লাইরিক কোপী ৬০০ খরা হেন্না লৌবদা মহাক্লা মাগী

**থাগৎলিবা**

মরূপ-মপাংশিং পাহনগে হায়দুনা কোপী চান্মা তাখিবা অনন্মলগী মহুৎ ওইনা লৌহৌরে। অদুবু ঐ করিসু খল্লুদে। মদুগীদমক নীংদোন পোল্লসু লৈতে। ঐগীদি ঐগী ব্রাখলগী নুংশিরবা অঙাংনা তাইবঙদা শাফোঙজবা ঙম, ঈপাল থাবীখিবগী নুংঙাইজবদুতনি। ঐগী পুঙমদ্রবা ব্রাখলবু মনিল ওইনা খরা শুংদোকচবা ঙম্বা অদুখক্তনি। ব্রাহং অমা হংবসু য়াই, লমসিদবু আউটবুক্কী অশেংবা পল্লিশর লৈরব্রা?

লাইরিক ফোঙখিবা চয়োলমুক্কী মতুংদনি। অয়ূক চাউববু লাইরিক তাকপিরিঙৈ ইনে চিঠি মানবা চেথূপ অমা পায়রগা ঐখোয়গী শঙদা চঙলকই।

"করিগী চেনো, ইনে?" ঐনা ইনেদা হংই।

"নমানা নঙোন্দা থাবকপা চিঠিনি। নুপামচা অমনা হৌজিক্তা সাইকলদা থিল্লক্লম্বনি।"

চেথূপ্তু ইনেগী মখূত্তগী লৌই। মরোল তানীংবদগী ইনেসু লেপ্তুনা লৈ। অকায়বা করিসু লৈরোই খন্দুনা তেবলদা চেথূপ্তু তিংনা ফাক্তোক্লগা ইনে তানবা পাথোকই।

ইমাগী অপূ,

ইচাগী অব্রাবা নমা ঐসু খঙই। নঙগী মাম্মনা ঐবু ঙাঙলিবসু চুমই। মচাগী মপা মমানা খঙবা হৌনৈ। অদুবু নমাদি শানি। ঙসিসু ইচাগী মপা কনানো চপ চানা অরেপ্পা তাকপা ঙম্রোই। পূক্লীংদা চিংনবা অমবুদি লৈ।

অপূ, নঙগী নৌনা ফোঙবা লাইরিক্তু ইমাসু পারে। লাইরিক মখুমদা ইচাগী মিং "অপূ খঙদবা" থারিবদু নঙগী অপোকপা কনানো খঙদবনা য়েক-শলাই, য়ূম্নাক খঙদে হায়দুনা তৌরিবনি হায়বা ইমা খঙই। ইমাবুসু নঙ হায়নীংঙাই লৈতনা ব্রারৌরমগনি।

লাইরিক্তা উৎলিবা হৌরকফম খঙদনা কবোকংগুম্না ইতাও তাওনা হিংলুবগী অব্রাবা শক্তমদুনা নঙোন্দা ফাওরিবা নুংঙাইতবা, নীংঙমদবা, পেন্দবা মৈচাক পূম্নমক্তনি ইমা খঙই। অদুবু মৈফমদি নমা ঐঙোন্দনি।

ঙসিদি ইমানা ইচাগী মপা কনানো পুথোক্লবা লংলা-লংজিন তাক্লনি। তৌবতদি নহাক নমা ঐগী ইথক্তা ব্রায়েলশঙদা ব্রাকৎ-চে লানথৎলু। কাউগনু, তপথবা য়াদে। ইচানা খঙলিদুনি, মৈ মুথৎত্রিমখৈ মৈফম থক ঈংদে।

নহাক্কী নমা-

থরিকথা

ব্রাকচিংগী নোংগুম শিন্থখিবা ইমাগী মিৎকী পীরিক খরদুনা উন নংলবা ঐগী নাকেন্থা ওইরবা পুক্সিদা য়েন্নীং মমী তমহল্লে। ইমাগী থম্মোয়দা ঐগী মফম লৈতবা নত্তে মপান থোকপা ঙমদবনি।

"ঐখোয়গী ইনেসি ঙাওব্রা, শোনো চুরিরা করিনো'মা তৌরেদা, ইমা।" চিঠিগী মরোল তারগা চাউবনা হায়রকই।

"কনা খঙনো ! অঙাওবী লমশাদুগী মব্রাবু..." ইনেনা ইমাবু চৈ।

ইনে মপান থোকখ্রে। ইমাগী চিঠিদু ঐ অমুক্কা হন্না পাই।

"ঈবাই ঐ শম্বী-শনয়ুং শেংদোক্লুরগে" হায়দুনা লাইরিক খুমজিন্দুনা মফম চানা থমজিল্লল্লগা চাউবসু থোকখ্রে।

ইমাগী চিঠি য়েংনা য়েংনা ঐ ব্রাখল তৌই। " অপূ খঙদবা" ঐগী অনৌবা পেন নেমসিনা ইমাবু খুন্নাইসিগী মাঙদা খোঙ্গোইনবা ওইনা থোক্লবা খল্লুবদা নুংঙাইতে। অদুবু ঐগী ইরালদি নত্তে। মপূকখোক্কী মচাবু লৈখা তানা মাঙহল্লবদি লুখাক কোমদা তাজবা মশানা তাবনি।

ঐ নীংহন্নবা য়াদে। ইমাগী মথক্তা ঐ ব্রায়েল শঙদা ব্রাকৎ-চে শোয়দনা লানখৎকনি। মচাগী মপা খঙদবা মমাদি তাইবঙপানগী মীয়াম হুপ্লা নোক্লশনু। তাইবঙপানসিদা লৈরিবা মী পূন্নমক্লা মথক্তা তিল শীৎচনশনু।

# তরাহুমদোই

অহানবা হিয়ারিংদা ইমানা কোর্টকী ডোক মনুংদা লেপ্লগা ঐগী মায়দা তুমিন্না ঙাইহাক্তং মুন্না য়েংলগা ফেমিলি কোর্টকী ওনরেবল জজগী মাঙদা ঐগী কাউন্সেল্লিং উকিল ইচেম্মা আনন্দিনা হংবা ব্রাহংশিংগী পাউখুম ওইনা ব্রায়েলশঙগী ক্যদা ফল্লিবা নাকল অনীমক্কী মীওইশিং অমসুং ব্রায়েল লোইশঙগী থৌমীশিংবু ঈকায়বা অমদি অকিবা লৈতনা মতম কুইনা মচা ঐঙোন্দা লীথোক্তনা লোত্তুনা থম্লক্লবা ব্রারীদু লেপ্তুনা লীথরকপদা পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনখি। ইমাগী ব্রারীসু লেপখিদে, মমিত্তগী পি শিন্থরকপসু লেপখিদে। ইঙা ইঙেনগী হাঙবা হৈতবা নোংজুদু মঙাইখি।

শিন্থরকপা মশাগী পি মচুমশিং মায়দগী থক্লা থক্লা ইমানা হায়খি :-

"থরিকথা ইপুরোইবনা মিরাইবীদুনা খায়নবীরকপদগী লবুক-লম্মাঙদা শাৎলুই। অনৌবা পুন্সি খোঙচৎ অমগীদমক লল্লানবা মাগা চীন্দম-হৈদম্মীন্নরুই। লল্লানবা মাগা অরোনবা যূম্বান মরী থম্লবা থাদুমক্তদা ইপুরোইবনা মাগী অহল-লমন থারক্তুনা ব্রা লোইনদুনা খায়নখ্রবী ঐবু হঞ্জিন্নরসি হায়রৈ। ইমা-ইপানা মচানুপীগী অপাম্ববু য়ৈথৎলগা কাং-খোং চাইবা যূম্বান পামদে হায়দুনা ঐবু ইপুরোইবগী মনাক্তা অমুক থাবীখি।

ইপুরোইবগা হঞ্জিন্নবা থা ৭ ফারকপদা ইম্ফাল লায়েংশঙদা ঐগী অনীসুবা ইচানুপা অপৃ পোকখি। ডাক্তবনা মতমদুদা- 'অঙাংশে নাউপু মতম শুদনা পোকপনিনা অরূম্বা ব্রাংলি, মশা শোল্লি, নিংথম চাউই; চেকশিন্না য়োকউ। মতম পুম্নমক্তা অমোনবা লংজম নীংথানা মশা য়োমশিন্দুনা ব্রাটর বেক ওশ্নীদুনা লুম্না থম্নীয়ু' পাউতাক পীরকখি।

মহাক্নদি ডাক্টরগী ব্রা মপূং ফানা থাজবা ঙমখিদে। ঐনা ইপামদা লৈরিঙৈ লল্লানবা কনাগী ঈনা খোইজি-মিহুন লাংলকপনি চিংনখি।

ইচা অপূ পোকপা নুমিত্তগী মপানা য়ু থকপা হৌখি। মপাগী মতৌ উরগা ঐসু পীক্লিবা ইচাবু পল্লগা অচিকপদা ইথন্তা লোন্না লোন্না কপখি।

কনানা ইচাবু ঈহুল তমখিবনো ঐ হায়বা ঙমদে। থরিকথা শানি। মচাগী মপা মশক খঙদবীনি।"

"নঙগা মরী লৈনরম্বা নুপাদু কনানো ? মহাক কদায়দা লৈ ? হিংলিব্রা/ শিখ্রব্রা ?" উকিলনা ইমাদা হংলম্মী।

"মহাক লমজানি, লৈখিদ্রে— খোঙ্গুল মুৎখ্রে। ঐখোয়গী খুঙ্গংদগীনি, মমিংনা লৈকোইবা কৌই।" ফিজিনা চাইরুং অনীদা চোৎলিবা পিশিং তৈথোক তৈথোক্লা ইমানা খুম্লকখি।

"নখোয়গী খুঙ্গং হায়বদি ?" উকিলনা মখা তানা হংলকখি।

"ইপাম, শলাং খুন।" ইমানা শেংদোক্লম্মী।

ইমাগী মরা-মপাউ তারবা মতুংদা ঐগী চনৈনরিবা ইপা বারুনবু অমুক কৌশিন্দুনা মাগী ব্রা তাখি।

"অপূ ঐগী ইচা নত্তে ; ঐগী নুপী থরিকথানা মপামদগী খোইজিখাদা থাবুম অহুম নাউপুরগা লাকখিবনি। মহাক্লা মীতোপ মচাসিবু অশেংবা ব্রা লোৎশিল্লগা ঐবু য়োক-থাকহনখিবনি।

চুমই, মহাক পোক্লকপদা ময়াং ইকং কংই; শোন্দম-নাদম্মী। মদুগী মরমদি মহাক্কী মপাম ইমুংগী ফীভম নাতৈ চাদবনা মচী ওইবা চীঙ্গাক চারক্তবা, ঐগা হঞ্জিন্নরবা মতুংদনা মীরালগী নাউপুরিবা অঙাংগী ব্রাখলদা উংবননি। অদুনা ঐগী নুপীনা থাবুম ৭তা উন্নখিবা অঙাংনি হায়রিবসি তশেংনা অরানবা ব্রাফম্লি, জজ সাহেব। মহাক ঐগা হঞ্জিন্নরবা মতুংদা নুপী ওইবীগী ঋতু অমুক্তা লাকখিদ্রবনি।"পাবুংনা ইমাগী ব্রা অসুম্না ককখি।

"নহাক্তি নঙগী নুপীনা নাউপুরিঙৈদা মঙোন্দা নঙগী অঙাং নত্তে হায়খিবদি লৈব্রা ?" উকিলনা হংলম্মী।

"লৈখিদে..." মহাক্লা খুমলম্মী।

"করিগীনো...? কন্ট্রোভর্সিয়াল প্রোব্লেম লৈতনবা ঙল্লিদৈদা নখোয়নী তানরগা নঙগী নুপীগী খোইজিখাগী অঙাং মাঙহন্নীংখিদ্রিবদি...?" উকিলনা থত্তুনা হংলম্মী।

"ঐগা মাগা কুইনা লাপথোক্লরুরবা মতুংদা নৌহৌনা মুস্বান লীপূন চেৎশিন্নরকপা মতাং ওইখিবনা ঐ মঙোন্দা অবোরশনগী ব্রাফম হৌদোকপা ঙমখিদে।"

মখোয় অনীগী অমনা হায়বা অমনা চুম্বা ব্রাশিং মথং মথং তারবা মতুংদা এডভোকেট আনন্দিনা "দি,এন,এ ব্লড টেষ্ট তৌহন্দুনা চহী কয়া ককঙাওননা, ঈকায় ফিরুক্লনা লেল্লিবা নহা অসিগী মপা অশেংবা পুথোক্তুনা মীওইবগী হক ফংহন্দুনা মশাগী হৌরকফম খঙনা লৈতানা হিংহনসি" ওনরেবল জজগী মফমদা হঙ্গৎপীখি।

য়েৎননীংঙাই য়াওদনা চুম্লবা ইচেম্মগী ব্রাফম ওনরেবল জজনা ব্রারেপ ওইনা তাবীদুনা দি,এন,এ ব্লড টেষ্টকীদমক ঐখোয় অহুমগী ঈ লৌরগা কলকট্টাগী সেন্ট্রেল ফোরেন্সিক সাইন্স লেবোরেটরিদা পন্থদনা থাখিনবা মনিপুরগী মেদিকেল ডাইরেক্টোরেত্তা কোর্টকী ডিরেক্টিভ পীবিখি।

ইমাবু ব্রায়েলশঙদা মহাক্লা হায়খিবা, লীখিবা ব্রাশিংদুগী মচা মপুরোইবনা য়াম্না ওৎপী-নৈবীরে, ঙাঙ-শক তৌবীরে তাই। যু ঙাওরগা মপুরোইবনা-"লুখাক পীজবী! লমজা মচা নাউপুবী! নঙদা শিজখ্রো, নংত্রগা চৎপীখ্রো। মায় অশে মীয়াম মাঙদা থম্ফম লৈত্রে" হায়দুনা চৈ-থাংবীবগা লোয়ননা ফূজিন-কাওশিনবীবদা মশা পূম্বা অশোকপা মফমমক্তা ঙাইরে হায়নৈ। ইচল লৈশ্নানা-"ওক্তবীগী মচা নিঙোলবু কনানা পাশ্বীনি, মমৌ ওইনীংনি" পঙকপ্তা কপ্তুনা লৈ তম্লে।

ইমাদো অঙাওবীগা মান্নরে; মচি মচি তুম্বক তুম্বক ফম পঙলৈ লৈরে; চাগনি থক্কনি, ঈরু-মায়থজনি খঙদ্রেসু হায়।

ইমাগী নুংঙাইতবা পাউ তাবদা মাম্মা, ইনে, ঐখোয় অহুম পূনশিন্নদুনা ব্রা তানৈ।

"করিগুম্বা অপূ নঙনা ঈবাইগী মচা ওইরম্লবদি ফৈ, নংত্রবদি নমাদি আদা লৈবা নুংঙাইররোই।"

"ইনম্মদি আদা লৈবা শুক্লুং হেক নুংঙাইররোইশে..."

"ইচেদো, অহলথংদা মপামদা হল্লক্তুনা লৈবা তারবা ! হল্লক্কদৌরিবশিশু লৈখা তারবী অমা ওইনা...।"

"কমদৌনি, মমা-মচাগী য়ুম তোপ্না শাবীরগা লৈমিন্নজ তারেদনা..."

ঐ ফুম্বংনরবা ব্রাখলগা তুমিন্না হৌগৎলগা খুনগী অচৌবা শঞ্জাবুং লম্পাক্তা থোরক্লে। শজীক চারিবা শল্লুপ অমগী মনাক্তা নাপী মথক্তা ঐ ফমথে। নুমিৎ তাখিদৌরে মতাগুম শল পূম্নমক মকোক হাইগৎপা শংনদবমখে মপূক থন্নবা শজীক চারি। শল্লূপসিগী মনাক্তা শলশিংনা শজীক চাবা য়েংনা য়েংনা শঞ্জেন্নহা কৃষ্ণ নীংশিংলকই।

কৃষ্ণ, ভগবান কৃষ্ণদু নত্তে। মহাক ঐখোয়গী খুঙ্গংগী শঞ্জেন্নহানি। মহাক্না ঐখোয়গী খুঙ্গংগী ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংশিংগী শল কুম্লামুক শঞ্জাবুং লম্পাক অসিদা শেল্লম্মী। শল অমগী চীংজিন লৌপাম্বাদগী লৌরোক মতম ফাওবগী অশেনমল শলবুনা পোইনুদা ফৌ পোম্মা পীরম্মী। হৌজিক্তি শঞ্জাবুং লম্পাকশে পাক-চাউবসু য়াম্না হম্থরে। শঞ্জাবুংগী অব্রাংথংবা শরুক্তা লৌ পরি অমা নিনখ্রে। মমাঙ মতোন অশুপ্পা শরুক্তা এম,দি,এসকী থৌরাং মখাদা ফুট ৩০০ × ১৫০ গী অচৌবা পুখ্রী অমসু তৌথোক্তুনা খুনগী ঈশিং চানফম পুখ্রী ওইরি। ঈশিং চানফম ওইরিবা পুখ্রীগী মনাক ফাওবদা হৌজিক্কী শঞ্জাবুংগী মখা থংবা নাকন্দা মনীং-মমাঙ ওইনা য়ুমনৌ কুনমুক তাদুনা লৈকাই মচা অমা ওইরে।

ঐনা চহী ১২/১৩ শুরকপা মতমদনি, তা কৃষ্ণগা ঐগা মতমদুগী শকফম কায়দ্রিবা, চাউরমখ্রবা শঞ্জাবুংসিদা শল শেনমিন্নখিবদু। স্কুলগী কালেন শিলহেন থা অমা, নোংমাইজিং অমদি অতৈ শিলহেন নুমিৎশিং ইমানা ঐবু তা কৃষ্ণগা শল শেনবা থারম্মী। শঞ্জেনবা য়াওবগী মহাক্না ঐগী ফৌ পোম্মরি শরুক থুংবীরম্মী।

শঞ্জাবুংগী অব্রাং-নোংচুপথংবা মতাইগী কেব্রা পাম্বীশিং হৌবা মনাক্তা নোংজু-নুংশা থুপ্নবা কেব্রা মনাশিংনা ফক্লাং খাবা, মথক কুপ্পা শঙ মচা অমা শারম্মী। শলশিংদু চোইথোক্তনা শঞ্জাবুংদা শজীক পীজরগা মহাক্না ময়ূমদগী পুরকপা পোখাপোৎ হৈক্রক অফুৎপা, কোঞ্জম হৈনৌ হৈজাউ অমুনবা থাঙনা খায়দুনা শঙদুগী মনুংদা চামিন্নরম্মী। অদুগা মখোয় ইমুংগী নুংঙাই নুংঙাইবা, নুংশি নুংশিবা ব্রারী কয়া ঐঙোন্দা তমদুনা তাহল্লম্মী। মমা-মপানা মাবু মমান্নবশিংগুম্না স্কুলদা লাইরিক তম্বা চৎহন্নীংই, অদুবু লৈমন্দবনা মপূক থন্নবা শল শেনবা থাদোরকখি। ঐগীসু মঙোন্দা তমনীংবা ব্রারী কয়ানি, ইপাবু কিবনা মঙোন্দা শাদোকপা ঙমখিদে। ব্রাত্ত-পাদবা ইমুংগী অঙাংবু করিগী শল

## থাপ্নরিবা

শেনবা য়াওরুচো থাদোরক্লিবা মহাক খণ্ডলম্মী। অদুনা মহাক্না ঐঙোন্দা নোংমতা ঐখোয় ইমুংগী ব্রা হংখিদে।

ঐখোয়গী খাঙপোকশঙ মচাদুদা মকোইনা মমায় পূময়োম য়োম্বা নুপা অমখক হেক হেক লাকখি। মহাক্না তা কৃষ্ণদা ঐ কনাগী অঙাংনো হংখি। তাকৃষ্ণনা "খুড়াহোয়রোমগী নিঙোল, ইনে থরিকথাগী মচানি" খুমখি। মহাক ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা ব্রাখল তৌখি। মহাক চৎখ্রবা মতমদা তা কৃষ্ণদা ঐনা মাবু কনানো অমুক হংখি।

"শলাং লৈকোইবা হায়বদু নুপাসিনি।" মহাক্না ঐঙোন্দা তাকখি।

নোংমদি মহাক্না ঐখোয়না চাননবা শলাং বাজিগী ইস্কোলদগী হৈক্রু, পুংদোন অমুনবা খাউ অমা থন্না হেক্লগা পুরকখি। শলাং বাজিগী ইস্কোলদু অকনবা লাইফম্নি হায়দুনা মী অয়াম্বনা চঙবা কিনরম্মী। মী লৈতবা, অশুকপা ইস্কোলদুগী নোংপোকথংবা শরুক্তা পৃথ্রী মচা অমা লৈ। পৃথ্রী মচাদুনি মীয়াম্না য়াম্না কিনরিবসি। মরক মরক্তা পৃথ্রী মচাদুদা পাখঙবা মথি ফোঙই হায়নৈ। অদুবু শলাং লৈকোইবদি নুমিৎ যুংবা মীনা চঙবা কিনবা মতমদুদা ইস্কোলদুগী মনুংদা চঙলগা নিঙাইদনা হকচিক লাংলম্মী। পাখঙবা মথি ফোঙই হায়নরিবা পৃথ্রীদুদা ঈক-মায়থরম্মী। তাইবঙ তায়োন্নবা মীশক্তুনি ইমাগা অরোনবা নুংশি মরী লৈনরম্বা নুপাদু। ঐ ইনেনা শারকপা ব্রারীদগী ইমানা ব্রায়েল শঙদা মাগা অরোনবা মরী থমনবম্মী পনখিবা নুপাদু মহাক্নি চপ চানা খঙখিবনি।

তা কৃষ্ণবু ঐনা কাউবা ঙমদবা থৌদোক অমা লৈ। নোংমা মহাক্না ঐগা শঙ মচা অদুগী মনুংদা নুংশা মৈশা খাঙমিন্না শঞ্জাবুংদা চারিবা শলশিং শঙমিন্নরিঙৈ মহাক্না নুংশিজবী লৈশাবী অমদা পীনবা চিঠি ইসি হায়রকখি। পোথাপোৎ হেক হেক হাপ্লগা পুরকপা অমনবা, মতু থোক্লবা লাইবিক খাউদুদগী মহাক্না কলম অমগা বই অমগা পুথোরকখি। মহাক্না মমিৎ অনীমক উইশিল্লগা ব্রাখল তৌ তৌদুনা ইনবা ফজবা ব্রাহৈশিং হায়রকখি। ইবা লোইরগা মাগী মমিং ইবা মতমদা ঐনা ব্রেকেৎ মনুংদা খুঙ্গংগী পাখঙ হায়না ইশিনবীরম্মী। চিঠিদু পীরুবদগী লৈশাবীদুগী মমান্নবীশিংনা তা কৃষ্ণ লাকপা খুদিংদা "খুঙ্গংগী পাখঙ" হায়না লক্লবীরম্মী।

"অঙাং নঙ, মিংথোন পীবা হৈবগী চৈ চানিকো!" ঐনা চিঠিদা হাপখিবা মিংথোন্নি খঙলকপদগী ঐ উবদা মহাক্না হায়রকখিবনি।

ঙসিদি খুঙ্গংগী চন্নবা পাখঙদু তাইবঙপানসি থাদোক্তুনা চৎখ্রে। লংফৈদা অহিং মঙলাক্লবদগী লৈত্রে হায়দুনা মাগা চৎমিন্নখিবা খোঙবুশিংগী মরক্তগী অমনা

অথাপ্পা চীংলমদগী জীপ্তা ময়ূমদা থিল্লকখি। মহাক লৈতবগী পাউ তাবদা ঐ ইথন্তা লোন্না কপখি।

নুমিৎ ময়ূম চঙখ্রবনা লম্পাক্তা চারম্বা শলশিংসু ময়ূম ময়ূমদা কাখ্রে । ঐ হৌগত্তুনা খুল্লোমদা লাক্লে। শলাং খুনগী খুনয়াইদা শল্লম লৈরক মচীন্দা হৌরিবা মশা-মরেং ফল্লবা অচৌবা খোঙনাং বট পাম্বী অমগী মনীংদা লৈরিবা নাপীনা কুপশিনখ্রবা শলাং লৈকোইবগী মংফমদা ঐ লম্বীগী মতাইদা লেপ্তুনা ঙাইহাক তুমিন্না য়েংই।

# তরামরি

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা মতমনি । অৱাংগী মাম্মা মনিনা য়ুমজাউগী থোঙ থিন্দুনা মাম্মবু ফিংনা হৌদোকপা তাই :-

"তাহন ! ও, তাহন ! তাদ্রিবো ? হৌগৎলো !"

"তারে ! তারে ! করি তৌনবা য়াওরবগে ?" মাম্মনা ইমুংদগী পাখৎনা খুম্বগা লোয়ননা হংলকই ।

"ও : মপান্দা থোক্লকও । অপূদুবু হৌগৎখ্রবা ।" মাম্মগী পাউখুম পীদনা মখা তারকই ।

ঐ ফমুংদা চাউবগা তৃশ্মিন্নরম্বদগী চিংনবা ৱাখলগা লোয়ননা হকথংফি থোক হাইদোক্লগা ফুক হৌগৎলি । খুদৈ, মোজাফুরিৎ হাইফেৎ শেমজিল্লগা থোঙ পুনা চিকনি মথক মখা অনী ফিংনা চিংথোক্লুনা থোঙনা নাম্মা হাইদোক্লগা মপান্দা থোরক্লে ।

"লাওনহে, অপূ ! পাউ অমা লাকই..." হায়দুনা মাম্মা মনিনা ঐবু মনাক্তা কৌশিল্লকই ।

"করি পাউনো, মাম্মা...?" হায়দুনা ঐনা মনাক্তা প্রপ প্রপ চঙশিনবগা মাম্মগা ইনেগসু মরী মরী তুং-মাঙ থোকমিন্নরক্লে ।

ঐখোয় অহুম ইপা পাখৎনা মাম্মা মনিগী মনাক্তা মাবু কোয়শিল্লগা লেপ্তুনা লৈ ।

"নমাদো...ঙরাং অহিং...চাকশঙ ফৈরেন্দা... খুদৈ য়াল্লগা লৈরম্মী হায়দুনা ঙাইহাক্কী মমাঙদা ঐগীদা ফোন তৌরকপনি...।"

"ইমাবো !"

"অচুম্বা পাউনি। মখোয়গা য়ুমলোন্নবা বিক্রম্মা তৌরকপা ফোন্নি।"

"ওন্থোকপা পাউ তাহল্লিদকো, ইচে..." মাম্মনা নীংঙমদনা শোল্লি।

"মীফম শিংগেজনশিংদুনা ঙাঙবীবা, ওৎপী-নৈবীবদা ইনম্মদো..." ইনেনা থৱায় শোক্লা ঙাঙই।

"করিগীনো ইচে! নঙনা তৌহৈদবা থবক্তু তৌরিদুবো..." হায়দুনা মাম্মা কপ্পা হৌরক্লে।

ইনেসু ঐসু কপ্লে।

"তাহন, মসিদা 'সুম কপ্তুনা লৈনবনদি য়াররোই; আদা চৎসি।

ফি শেৎচিন্নবীরো, ঐ গাড়ী থৌদোরক্লগে।" মাম্মা মনিনা থৌরকই।

ঐখোয় পন্দনা ফি শেৎপা লোইশিন্নরগা মাম্মা মনিগী মারুতিদা ইমাগী মনাক্তা চৎলি।

ওইনজফম খঙলক্তুবা পুন্সি ঙসিসু নীংঙাই তৌফম লৈতনা ইমানা হুঞ্জেকপীরম্লে খল্লুবদা ঐগী মিৎকী পি খকউ য়াখিদ্রে।

ইশাগী চহী ৭/৮ শুরকপা মতমদনি। য়াওশঙ কূম্মেগী ইয়াম্বগা ইচলগীদমক্তদি পাবুংনা ইস্ফালদগী ফজ ফজবা, মমল অয়াম্বা অহনবা ফি-রোলশিং, খোঙুপশিং লৈরক্লগা ঐগী য়াওরক্তবগী নুমিদাংগী চাক্লেন চাদনা পূক্নীং নুংশিনা অমম্বা মাঙ্গোল কাচিন্দা নীংঙাই তৌদুনা, কপ্তুনা লৈরম্মী।

ইমানা-"ময়াম্মা চাক চারিঙৈদা নঙসু চাহৌরো; নঙগীদি নয়াম্বগী হান্নগী খোঙ্গাও-ফুরিত্তু ওইহল্লনি হায়দুনা নপানা লৈরক্তবনি, লাকও" হায়দুনা ঐবু শাগলদা পায়রগা চিংগুম থাংগুম চাকশঙদা পুশিল্লম্মী। চাক্লুক মপান্দা সুৎ সুৎ পি নোইরগা ফল্লিবা ঐগী খূৎ অনীমক ইমানা চিংথোক্লগা মহাক্লা ইল্লিবা ফিগী ফিনানা অচোৎপা মায় তৈথোকপীরে, খূজাম কোন্দগী অফবা ঈশিং খূৎ য়েক্তা থাবিদুনা হামদোকপীরে; অদুগা চাক চারিবা পাবুংদা হাইফেৎ য়েংলগা 'নপা শাউরক্লনি; শে, চারো' হায়দুনা ইঙ্গাং মহী তোৎলবা চাক চখোম অমা মখূৎনা ইনবীরকখি।

পিশুমগা লাইবক্কা পূনশিন্নবা মখৈ চাক চারিবা পাবুংগী শকফমদু হাইফেৎ য়েংলগা কিবদগী ঐনা হীক হীক লাউনা পি চিংখৎলগা ইমানা ইল্লকপা চাক্তু উমশিল্লম্মী। "শাইরগা য়োৎশিল্লো, অমুক ইল্লক্লগে" হায়দুনা ইমানা মখূত্তা চাক ইঙ্গাং মহী তোৎপদু পায়রগা হান্না ইনখিবা চখোমদু ঐনা য়োৎশিনবা ঙাইরিঙৈ পাবুংনা খঙহৌদনা ব্রা লান

## থাপ্নরিবা

অমত্তা হায়দনা ফুক হৌগৎখ্রগা ফুঙ্গাগী নাকন্দা থল্লিবা শীঙ্গৈবাক অমা তাপ পায়খৎলগা ঐগী নঙ্গলদা কন্থুরকখি। উমলন্বা চাক্তু চীন্দগী পুখমদা ওথরগা 'অয়ো-য়ো ! ইমা !' হায়দুনা নঙ্গল থেক্তোক্লগা চৈফমদা খূৎ নান্ন-নান্ন খা লাওনা কাথোক্তুনা ঐ হৌনা কপলম্মী।

ইমানা পাবুংদা শংত্রিক য়েংলগা -"করিনোদা ! অঙাংনা চাক চারিদৈঙেদা ! কৈশুমশঙদা লৈরিবা ফাদোক ফাওবা পীজ-পীথক্লিদৈঙেদা কৃদে" হায়দুনা ঙাঙলম্মী।

"লমশা ! নচা হাক্কল্লিরা" হায়দুনা ইমাবুসু পাবুংনা ঐঙোন্দা ফৃবা চৈদুনা মনঙ্গলদা 'শেৎ' লাউনা থাবীরম্মী।

ইমা-ইচাবু ফৃরল্লগা পাবুং চাকশঙদগী শহুম চাউনা থোকখি।

পাবুং থোকখ্রবা মতুংদা ইমানা ঐবু অমুক-"নীংঙাই তৌখো ! নীংঙাই তৌখো!" হায়দুনা মখূৎ পেন্না ফৃদৎপীরম্মী।

ঐ লৈমায়দা থরো থরো ওন্দুনা কপখি।

ইমা ঐবু ফৃবা যাবমখৈ ফৃরল্লগা চাকশঙদগী চৎখিরম্মী। তৌরিবা মওংদুদা ইয়াম্বগা ইচলগা চাক চারম্বদগী মখূৎ-মশা শৎ শৎ হামদোক্লরগা যূমজাউদা তৃম্বা চঙনখিরম্মী।

ঐহাক ইথন্তা চাকশঙদা কপ্পা কপ্পা লুখাক মরক্তা অহিং তৃমখি। নোংঙাল্লমদাইদা ইমানা ঐবু ইশা ইমোৎ মোৎনা চাকশঙদগী ফমুংদা ফৈবম্লনা থাংজিনবীখি। মদুসু ঐগী মায়দা পুপ পুপ তাবকপা ইমাগী মিৎকী অশাবা পিরীকশিংদু নৎলমদ্রবদি খঙলল্লোই।

ইমাদো চহী কয়া কনা খঙহন্দনা ঐগীদমক কপখ্রবীনি, ঐগীদমক ব্রাখলনা লাকহৎখ্রবীনি। মীচাবোক নুংশিদবা নুপাগী মনাক্তা মচা চাউনবা য়োকপা মপুরোইবনা য়ানবা চৎপদা থম্মোয় কনবী মমা শাখিবনি। মহাক মচা ঐগীদমক হিংনা হিংনা মৈথক্তা খাংদা ঙৌবা ঙাগুম হিংলম্বনি। খাঙবা ঙমলক্রবদা ঙানা খাংদগী চোংথরগা মৈনুংদা অব্রা-মৈশা কোকচবগুম ইমাসু পোথানবা লম্বেল থিখিবনি। ইমা নুংঙাইনা পোথারশনু !

মীফত্তগী থৌঙ্গাল য়ৌরে। থোঙ্গালগী অব্রাংথংবা মতাইদা গাড়ী থৈজল্লগা খাম্মী। ঐখোয় মরি মাম্মনা মাঙ থারগা ঐনা তুং ইথং থংনা যূমলোমদা চঙশিল্লি। শুমাঙদা লৈকাইগী মী ময়াম ওমলম্মে।

ঐগী শক উবগা মাম্মা বিক্রমগী নুপী ইনে দাশুমতিনা -" ইবুংঙো অপূ ! নমা উন্নবা লাক্লিব্রা নঙবো ? নমাদি চৎখ্রেনে..." হায়দুনা কপ্পা হৌরকই ।

খঙহৌদে, মীফত্তদু থোঙজিন্দগী ঐঙোন্দা মখূৎ থিল্লগা মখোল য়াক্লা লাউরকই :-

"কনানা নঙবু লাকউ হায় ? থৌদোকশে নঙনা থোকহনবা নৎত্রা ? নশক্তু য়েংনীংদে, থুনা হনখ্রো !"

"ঈবাই, অপূশে ইচেদুনা পোকপা মচানি । মমাগী অরোইবা শক্তম মচানা য়েংঙ্গহৌবা হায়বসি তাইবঙগী চৎনবীনি ।" মাম্মনা ইতপ তপ্পা মীফত্তদা হায় ।

"মফম খঙদবা অঙাংগী খুনাম ঐগী শুমাঙদা তাহল্লমগনু, ঈশেল !" হায়দুনা মহাক শাউনা ময়ূম থোঙ মখোল হৌনা লোনশিনখ্রে।

মাগী মওং চাদবা থৌদোক্তা শুমাঙদা লেপ্লিবা নুপা নহাশিং শাউনবা য়াওরক্লে।

"নাতৈ চাদবা থবক্লিদা ! মমাগী অরোইবা মশক মচাবু য়েংহল্লোই হাযবসিদি"।

"থোঙ কাওখায়রগা চঙহন্নসি কৈদৌগে।" অফিংবা নহা অমনা হায়।

ময়াম্না ইরাং লাংলিঙৈ পুলিসশিংশু য়ৌরক্লে।

"ময়াম পূম্নমক তপথবীয়ু। ইবাং শাগৎপীগনু। ঐখোয় থৌদোক অসিগী অকূপ্পা পাউ লৌবা লাকপনি।" মাঙ থারকপা ও,সিনা মীয়ামদা খঙহল্লকই।

"সার, ঐখোয়দি য়ুম্নুরেলদা ইচম চম্না মচানুপাসিবু ইমুংদা চঙহন্দুনা মমাগী মশক য়েংহন্নবা হায়বনি। অদুবু মচা নত্তে; য়েংহল্লোই, চঙহল্লোই হায়দুনা থোঙ লোনশিনখ্রে।

অসিগুম্না লূদবা থৌওংসি ঐখোয়না শাউনীংবগী ৱানি।" ইয়াম্বা অমনা পুলিস ওফিশারদা ৱা শুগাইনা তম্মী।

"ময়ামসি ইবুংঙোগী মীশিংলা...?" চহী য়াঙ্খেমুক্কী শকওং-শক্লে ওইবা, নাতোন শুমাঙ কোই নান্না খাকপা পুলিস ওফিশারদুনা লৈকাইগী ইয়াম্বগী ৱা তারবা মতুংদা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হংলকই।

"নচচদে, সার। মখোয়দি ঐখোয়না লাক্লিঙৈ মমাঙদা লৈরম্লবা খুঙ্গং-লৈকাই অসিগী মীওইশিংনি।" ঐনা খুমই।

"ইবুংঙোগা লাকমিন্নবশিং মশক তাকউ।" ও,সিনা ঐগা লোয়নরকপা মীশিং শকখঙনবা হোৎনরকই।

ঐনা ইনাক্তা লেপ্লিবা মাম্মা অনীগা ইনেগা শক মথং মথং তাকই।

"নঙদি হৌজিক কদায়দা লৈ ?" মহাক্না মখা তানা অমুক হংলকই।

"ইমাগী মপাম, শলাং খুন্দা। মাম্মগী মনাক্তা।" মাম্মদা য়েংলগা ঐনা পাউখুম পী।

"নঙদি চাউপোক ওইনা য়ুমসিদা নমানা চেল্লকপ্রা ?"

"য়ুমসিমক্তদা ইমানা ঐবু পোকপীখিবনি, সার।" ঐনা খোঞ্জেল লুম্না খুমই।

"মানা হায়রিবশিংসিবু অচুম্বো...?" ময়ামদা ওনশিল্লগা ও, সিনা হংই।

"অচুম্বনি, সার" শুমাঙদা তিল্লিবা মীয়াম্না খুল্লকই।

"ফরে, অদুদি ঐখোয় ইমুংদা থৌরি য়াল্লিবা অশিবা নুপীদুগী মনাক্তা চঙসি। নখোয় খরা লোল্লিবা থোঙসি হাংদোকহল্লু।" মখা থাবা পুলিস কনষ্টেবলশিংদা মহাক্না য়াথং তাওথৈ।

মাগা লোয়নরকপা পুলিস কনষ্টেবল মরি মাঙ্গোলদা খোঙলৈ থুনা কাখৎখ্রে। অমনা খোঙ থিল্লগা খোন কল্লপ হায় :-

"কৈদৌরি, থোঙসি থুনা হাংউ।"

ইচল লৈম্নানা কিথী-কিরুম্ননা থোঙনা নাম্মা হাংদোরকই।

"ময়াম মরক্তগী ২/৩দং, অদুগা ইবুংঙোনে, অহলনে (শলাং মাম্মা) ঐখোয় খরদং চঙসি।" ও,সিনা হায়রকই।

"ঐদি মপান্দা অসুম্মক লৈজরম্মগে, সাব" ঐনা খুমই।

"করিদৌরে চঙনীংদ্রবদি...?"

"ঐবু চঙহন্নীংদবদগী থোঙ লোল্লুবা য়ুমসিদা ঐ পুন্সিগী ওইনা চঙজররোই লেপ্লে, সার।"

ও,সি, মখা তারমদ্রে। মাম্মনে, নহা অনীনে, অহল অনীমসু মাগী মতুং ইন্না ইমুং চঙখ্রে। অদুগা পুলিস কনষ্টেবল অনী অমসু ও,সিগী মতেং পাংনবা ইমুংদা চঙখ্রে।

পূংখায়মুক লৈরগা মনুংদা চঙখিবা পুলিস কনষ্টেবল অনীদুনা ইমাবু ইশাং শাংনা মপান্দা থাংদোরক্লে ।

ইমাগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং পুথোরক্লিবা ফীভম উবদা ইনে নোং খোংবগুম ময়াম্বু খংপ্রেক খংহন্না কপ্পা হৌরকই :-

ও: ইনম্মা ! পেন্দেদা ! পেন্দেদা !”

পিগী ঈমায় মখাদগী ঐনা ইমাগী মায়দা মুন্না য়েংই । মকশিনখ্রবা মায়দা মচা ঐগীদমক মপান থোক্তনা ব্রাজখিবদু ময়েক শেংনা তারি । ইমাগী চাইকং অনীগী অকংবা পিফমশিং লোন্না তূংশিল্লম্বা নুংশিবগী খূদম্নি ।

ইমাগী হকচাং থোঙ্গালদা খান্নিবা পুলিসকী জিপসি থোঙ্গাল মনুং খরা হঞ্জিন্না থৌজিল্লগা মনীং হাংদোক্তুনা শাংনা হাপচিল্লে । ফিডৌ অমনা মশা মথক্তা কুপশিনবীরে।

ঐখোয়সু ইমাগী পোষ্ট মোর্টেম য়াওরুনবগীদমক লম্ফেলগী মোর্গ তান্না মাম্মা মনিগী গাড়ীদা পুলিসকী গাড়ী অনীগী মতুং ইন্না লাক্লে ।

নুংথিলগী পূং অমগী মতুংদা পোষ্ট মোর্টেম লোইরদুনা ইমাগী হকচাং অরোইবা মথৌ-মঙম পাঙথোক্লবা মীফত্তগী য়ূমদা পুথরক্লে ।

ইমাগী সংস্কার থৌরম ঐ য়াওহন্দনবা মীফত্ত মপা-মচানা চক্রি তৌই ।

লৈকাইগী মীশিংনা ঐ য়াওহন্দ্রবদি ইমাগী মথৌ-মঙমদা মখোয় য়াওরোই, লোয়ননা মীফত্তগী ইমুংসু লৈকাইদগী তোঙান্না ইম্থোক্কনি; মমাগী অরোইবা মথৌ-মঙমদি মচা খূদিংমক য়াওবগী হক লৈ হায়দুনা মখোয় ময়াম তিন্নদুনা ব্রারেপ তাই ।

মপা-মচা লৈকাইগী অকনবা ব্রারেপ কিবদগী ঐবু য়াওহন্নীংদ য়াওহন্নীংদ ইমাগী মথৌ-মঙম পাঙথোকপা য়াওহল্লে ।

শন্দুক মথক্তা থম্লিবা ইমাগী হকচাং মৈনা ব্রাইরম-ব্রাইফাৎত্রিডে ঐখোয় হন্নবা মাম্মগী গাড়ীদা তোংখৎলে । মী মনুংখাঙ মপা-মচানা ঐখোয়দা খানা য়েংলকই ।

ইমাগী থনুংদা ওমশিল্লম্বা অব্রাবা ব্রাখলশিং মৈখু মপৈ মপৈ ওইনা অহাঙবা অতিয়া তম্না ফূগৎলকপা ঐনা চেল্লিবা গাড়ী মনুংদগী উই।

মৈখু মপৈ মপৈ খূদিংমক ময়ুং-মফেন নাইদবা অতিয়াদা পানা শন্দোক্লগা মাঙখ্রি।

# তরামণ্ডা

ইমাগী লান্ন-থৌরমগী পাউকৎ-চেদা থৌগল ফংলিবশিংগী মিং পরেং হাপ্পদা ঐবু 'অতোপ্পা মচা' হায়দুনা তোখায় তাহল্লকখি। ঐগী য়ূম্নাক্কা মাম্মগী ব্রায়রগা লান্না হাপ্পীরকখি।

ঐ ঈকায-নুংশি যান্ননা ইমাগী লান্ন-থৌরম য়াওখি। মখোয়না ঐবু থবক পূম্নমক্তা নাইতোম তাহনখি।

নীংথিবীবু ইমাগী থৌরমদুদা য়াওহন্নীংবদগী চাউববু ইমা লৈরিক্কা মখোয় অনীগী পাউকৎ-চেশিং পীহল্লুই। অদুবু মহাক লম্ফেলগী বিমসতা মশা লায়েংবগী লৈখ্রে হায়দুনা ইমা মথন্তা লাকখি।

ইমানা মহাক মশাগী ফীভম শোক্লে তমলম্মী। মহাক্কী লায়ওং ব্রাখলগা মবী লৈনবসু মাল্লি হায়রম্মী। ইমানা হায়বল্লিবদু ঐসু থাজে। মরমদি মহাক মপুরোইবনা পূমকাও কাওথোপীরবীনি। ডাক্টর গীতচন্দ্র চয়োল খরগী মমাঙদা লুহোংখ্রে। মহাকপু লমচৎ নাইদবী নুপীনি হায়না খুন্নাইগী মমাঙদা ফোঙনা ঈকায়বা পীরম্বা অসিনা মহাক্কী অনাবগী হৌরকফম ওইগনি।

হৌজিক্তি মাগী অনাবা ফনবগীদমক মাগী ব্রাখল নুংঙাইহনবা তাই। ব্রাখল য়েন্নীং মনৌ চোংহনবীবা তাই। মদু পূম্নমক মাগী পুন্সিগী খ্বাইদগী নক্লবা, থম্মোয়গী অব্রা-নুংঙাই পাউদমকম ওইবা মহাক্তুনা তৌগদবনি।

মাগী মনাক্তা ঐ পন্থদনা চৎনীংই। অদুবু থেংন-উন্নবদা কামলক্কদবা, খৎনবা হৌরক্কদবা মাগী মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পাশিংগী মওং মতৌদুদা ঐনা মনাক্তা চৎলুরগা ব্রাথোক ওইদুনা মাগী অনাবা হেঞ্জিনখিবসু খঙদে। খন্থরুরগা মাবু কন্নবগীদমক চত্তবনা ফরে খন্দুনা ঐ চত্তনা তোকথোক্লে।

মনাক্তা অনাবা হংবা চংলরোই হায়দুনা নুমিৎ ৪/৫ নি তুমিন্না লৈথোকপদা পূক্লীং ইরাং লাংলকই। থবক অমা চনীং তানা পাঙথোকপা, শূবা ঙমদে। ঐনা তৌরিবসিবু চুম্লিব্রা ইথন্তা হন্না হন্না খনবা হৌরকই। "নহাক্কী পুন্সিগীদমক য়াম্না ৱাজবী, নঙগীদমক মিংদা থীরবী মাগীদমক নঙ করিগুম্বা খরা তৌফম থোক্তব্রা অহিং-নুংথিল নাইদনা নুমিৎ নিনী চুপ্পা খল্লবগী তুংদা ঐ মাবু উন্ননবা ফিরেপ লৌরে।

নুংথিল ইম্ফালদা বস তোংদুনা হাইগৎলে। পাউনা লম্বেলগী অৱাংথংবা মচীনগী অথেনবা সন গ্লাস য়োনফমদগী সন গ্লাস অমুবা অমসু লৈরগা উপশিল্লে। টুপী অমসু লৈদুনা কোক্তা উপশিল্লে। ঐ শম ককফমদা চঙদুনা মিংশেলদা ইশাগী শক্তম য়েংই। অমুবা সন গ্লাস অমদি টুপীগী মতেংনা ইশাগী শক লোৎপা ঙম্লে হায়বগী থাজবগা লোয়ননা উরিপোক নাগা মপান তম্না লম্ফেলগী রিমসতা চৎনবা রিক্সো তোংনবগীদমক খোঙনা লাকই।

রিমসকী মখা থংবা ৱ্লোক্কী নোংচুপথংবা নাকন্দা অনীসুবা ফ্লোরদা লৈবা ফিমেল মেদিকেল ৱার্ডা ঐ থাজবা অমগা লোয়ননা মাবু থিবা শঙনুংগী ময়ায় লম্বীদা ফমুংদা হিপ্লিবা অনাবশিং অমদি মখোয়গী শেবা তৌরিবশিংবু নাক য়েৎ- ওয় য়েংনা য়েংনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। কনাদসু হংলুদে।

ঐগী থাজবা অচুম্বা ওইরে। ৱার্ডসিগী মমাঙগী অৱাংথংবা নাকন্দা শুপ্নগী ফমুং অমখক থাবা কেবিন কা অমদা মুন্না য়েংশিল্লুবদা ফমুংগী কমদা অমোনবা কম্বল অমা থারগা ঙাথ মহাক ফম্লি। মনাক্তা ফমুংদা ফম্লিবা মমানা হায়রকই :-

"ইবেম্মা, নবুংসু য়ৌরক্লনি। নঙ ঙাইহাক তুমিন্না পোত্থারম্মু। ইমা নুমিদাংগী য়েঙ্গ্লাং মনা-মশীং খরা লৈহৌরুখিগে।"

"হোয়। ঙল্লিঙৈদা চথোক্লুরো ইমা।" মহাক্না খোঞ্জেল পীক্লা খুম্লকই।

"ফরক তানা তূমদনবা লাইরিক য়েংব্রা কৈনো তৌরম্মু। শেম অমা মকৃ খোকপীরম্মুরা...?"

"ঐনা থোকপা খোক্লগা চাজহৌরগে। ঙল্লিঙৈদা লৈহৌরুরো।"

"ফবে, ফরে। ইমানা সুম থোকখিবদা ইবেম্মা উর্মিলাদু লৈমিন্ননবা হায়রমগে।"

নীংথিবীগী মমা খাউ অমগা কানুংদগী থোক্লক্লে।

লেপকক তৌদুনা মমা-মচাগী ৱারী শান্নবা তারম্বা ঐ ৱার্ড মমাঙ পাংনা খরা চৎশিন্নরুরবগা হল্লক্লে। মমানা ৱার্তগী হাইদোকখিবগা ঐ মাগী কা মনুংদা চঙশিল্লে।

**থাপ্পরিবা**

**ঐগী অরোৎপা শক্তমদা মহাক শেম খোকপা লেপ্পগা ঐঙোন্দা কিনা য়েংলকই। ঐ উপ্লিবা অমুবা সনগ্লাস লৌথোক্লে, কোক্কী টুপীসু লৌথোক্লে।**

**শক খঙলবদা হরাউনা চাইরুংগী শরূদা নপশিল্লবা মীনোক্পা মহাক ঐবু কৌরকই :-**

"তামো!"

"নীংথিবী, ঐ নঙগী অনাবা হংবা লাক্লিবনি..."

ঐগী ব্রা তাবদা মাগী মিৎ অনীদগী খজাই তম্না পি মরী মরী চেন্থরকই।

শেম মকৃ খোক্লিবা ষ্টীলগী ছুরী মচা ফমুং লুখুম মনাক্তা লৈরিবা লোকর মথক্তা থন্নগা মশাদা ইল্লিবা ফি নাকন অমা কংলবা ইশাং শাংবা মখূৎনা পায়খৎলগা পি তৈথোকপা হোৎনৈ।

ঐ মনাক নক্পা ফমুংদা ফমথরে।

"...নপুরোইবনা নহাকপু লৌশিনহন্নবা হোৎনরুবনি, অদুবু..."

"ব্রাফমদু ঐ তাবদা য়াম্না ব্রাই..."

"ফরে, ব্রাফমসি তোকপনসু ফরে। নঙসু খল্লুরনু।

নাবা ফনবা ব্রাখল-পূক্লীং হন্থগনু। ব্রাখল-পূক্লীং নুংঙাইনবা হোৎনৌ। কদায় শেমদো, মকূদু ঐ খোকপীরগে।" ঐনা লোকর মথক্তগী ছুরী লামই।

"... য়ানি, ঐ অদুম খোক্নে। থাঙদু পীবিরকউ।" মহাক্পা ঐঙোন্দগী ছুরী লৌগদবগী মখূৎ তিংথোরকই।

ঐ মঙোন্দা ছুরী পীথোকখ্রে।

লৈশাবী মচা অমা কা মনুংদা চঙলকই। মহাক্পা ঐবু নীংথিবীগী ইমুংগী মী ওইনা খল্লমাল্লে, হায়রকই :-

"ইচেখোয়গী ঙহানমখৈ মশক উদবা মী অমা লাকইনা ঙসিদি!"

"উম, উর্মিলা..." মহাক্পা লকক্লনা খুমই।

"অদুদি তামোসু লৈরে, থবকসু লৈহৌই; ঐ চৎলে, ইচে।" মহাক কা মনুংদা চঙলমদনা খোঙজিন্দগী অদুম হনখ্রে।

শেমদু মকু খোকপা লোইশিল্লগা মসুং চাউরপ্পা খরা তাথোক্লগা ঐঙোন্দা মহাক্না চামিন্নসি হায়রকই।

ঐ মাগী মখূত্তগী শেম মসুং অমা লৌই, অদুগা হংই :-

"কয়াম কুইরে লায়েংশঙসিদা লৈরকপা ...... ?"

"চয়োল অমা হেল্লে ...... যূমদা হন্নীংলে ....." পাউ-চে চজিক লামায় তঙ্খায় অমগী মথক্তা ফমুংদা তারিবা শেম মকূশিং তাশিল্লগা য়োমশিন লোকর মথক্তা ছুরীগা পূন্না থল্লগা মহাক্না খুল্লকই।

"অনাবা ময়ামগী নাহেবা, কপ্পা, লাউবা মখোলশিং তাবদা হৈনরম্লোই; অদু ওইরবসু নাবা ফরগা যূমদা হনগদবনি...।"

"অপোকপা ইপা মশক খঙলব্রা হৌজিকপো ...?" মহাক্না ঐগী ব্রা থৈদোক্লগা হংলকই।

"দি,এন,এ, ব্লড টেষ্টকী রিজল্ট ঙাইরি"– ঐনা খুমই।

"কনা কনাগী ঈনো থাখ্রিদুবো ?"

"ইমা, ঐ, ঐবু মচা নত্তে ইন্থোক্লিবা মাগী।"

"ইমাদো নুংঙাইতে। ইমাগী খোঙথাং লালহনখিবা, যূম্নাই লমফৈ চৎহনখিবদি মহাক্ননি।"

"ঐ ইমাবু লান্না লৌরুরে। অতোপ্পা নুপাগী মনাক্তা ঐবু ব্রানা চাউননবা, মহৈ-মশিং খরদংদা ওইরবসু মিৎ-মায় পাঙবা ঙম্লবা শীনবীরম্বী ইমাবু ঐগী পুক্তিনা কৈদৌঙৈদসু কাউররোই।

ফরে, ব্রারীসি তোক্লসি। অব্রাবা ব্রাখলসু পঙখন খন্নরগুমসি। ঐ নঙবু ব্রাহনগে লাকপসু নত্তে।"

"অব্রাবা ব্রাখল খন্দবা !" মহাক্না নোক্লগা হায়রকই। অদুগা ঐঙোন্দা হাইফেত্তং য়েংলগা হংলকই :-

"হৌজিকপো ঐগী ব্রাখল নুংঙাইনবা তামোনা ঐগীদমক করি তৌবীবা ঙমখিগদগে ....?"

## থাপ্পরিবা

"নীংথিবী, নোংমা নঙোন্দা ঐনা থম্মোয়গী ব্রারী খক শান্নগুমসি হায়খিবদুদা নঙ ঐবু লান্না লৌরব্রা ...?"

"মৌ ওইরবী, হল্লকপী ঐনা হৌজিকপো তামোগা থম্মোয়গী ব্রারী শান্নরগা করি কান্নখিগদগে ?" হন্দক্তি মহাক ঐঙোন্দা থৌনা ফনা য়েংলগা থৌনা ফনা ব্রাহং হংলকই।

ঐ মাগী ব্রাহংগী পাউখুম পীদনা মঙোন্দা তুমিন্না য়েংলগা লৈ।

"..... মতমদো হৌখ্রবনিনা য়ারেদা .... নুংশিবগী মচু শঙনীংদবা তামোগী থম্মোয়দো ঐঙোন্দা করি কান্নগনি" মহাক্না মরৌ লৈনা হায়রকই।

"অসুক কুইবসি ইশাগী হৌরকফম থিবদা নঙগীদমক থৌনা ফনা ঐ লৈরি হায়দবগীদমক নহাক্না ঐবু ব্রারৌরি, নৎত্রা ?"

খঙহৌদনা মাগী মায়থোঙদা অকিবা অমসুং পাখৎপগী মমি তারকই। অদুগা শোম্থাংননা হায়রকই :- "ইমা .....!"

ঐ মিহুন থক্কৎখ্রে। ইশাশে শ্বাই লাউই। ফুম্বংননা ফমুংদগী কুমথরে। কানুংদগী থোক্লবা খোঙ থাংবা হৌই। অদুবু কৈ অমোম অমনা থোকফমদা থিংলি। হৌজিক্তি নাম্থোক্লবা ঐ মাগা লাম্থেংনবা তাই।

লাম্থেংনবগীদমক ঐগী মায় থৌনা ফনা হাইগৎলে। ইশাদা নাচুংবা পোক্তনা ইচঙ থৌনা মঙোন্দা মুন্না য়েংশিল্লগা থোঙ তম্না চঙশিল্লি। মহাকসু ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। অদুবু মহাক ইথা হেক থাজদনা শারংগী শাগুম ইতে তেথখ্রে। ঐঙোন্দা করিগুম্বা মখলগী অপনবা অমত্তা পীদনা মথূত্তা য়াল্লিবা ইঙ্গ্লাং-নাপী হাপ্লা খাউদুমগা তুমিন থৈদোক্তুনা লেপ ঐগী লম্বী পীরকই। ঐ কোইতক্না কানুংদগী থোরক্লে। অশাবা শ্বর হোন্দোকখ্রগা ফুরিৎখাউদগী সনগ্লাস লৌথোক্তুনা উপশিল্লি।

মহাক মচানুপীগী মনাক্তা চঙখ্রে।

ঐ মপান্দা ঙাইহাক লেপকক তৌদুনা মচানুপীদা ঙাঙবীব্রা তাই। অদুবু কানুংদগী ঈব্রাই-ঈনিল অমত্তা ফংদবদগী ঐ ব্রার্তগী হাইদোরক্লে।

## তরাতরুক

নোংমগী অয়ূক্তা পাউ-চে পাবা ঐগী হৈনবীশিংগী মনুংদা অমনি। ঙসিসু মহৌশাগুম থোঙ্গাল থোক্তুনা অঙনবা অয়ূক্তা হোক্করনা সাইকল মন্দিলা খিংলগা থাদরম্বা পাউ-চে খুনগৎলগা মথক্কী মমায়গী মরুওইবা পাউশিং থোঙ্গালদা লেপ্পা লেপ্পা ঙাইহাক য়েংই। ময়ায়রাইদা ইনসেট শক্লমগা কোন্ননা 'আর্মিনা ময়ূমদগী অহিংদা ফারগা পুখিবা লালহৌবা য়াওরম্বা নহা অমগী হকচাং শম্বে চীঞ্জোঙদা শিনা ফংলে' হায়বা কেপশব্দু পারুবদা মহাক অতৈ কনাসু নৎলমদ্রে, খুন্দ্রাকপমগী মরূপ পীকতোন ওইরম্লে।

ইশাশে পাউ-চে পানা পানা কোকচাউবী কাখিবা খঙহৌদে। হান্নসু মহাকপু আর্মি কাঙবু অমনা মখোয়গী কেম্পতা কৌরগা থীনা ফূবীরগা থাদোরকখিবগী ৱাফম লৈ।

ঐনা অশোকপা হংবা চৎলুবদা মুশুক মুশুক মুনা মশাগী হকচাংগী মফম কয়াদা খান্নিবা চৈফমশিং অমসুং ইলেক্ট্রিক শোক্কী মফমশিং ফি হাইগৎ হাইগত্তুনা ঐঙোন্দা উৎলগা মহাক্লা মপূক্লীং হন্থনা, শুকথনা হায়রকখিবা ৱাহৈশিংদু নাকোংসিদা অদুম্মক তারি।

"শিফম খঙদনা শিবা তারমাল্লেদা ঐদি মরূপ। হযেংনা কাইহৌবা মহাউ লৈবা পুন্সি মহিংদু ফংগনি থাজদ্রে।

শিবা মচেৎ খাক্লা থাবীরক্লবা ঐঙোন্দা অসুম্না অমুক কিহল্লকই - মখোয় অরোনবা পাউ লৌবা লাকখিনি। পাউ পীদ্রগনা ঐবু হাৎকনি।"

মাগী হিংনবা লম্বীগী পাম্বে খনবা থোক্লক্তুবদা মহাক্লা মথা শানা ঐঙোন্দা হায়রকখি:-

থাপ্নরিবা

"অপূ, নঙসু খরা খল্লকউদনা ঐগী শাংথনা হিংনবা লম্বী ।"

হা, উরোক ! নমাঙসু লাং, নতুংসু তেন ! হায়বদুমক মরূপকী মফমদা থোকখি। লালহৌবগী থবক্তগী মপূং ফানা পোত্থাজরবা মহাকপু ময়োল লৈঙাক লাম্মীনা মতম পূম্নমক্তা চিংনখি। মাগী পুক্সি থীনা খুদোংথীনীংঙাই ওইরবদসু ঈচেল মপূংদগী থৈদোক্তুনা অমুক চৎকে হায়বদি মহাক খনখিদবনি । হৈপাল , লৈপালগুম্না হিংগে খঞ্জত্রবা মরূপ্নি।

লম্ফেলগী মীরেলশঙদগী মাগী থৱায় য়াওদ্রবা, ঈ তৈবা হকচাং ঐসু লৌবা য়াওরুই। মশা কোকপা শক্তিমান অমদা মাগী হকচাং য়াওবা কৃ হাপ্পগা গাড়ীগী মমায়, মনীংদা 'লালহৌবদগী পোত্থারবা মী তমথীবা আইনগী খুদোংচাবা লৌদুনা আর্মিনা ওৎপা-নৈবা, হাৎপা লেপ্পু' অদুগা, 'জাতিগী ঈচেলদা হল্লক্লবা য়াওল্লোয়শিংদা চিংনবা মিৎয়েং য়েংগনু' হায়না থাবা ফেস্টুনশিংনা লৈতেংশিল্লে। শক্তিমান অদুগী মতুংদা খুন্দ্রাকপম কেন্দ্রগী মৈরা পায়বী, ক্লব ওর্গানাইজেশনশিংগী নুপী নুপা কয়া, ইমুং-মনুং, মরী-মতাগী মীওইশিং বস অহুমদা তোংদুনা ইন্নরগা ইম্ফাল সহর ময়োল লম্বী বি, টি রোড ফাওদুনা চৎলগা মাগী পোকফম খুঙ্গংদা পুথরক্তুনা লৈকাইগী মংগী লমদা পোৎলোইনবা থৌরাং তৌবে।

পোৎলোইবগী মৈ কোয়বদা ইথোই মমা-মচাসু য়াওমিন্নে। মমানা মচানুপীদা ইঙ্গিৎ তৌরগা শোল্থাংননা হায় :-

"নবোক্কীদা লৈরম্বা নহারোলদুনি!"

ইমা লৈরিক্কা ঐগা পীকতোনগী লান্ন-থৌরম য়াওনবা অয়ূক্কী চাকঙন চারগা বস মথাং মথাং তোংদুনা পূন্না চৎমিন্নে। লম্বী ৱারী মরক্তা ইমাদা ঐনা নীংথিবীগী অনাবগী ফীভম হংই। মশা খরা ফরে হায়দুনা লায়েংশঙদগী কূমলক্লে ইমানা তমই। অদুগা লায়েংশঙদা নোংমা ঐনা চৎলুবদু হংলকই :-

"মমানা লায়েংশঙদা নুংথিল অমা নঙ অনাবা হংবা লাক্লম্মী ৱারী শারকই। চৎলুব্রো নঙবো...?"

"উম, চৎলুই।"

"মমাদো মহৌশা নৎত্রে, য়াম্মা হল্লে। নহাক্কী কেসকী মরমগা খঙনীংনা হংলকই।"

ঐখোয়না লৈখিদ্রবা মরূপকী থোঙ্গালদা য়ূমগী শুমাঙ তম্না চঙশিনবা মতমদা মাঙ্গোলদা ইথোই মমা-মচাদা নত্তনা মপাসু ফক্তা ইমুংগী মীওইশিংগা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শান্নরমই। ঐ ইমাগী মতুংদা ইশা লোৎলগা য়াম্না তন্না চঙই।

ঈতৈমনা ইমা-ইচাবু হরাউ হরাউ ওকই। অদুগা ঐবু ইমুংদা ফি হোংনবা শীনবী-লাংবীরে।

ঐনা ইমুংদা ফৈজোম শেৎপা হোৎনরিঙৈ মাঙ্গোলদা ফক্তা মখোয়গা ফম্মিন্নহৌবা ইমাদা ইথোই মমানা হংবা তাই।

"ইচেখোয়না করি লমদগী ....?"

"পুক্সিখুন্দগীনি , ইবেম্মা। নুপামচাদো ইচাগা তিন্নরম্বনি ।" ইমানা খুমই।

"মাদি য়াওদেকো ....?"

"নম্বোলদা আর্মিগা খূৎ থোক্নবদা লৈখিদ্রবনিনে ইচাদুসু...."

"ইচেগা হৌজিক লাকমিন্নবা ইবুংঙোদুবু.....?"

"মানা লৈখিদ্রবা ইচাশিংদুগী মমান্নবনি । মরাইবকপু ওহ্নোক্না থীখ্রবা অঙাংনি। মপানা মচা নত্তে হায়দুনা য়ূমদগী তাহ্নোকপীবদগী অমদগী অমদা কোয়চেন চেল্লগা হিংলিবনি।

হন্দক মহাক্না ৱায়েলশঙদা মপা মশক তাকপীয়ু হায়দুনা চে লানখৎলি। অপোকপী মমাদু ৱায়েলশঙদা মচাগী অরোনবা ৱারী ফোঙদোক্লন্নগা মথন্তা থৌরি য়াল্লগা শিজখ্রে। কর্ম্ম শোনখিবা থা ফাদ্রি।"

"ও-ও..,মহাক্তি মীচম ওইরেকো !"

"মীচম্নি, মীচম্নি। ঐগী লৈখিদ্রবা ইচানুপাদুগা মবানী ওহ্নোক্না লুনা তিন্নজখ্রবনি। ঐনা ঙসিসু মাবু ঐনা হেক পোকচবা ইচানুপানি খঞ্জরিবনি।"

"হৌজিকপো ইচেগা লৈমিন্নরিব্রা, ইবুংঙোসিবু ..... ? ইথোই মপানা ইমাদা হংই।

"শলাংদা, মমাগী মপামদা, মাগী মাম্মগীদা লৈরে হৌজিকপুদি।" ইমানা খুমই।

"ঐখোয়রোমদসু থা অনীমুক্কী মমাঙদা লৈরম্মীনে, ইবুংঙোশে।" ইথোই মপানা হৌদোরকই।

"কদায় কদায়দনো পঙচৎ চত্তুনা লৈরুরবনি। ঐগীদগী মফম-মরাং খঙদনা মরাল শীশনবী, ময়াম চঙদনা যূথী-চৈবী তাম্থোকখিবদগী।

ফক্তা ফল্লিবী ইবেম্মসিগা শকমান্নবী অমগী মমানা মচানুপী চেনখিনি পাখৎপদগী থোকহনখিবা থৌদোক্নি।" ইমানা ৱারী শাদোকই।

ঐগী ৱারী অয়াম্বা মখোয়না ইমাদগী খঙখ্রে।

ফৈজোম শেৎপা লোইরগা ইমুংদগী মপান থোকপা ঙমদনা ফক্তা ফমদুনা ফনা কুইনা লৈরে। অদুবু কানুংদা অসুম নৈশিন্দুনা লৈবা য়াবা নত্তবনা ঐ মপান্দা তন্না তন্না থোক্লক্লে। ইথোইগী মমা-মপা অনীমক্কী মিৎয়েং ঐঙোন্দা থম্লকপদুদা ইশাশে ইতাও তাওরকই। ঐ মাঙ্গোল দাড়ীদগী ঈকায় ঈকায় কূমথরগা থোঙ্গাল ৱাংমদা চনীং তানা নুংশাশ্বর হোন্দোক্লুনবা থোরক্লে।

মপুগী মিংখৈ শক-শোনবগী অরাংবা মরক্তা শুমাঙ মথৌবুংগী অৱাংথংবা শরুক্কী মনীংথংবা ফকশাং অমদা নাইতোম তানা ফল্লিবা ঐবু 'অমুক্তা লাকখো' হায়দুনা ঈতৈমনা কৌথোরকই।

ঈতৈমনা লমজিংবা মফমদা ঐ লাক্লে। মখোয়গী যূমগা যূমলোন্ননা লৈবা অৱাংগী যূমগী লাইরিকশঙ কা অমদা পুশিল্লগা ঐবু চৌক্রিদা ফমহল্লে, অদুগা হায়রকই :-

"শকখঙনদবা অহল-লমন মরক্তুদা নঙনা তুম্বক্লা ফম্বদু নুংঙাইতবদগী কৌথোকপনি। তেবলদা লৈরিবা পাউ-চে, চেফোঙশিংদু য়েংলম্মু; ঈতৈমা লৈশাবীশিংবু খেট্রী পুহল্লক্কে, চামিন্নৌ।"

ঈতৈমা চৎখ্রে। ঐ ইথন্তা ঙাইহৌরে। তেবল মথক্তা ইচাই চাইনা লৈরিবা পাউ-চে অমসুং চেফোঙশিংগী মরক্তগী "দি সেভেন সিষ্টরস" হায়বা অৱাং-নোংপোক ভারতকী ওইনা গুৱাহাতিদগী পুথোকপা ইংরাজি চেফোঙদু ফাক্তোক্তুনা য়েংই।

ইকুই কুইদনা লৈশাবী অহুম খেট্রী ময়োম অমমম মখূত্তা পায়নরগা কানুংদা চঙলকই। মমাঙথংবী লৈশাবীদুনা মহাক্লা পায়রকপা খেট্রী ময়োমদু তেবলদা থম্লগা হায়রকই :-

"তামো, খেট্রী মহাউ য়েংসি।"

"ইথোই, শৎ চঙলকউকো !

ঙক্রা ! খঙনবা মানা মপান্দা লৈথ লৈহৌরগা তামোগা শকখঙনদবা ঐখোয়বু খেট্রী চামিন্নৌ থাজল্লি'শে।" অতোপ্পা লৈশাবী অমনা মানা পুরকপা খেট্রী ময়োমদুসু তেবলদা থল্লগা হায়রকই।

"ঐ মখূৎ পায়রগা চিংশিল্লক্কেশে" হায়দুনা অহুমশুবীদু মখূত্তগী খেট্রী ময়োম তেবলদা 'পোপ' থাদরম্লগা মপান থোকখ্রে।

ইথোইবু লৈশাবীদুনা মখূদাংদা চিংলগা কানুংদা পুশিল্লক্লে। ঈকায়বনা মহাক মমায় পূমঙাং ঙাংখ্রে।

"খঙনবা নঙ তামোগা ফম্মিন্নরম্মু। ঐখোয় থক্লবা ঈশিং, চম্মচ, ত্রে লৌরুখিগে।

লাকও চৎসি ....." হায়দুনা মাবু চিংশিল্লকপা লৈশাবী মমায় কনবী, ঙাঙবা ফবীদুনা মমান্নবী অনীদু হোইদুনা পুখ্রে।

ঐখোয় অনীতা ঙাইহৌরবদা মহাক ঐঙোন্দা নোকফেৎ তৌনা অমুক্তং য়েংলম্লগা ঈকায়না মিহুৎথোঙ মনাক্তা মপান্দা য়েং তুমিন্না লেপ্পুনা লৈ।

মাগী মনাম তারবা অমুবা শমশিং সনা মচুগী অরংবা শমফাবী অমনা চোইথোক্তুনা ফাজিল্লগা থম্বনা মপান্দা ওম্থোকখ্রবসু মায়গী শরুক খরা মখৈদি উই।

ঐনা মহাক্লা কোইদনবা ফিভম শেম্মী ।

"..... পরিক্ষাবু তৌখ্রব্রা ?"

"উম, লোইশিনখ্রে"

"পীকতোনখোয় ইমুংগা নখোয়গা করি মরী থোক্লবগে ?"

"...... য়াম্না নক্লবা মরীনি। মখোয় মমাদো ইমাবোক্নি। ইমাগী মচেনি...."

"নবুং তারেনে অদুদি ....."

"উম।"

মহাক্কী মমায় মপান্দগী লৈশিল্লক্নি।

"ইবোক্তো নাবা-য়েকপা তৌদেকো ..... ?"

"তৌদে।"

ঐনা ব্রাহং সুম হংবা, মহাক্না ইতিং তিংনা সুম খুম্না মসিনদি ব্রারী মপূং ফাবা য়াদ্রে। মাসু ঐসু ইহা হানদ্রে। খরা লায়থোক্লনবা ঐনা মঙোন্দা ফাগি ওইনা হংই :-

"অহিংদি তম্নদ্রেকো .... ?"

মহাক কানুংদা মমায় লৈশিল্লক্লগা ঐঙোন্দা য়েং ইশি শিনা নোকথোরক্লে। ঐসু মাগী মতৌদা নোক্লে।

ঐখোয়'নীনা নোকমিন্নরিঙৈ লৈশাবী অহুমদু ত্রে, ঈশিং জগ, গিলাস চম্মচনচিংবা পুদুনা কানুংদা চঙলক্লে। অদুগা খরা ঙাঙগনবীদুনা নোক্লা নোক্লা হায়রকই :-

"ব্রারী য়াম্না নুংঙাইবা মাল্লিদা ..."

"ব্রাখল নুংঙাইনরিঙৈ খেট্রী চাহৌরশে" তুংথংবীদুনা মহাক্না পুরকপা ঈশিং জক্তু তেবলদা নোক্লা নোক্লা থম্লগা হায়রকই।

খেট্রী চামিন্নবা লোইরগা 'মতাং চারিঙৈ থম্মোয়গী অথুপ্পা ব্রা ফোঙদোক্লহৌরো' হায়দুনা লৈশাবী অহুমদু চাবা-থকপদা শীজিন্নবা পাত্রশিং ফেংদোক-চামথোকপা ওইনা ঐখোয়নীবু হুন্দোক্লম্লগা চৎখ্রে।

ঈকায়থীবী ওইরম্বী মহাক হন্দক্তি ইচঙ য়াম্না থৌরক্লে। ঐঙোন্দা কোইদন ঙাঙবা-শকপা হৌরকই :-

"তামোগী লৈফমসু খঙলে, নোংমা লাক্কে। ঐদি তামোগা অমুক উন্নব ফংবশে য়াম্না নুংঙাই।

ইবোকচাগী ইখোল পৃথ্রী মপান তামোনা অথেঙবা অহিংদা হঙ্গৎ হন্দা চৎখি মফমদো ঙসিদি ঐনা অমুক মহুৎ শীনহৌরে। নোংমদি ইমা ঐঙোন্দা খংখি। ঐনি খঙল কান্দা লৈশাবীনা অহিংদা অদুম্না মপান্দা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবা হৌনব্রা হায়দুনা ইমা ঙাঙখি।"

ঐ মাবু মঙদ্রংদা লৈহন্নীংদে। মঙোন্দা ঐগী ফিরেপ খঙহল্লগে খল্লে।

"ইথোই, ঐগী পুন্সিদি য়াম্না নাতে চাদে। ইপা মশক খঙদ্রি। ঐহাকথক্কী ইমাগী পুন্সি মশানা মশাবু লোইশিঙ্খি। ঐগী পুন্সিগীদমক ব্রাবিরিবী নহাক্কা শকমান্নবী, নীংথিবীনা মপুরোইবনা কাওথোকপিরবী, হল্লকপী ওইনা লৈরি।

অদুনা ঐনা নঙোন্দা থম্মোয় শেংনা হায়জরি। য়াইফ-নুংঙাই ওইবী নখোয়গী ঈরাইরক্তা মতম খরা কোঙ্গোল ওইনা তুমিন্না তিল্লম্বা ঐবু নঙগী ব্রাখলদগী তাকহনবীয়ু। নঙগী পুন্সি য়াইফনবা নঙগী থম্মোয়দা ঐগী মফম পীগে খক খনগনু।"

মহাক ঐগী ব্রা তাবদা খজাইদা মপি নাম্থরক্লে।

"মীরোৎ শক্তম লৌদুনা চঙজফম লৌরম্বা তাৎ হৈবা, নমথাক চাউবা মশূবু ঙাকপিয়ু হায়জরকই হায়না ইবোক্তা খরা তম্বীয়ু" হায়রম্লগা ঐ মাবু কানুংদা মথম্ভা হুন্দোক্লম্লগা মথৌবুংদা লাক্লে।

## তরাতরেৎ

ব্রায়েলশঙদা ইচুম চুম্না হায়জখিবী ইমাগী মায়োক্তা মশামক্কী ঈনা মিতমখিবা মচাবু মীরালচানি, শলান্নি হায়দুনা যেৎখিবা মহাক ওনরেবল জজনা দি, এন, এ, ব্লড টেষ্টকী রিজল্ট তুংইন্না পীরকপা রায়দা মশাগী ইজ্জৎপু লুকমায়দা হাপ্পগা হারুবগুম থোক্লবদা ঈকায়বা, নীংঙমদবনা মশা পূময়োম য়োমখ্রে। মতম অমদা মীরালচানি হায়দুনা লকখৎলম্বা নুংশিবা মচানি খঙলবদা ঙসিদি থম্মোয়গী নুংশি ঈচেল শাফ্ কন্না ঈখায়নীংলকই। উপায় অমা তৌদুনা ঐবু থেমজিন্নবা হোৎনবা হৌবকই।

ইপানা ঐবু যূমদা চৎলসি হায়দুনা মাম্মা বিক্রম পুদুনা গাড়ীগা লোয়ননা কোর্টকী রায় লাউথোকখিবা চয়োল অমগী মতুংদা নুংথিল লাকই। পল অমা লৈখিবনা তূ অমগী ঈচেল ওইরবসু থক্লা থাগী ঈচেলদা অনৌবা ঈনোৎ ফংদ্রিবমখৈ ঈতারকপা ঙমদবগুম চৎখিবা শাজৎ, ঙাঙথোকাখিবা ব্রাকৈনা পাবুংনা ঐবু কৌরবা হেক ঙমখিদে।

ঐগী হিংনবগী ঈফুৎ ফংবা, ইশাগী হৌবকফম খঙজবা ব্রায়েলশঙগী অবোইবা ব্রায়েল-য়াথং পীবা নুমিত্তু ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা, কাউঙম্লরোইদৌবা, নীংশিংদুনতা লৈরগদবা থৌদোক্নি। কলকত্তাগী সেন্ট্রেল ফোরেন্সিক সাইন্স লেবোরেতোবিদগী থারকপা শলাম বারুনবু ঐগী বাইওলোজিকেল কাদরনি হায়বগী পোজিতিব প্রূফ পীবা দি,এন,এ টেষ্টকী রিজল্ট ময়ামদা খঙহল্লবা মতুংদা ফেমিলি কোর্টকী জজনা ঐঙোন্দা মচা অমগী ফংফম থোকপা হক মাগী অতৈ মচাশিংগা পম্ভদনা মান্ননা পীনবা পাবুংদা অকনবা ব্রায়েল য়াথং পীখি।

এডভোকেট ইচেম্মা আনন্দিবু মহাক্কা পীখিবা অচৌবা আইনগী তেংবাঙগীদমক ঐনা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা থাগৎখি। ইচেম্মনা- "মীচমদা

আইনগী তেংবাঙ পীবনা লোয়র ঐখোয়গী ইথৌনি; নহাক্কী ঈগী হৌরকফম, অপোকপা নপা, খঙবগী নুংঙাইবদা ঐসু শরুক য়ারি। হেভ এ নিউ লাইফ!" হায়দুনা ঐগী খূৎ নুংশিনা শোকপীরমখি।

মাম্মা, ইনে, মাম্মা বিক্রম, পাবুং মখোয় পূন্না মাঙ্গোলদা ফম্মিন্না ৱারী শান্নে।

হৌখিবা চহীগী শজিবুগী অঙাওবা নুংশিংনা মতোন থুদেকপীখ্রবা, অদুবু কুমসিগী য়েন্নীংথাদা য়েন্নীং মনৌ হুল্লক্লিবা কাঙদোং ৱাই ৱাই ফারক্লবা মাম্মগী মমাঙ শঙ্গোইগী অৱাং থংবা নাকন, থোঙ্গাল মনুংগী মখা শম্বল পরেং মচীন্দা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীদা মুন্না মিৎ কুপ্তনা পাবুংনা য়েংবদু ঐখোয়গী শঙগী মিহুৎথোঙদগী ঐনা উই।

"হৈনৌশে জাৎ অফবসু মাল্লি। ময়োলসিদি মতৌ থীনা থুদেকপীখ্রেনা...।" মাম্মা বিক্রম্না হৈনৌ পাম্বীদু উরুবদগী য়েংনা য়েংনা হায়রকই।

"ওস্থোকনসু কনখ্রে, হৌখিবা চহীগী শজিবুগী নোংলৈ নুংশিত্তু তাদা।" ইনেসু য়াওশিল্লকই।

"কনখ্রে, কনখ্রে ইবেম্মা। উপল-ৱাপলশিং পূল্লপ পূল্লপ মরু ফুক্লা মাঙহল্লি। য়ুম-কৈ কয়া ফুত্তুনা চেল্লগা শুদেক্তুনা থমলম্মী" মাম্মা বিক্রম্না মখা তাই।

"হৈনৌ পাম্বীসি মহয়দি খরা থীল্লনি..." মাম্মনা হায়।

"ইচা অপূবু ঐনা থুদেক-নৈথেকপীখ্রে...." হৈনৌ পাম্বীদা য়েংনা য়েংনা পাবুংনা নীংঙমদনা হায়।

"খরা থীল্লবসু মাগী পৃথিবিবা মহৈ-মশিং মখা অমুক নৌনা চথনবা মপানা শীল্লো....." মাম্মা বিক্রম্না নুংগী ৱা কাঙলকই।

"ঈশেল, ঐনা লাক্লিবশে অপূবু পুরগে লাক্লিবনি..."

"চাউবগী মমা, নয়ানুপাদু মাগী কাদা লৈব্রা.... ? কৌরুরোদনা..." মাম্মনা ইনেদা থৌদাই।

ইনেনা কৌথোক্লবা ঙাইদনাঐ মপান্দা থোকপা য়াই। অদুবু ঐদি য়ুমদা ইশাগী ফিরেপ হন্দোক্তুনা অমুক চঙলরোই হায়না পূক্নীং চপ লেপ্লে।

থোঙজিন্দা ঐবু য়েং ইনে লেপ্লরে। করি তৌগে হায়রিবনো ইনেগী মিৎয়েংনা ঐঙোন্দা হংলি।

থাপ্নরিবা

মিৎয়েংগী ইঙ্গিৎনা 'লাকও, লাকও' হায়রল্লগা ইনে চৎখ্রে। ঐ হৈনীংদনা চৌক্রিদগী হৌগৎলি।

মাম্মা বিক্রম্মা ঐ থোক্লককপা উবদা কৌশিল্লকই :-

"লাকও, অপূ। নপাগা ঐগা নঙ কৌবা লাক্লিবনি। ঙসিশে নুমিৎ, থবানসু ফৈ।"

মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা ইনেনা থারম্বা মোরাদু অহলশিংনা ফল্লিবা ফক মনাক্তগী খজিক্তং থাপ্লপ থাংদোক্লগা ঐ ফমই । ঐনা ফমথবগা লৈয়োলসু ইমুংদগী ময়ামগী চা ত্রেদা পুথোক্তুনা থোক্লক্লে ।

চা কপ অমমম অহলশিংদা মহাক্না য়েঙ্খোকই ।

"... ইবেম্মদি চা...?" ইনে কাল্লগা লৈয়োলনা ঐঙোন্দা চা পীবদুদা মাম্মা বিক্রম্মা হংলকই।

"লোক চেল্লি হায়দুনা ঐ চা পোত্থারি, তাদা" ইনাক্তা ফল্লিবা ইনেনা খুমই।

ময়াম পূম্নমক ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ। মাম্মনা চারোমদা য়েংই। মনিল কারি।

মহৌশাগী উৎকুম্না তুমহন্নীংবা অখাবা মিৎয়েংগী মহুত্তা পাবুংনা ঐবু নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই :-

"ইপাগী অপূ, ইপাগা লোয়ননা যূমদা চৎলসি । পূম্নমক ঐননি...।

অঙাং ওইরিঙৈদগী ননীং থুংদবা, অৱাৎপদা শরুক ওইরক্লবা ইচানি । ঙসিদি ননীং থুংদবা, অৱাৎপা কয়াগীদমক ইপাদা অমুক্তা ওইনরু লাও...।"

মহাক মখনাউ ফুনগৎলে, ৱা ঙাঙবা থোক্লে...। ফুরিৎখাউদগী রুমাল চিংথোক্লগা ঈহৌরক্লিবা মমিৎ অনীদগী পি তুমিন্না নপথোক্লি ।

ইপানা নুংশিনা কৌবীবা মীকৌ পুন্সিগী অহানবা ওইনা তাবদা ঐগী থম্মোয় তনীকই ।

"হৌখিবা নুংঙাইতবা থৌদোকশিংদুগী মরমদা খল্লুরনু, ইবুংঙো । নপাগা তানরগা নঙগী তুংগী ফনবা থৌরাং তৌরুরসি ।" মাম্মা বিক্রম্মা ঐবু থেমজিল্লকই।

মাম্মগা ইনেগা ৱা ঙাঙদনা, ঐগী য়াকা য়েংনা, তুমিন্না লৈ।

"চা অমুক্তা পায়খিসি তাদসু, ঈবাইসু" মাম্মনা হৌদোরকই ।

অহলশিং চা থকপা হৌনখ্রে ।

"গাড়ী থোঙ্গালদা খাল্লিবনি । নঙগী পুগদবা লাইরিক-লাইশু, নপোৎ-নচৈ হাপচিল্লসি ।" অরোইবা চা য়াউমদু য়োৎশিল্লগা মাম্মা বিক্রম্মা ঐঙোন্দা হায়রকই ।

"মাম্মা, ঐদি যুমদা অমুক হঞ্জিল্লরোই হায়বগী ইশাগী অচেৎপা ফিরেপ লৌখিবা কুইরে ।

ঐগী পুন্সিগী চৈনা কয়াগী হৌফম, ইমানা নীংঙমদনা পুন্সি লোইশিনখিবা মফম – ঐগী ইফমদা যুম অদু কৈশুমশঙদগী হেন্না তমথী ।" মাম্মদা চিংনবা লৈতনা ঐগী পুক্রীংগী ব্রা ফোঙদোকই ।

ঐগী ব্রা তারগা পাবুং মরু লুকথখ্রে ।

"হায়বা ইন্দবা ঐবু ঙাকপিয়ু" হায়দুনা অহলশিংবু অমুক্তং খুরম্লগা ঐ ঐগী কাদা হল্লক্তুনা চৌক্রিদা তুমিন ফম্লরে ।

অহলশিং ঐবু তুমিন্না য়েং লৈহৌই ।

"...চৎলসি বিক্রম । ইচানা ঐবু য়াম্না লান্না লৌখ্রে !" পাবুংনা মাম্মা বিক্রমদা নীংঙমদনা ময়ূম হন্নবা হৌই ।

চয়োল অমা লৈরগা ইয়াম্বনা নুমিদাং অমা ঐবু কৌবা অমুক লাকই । ইয়াম্বনা হায়রৈ:-"পাবুং হান্নগুম যুদা লুপখ্রে । নঙ নত্তনদি পাবুংবু ঐখোয়না নিশাদগী লাপথোকহনবা ঙম্লরোই । পাবুংগী পুন্সি কলহৌবনা ইচীন-ইনাউ ঐখোয়গী অফবা ওইগনি; যূমদা চৎলসি ।"

অসুক কুইবসি ইপানা ঐবু মীচাবোক্লি হায়দুনা ইন্থোক্তুনা থম্বীবদা মখোয়না ঐবু ইমা অমতগী শিয়োম্মুংদগী মালেম ফাওরকপা ইরেমখাক্কী ইনাউনি, ইবুংনি হায়দুনা অব্রা-নুংঙাই পাউহংবীরক্তবা, করিসু লৈত্রবা লন-থুম খরগীদমক 'ইপানা য়াদ্রবনি' হায়দুনা মরী পৎ থদৎনবা মখোয়গী পুকচেল পীকপা ব্রাখল খল্লুরগা শাউনীংলকই । ইপানা ঐবু কাথোকপগী খূদোংচাবা লৌদুনা মখোয় শীংচেপ ওইখিবনি। অদুবু ঐগা করিসু থোক্লদবা মীতোপশিংনদি ঐগী ইচীন-ইনাউ ওইখি, ইপা-ইমা ওইখি।

## থাগৎনিবা

ইপাবুসু ঐ য়াম্না পেন্দে। চিংনবা কয়া মথি ফোঙদোক্তনা নাউয়োক-নাউ-কোনবীরকপদা করি কায় ? কনানা মীরাল মচা মচা শক্লা লুনা-চান্না য়োক-থাকপীরি, মী ওইনবা শেশ্বী-শাবীরি। হৌজিক কনানা ঐগী মাঙজখ্রবশিং মেনখৎপীবা ঙমগনি ? ঐনা চীং কানবা চীঙ্খোঙ কোয়না লশ্বী থিরিঙৈ ইমান্নবশিংদি চীংদোন লোম্না কাখ্রে। অব্বাংবা মফমগী অঙ্গীংবা অশেংবা নুংশিৎ মশাদা য়ৈখ্রে।

খল্লুরগা অশাউবনা পুক্লীং ফাখবা ঙমলক্তদুনা ইয়াম্বু ঐ থৌশানীংলক্লে।

"নখোয় পূম্নমক্না ঐগী হৌরকফম খঙহন্নীংখিদে। ঐগী অব্বাবা উবীখিদে।

ইশাগী হৌফম খঙনবগীদমক মৈশা কয়া লাংখিবা ঐগী থম্মোয় ঙসিসু ওমচাক্লনা নীংঙমদনা লেপ্লি। পুক্সি অসি পূমকেম কেমদুনা মাঙখিদনবা নখোয় পূম্নমক্তগী ঐ লাপ্না লৈবা পামই। লন-থুম, অদু-অদা ঐ করিসু পামদে। ঐগীদি ইশাগী হৌরকফম খঙজরিবা অসিতনা য়ারে।"

ইয়াম্বা ব্রা মখা তারমদ্রে। ঐঙোন্দা অমুক্তং শাউরংননা য়েংলম্লগা কানুংদগী মপান থোকখ্রে।

# তরানিপাল

কনাগুম্বনা ইনশিনবা য়াওরব্রা খঙদে চাউবগী ৱাঙাঙ, শাজৎ মহৌশাগা মান্নদে। মহাক ঐগা ইপূন পুন্নীংদবা, তোৎন- লৈমিন্ননীংদবা অমা তৌই। লাইরিক ঔরাইবদা খঙদবা তাকপীনবা, চুমথোকপীনবা মনাক্তা ঐ শঙদুনা লৈহন্নীংলম্বদুনা মথন্তা মচি অমদা পানবা হোৎনখ্রে। মাগী অহোংবা মতৌদা ঐ মাগা হিপমিন-চামিন্নবা হৈনরক্লে।

নুমিদাংৱাইরম মাম্মা মনিগী মচানুপা অহল শরৎকা নীংথিবীগা অমুক্তং উন্নবা পাম্বদগী মাগী গাড়ী মচাদা পুন্সি খুনগী ইমাগী যূমদা চৎলুই। অদুবু যূম থোঙ লোন্দুনা লৈরম্বদগী কনাসু থেংন-উন্নদনা হল্লক্লে। শরৎকা চখোক্লবা হল্লক্লগা মাগী কাদা ফম্মিন্নদুনা ৱারী-ৱাতাই ঙাইহাক শান্নে। হঞ্জিল্লকপদা চাউবনা ইমুংদা ঐবু হন্দুনা ঙাঙবা তাবদগী ঐ মাগী অপাম্বা-অনীংবা খঙনবা মখা য়েন্নখাদা ফম্লগা তুমিন্না তাই।

"মাম্মদা নত্তনা ঈবাই রনবিরনসু ঙহান ময়ূমদা চৎসি হায়দুনা কৌবা লাক্লম্মে। কোক চৎখিগে হায়দে।

নিঙোলগী চাকখুং তান্নবা লৈহৌরিব্রা করিনো।"

"নবাইতোনবু লান্না খনগনু, চাউবা। মখোয় মপা-মচানা মঙোন্দা কা-হেনবা শাজৎ চৎখিবদুদা ময়ূম চঙনীংদ্রিবনি।

লন-থুমদা মিকাবা মী নত্তেকো, নবাইতোনশে। নখোয়না সুক-শা তৌদনা লৈহন্নীংদবা উৎপদা মাদি কদায়দনো ঐখোয় তাক্লমদনা লোন্না হেক্তা চৎখিগদবা মীশক্নি। অদুম্না তৌরবদি ঐখোয় পুম্নমক্কী মায় খূনি।"

"অদুদি অথৈবা নিংথৌ মচা তারেনে ঈবাইতোন্দি!"

"মসি প্রমান-পাম্বেগা য়াম্না হৈরে! নহৈ-নশিং নমান্নবগা মীমান্নবা খরা খর ঙমজরক্লিবদু কনাগী মপান্দগীনো, হা ?" ইনেনা চাউববু চৈহৎলি।

"মাগী লৈফম পীবতা নত্তনা মপূকসু ঐখোয়না লেম্না থাকপীরিসিদি..."

ইনেনা মচানুপাদা খূবাক থাবগী মখোল তাই।

"মবাইদা 'মা' কায়না !"

ইনেনা ঙাঙবা লোইবগা ইকান কান্নদনা মমাঙথোঙ 'গম' লাউনা হৌন মখোল থোক্লকই।

"হায়! পূকফত্তবা, পূকচেল পীকপা মচা! নুপী পুগে-পুশিল্লক্লোনে। নঙগী শরুক খাইদোকীপরগা তোঙান পীজবীরগেনে।" ইনেনা মচা চাউবদা লাউনা চৈরকই

অমম্বদা মহাক শহুম চাউনা থোক্লকই। মহাক ঐখোয়নীগী অৱাং শঙ্গোইদগী শেম্বা কাদুদা থোঙনা নাম্মা মখোল থোক্লা ইম্বোক্লগা চঙখ্রে।

মৈ লোড সেদ্দিং লৈখিবনা অদুগী মথক্তা, অমংবা অমুবা নোংদুমশিংনা অতিয়া কুপশিনখিবনা ইমুংদা লালটেন থাউমৈ থাল্লবসু মপান্দদি মমখ্রে। ইনভর্টর লৈবা মাম্মা মনিখোয়গী যূমসু তূংশিন্দুনা থম্বা মৈ য়ামদ্রব্রা করিনো মপান্দা মৈ থান্দ্রে।

ঐ অমম্বদা থোঙ্গালদা তপ্না তপ্না থোরক্লে। নোংসু খরা খরা খিকপা হৌরক্লে।

হূই অঙাওবা শাদুনা লম্বী-লম্মাঙদা কোয়চৎ চৎলুরগা ফি-রোল ইচোৎ চোৎনা হঞ্জিল্লকপা মতমদা চাউবা ফমুংদা ইশি শিনা তূমলপ্লে। তেবল মথক্তা ঐগী অশেম্বা চাক পয়াগী চাকউপ অমনা উপশিল্লগা থম্লম্মী।

ঐনা ফি হোংবা হোৎনরিঙৈ ইনে চঙলক্তুনা ঐঙোন্দা ঙাঙলৈ :-

"অহিং সুক থেঙলবফাওবদা কদায়দা চৎলুরিবনো নঙবো! নফি-নরোল নোংনা পূমচোৎ চোৎলেনে! নকোক-নরুদু খূদৈ অকংবনা শেংনা তৈথোকউ। নকোক চীক্তনা নাবা তারে।"

ইনে ফমুং মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা চাউবনা তূম্লিবদু য়েংই। অদুগা ঙাঙই :-

"তূম্লিনে তৌরিশে ফমুংসি খা-ৱাং থুংনা তূমই। য়াহিপ্না থীরিবা! ঙাঙনবনা ৱারিবা !

হায়, চাউবা! চুম্না তুম্মুনহে নশাদো। নবাইগী তুম্ফম লৈত্রেনে। মশাশিসু হুমাংনা ইনগ নম্লী তৌরিশে।"

চাউবগী য়াহিপ নীংথিনা শেম্বীরম্লগা ইনে থোকখ্রে।

ফি হোংবা লোইরগা চাক চানবগীদমক ঐ চৌক্রিদা ফমথরে। চাকউপ হাংদোক্লুনা চাক- য়েঙ্খাং, ঈশিং পাত্রশিং তেবলদা শীন্দোক্লে। চাবা হৌরগে হায়দুনা মপান্দা পুত্নাই পুথোক্লুনা খুৎ য়েৎকী খুৎশাশিং ঈশিং থাদুনা শেংদোক্লুরগা চৌক্রিদা ফমদুনা চাক খনা খোঙ্খরগা য়েঙ্খাং মহী হৈজিন্দুনা পুখমদা তোৎপা হৌরকপদা ফমুংদা কাঞ্জল মনুংদা নাখোক্লুনা ভূল্লিবা চাউববু উরে। মহাক্না মমাদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু খঙনীং নীংশিংলক্লুনা লাম্বনা ভাওরম্লমা পুক চাদনা ইথন থনগৎখ্রে। অদুবু চাকফম ইকায় কায়দনা থম্লম্লবাদি মাম্মগা ইনেগনা করি খনখিগদগে খন্দুনা নমফুদা চাক খোঙ্খবা মরি মঙারক চাশিল্লগা ঈশিং যাউম মনীবক থকচিল্লি।

অহিং মীচিক- মীরাউখোল তারক্লুবা মতমদা থম্মোয়গী নীংঙাই থেম্লবা নীংশিং চেজল বইদা ঐ কলম লেপ্পুনা খোৎলি। অদুবু লেপ্পুনা চুথরক্লিবা অথেঙবা অহিংগী মযেক শেংলবা নোংজু মখোলনা নাউশুম ঈশৈ হন্না হন্না শক্লুনা থেম্বীরক্লবদা ইশাশে মুম্বরক্লে। হাকাম লাক্লে: চোকথরে। কলম পায়বা ঙমলক্লে। কলম থাদোক্লম্লগা ঐ ফমুংদা তুম্না চংলে।

চাউবা ঈংবনা হুইগুম মশা কোনশিল্লগা হিপলম্মী। মশাদা হকথংফি শুপচিনবীরে। ঐসু হিপ্পা চন্নবা মাগী কোনশিল্লিবা মখোঙ অনী মশা নোমদুনা হৌদোক্লগা তিংথোকপা হোৎনৈ।

মাগী মশা মপৃং ফানা ফুদোকপা ঙমদনা ঈংথখ্রবা হুমাংনা নপ্লি।

## তরামাপল

মাম্মা বিক্রম অযূক্তা লাক্কুনা ঐঙোন্দা চিক্লা ব্রবি শারৈ :-

"অপৃ, নহাক মুন্না অমুক্তদি খম্লৌ। নহাক্লা য়ুম চঙলক্রুবদি নপাশে শিরনি।

চাকখাউ শোক্লে খঙনা খঙনা য়ু থকপা লেপ্পে। হৌখিবা অরানবা কয়াগী নীংঙমদা মৈচাক্লা মথম্মোয় ফাবা ঙমদে। নয়াম্বগা নচলগনা য়ু থকপদদি লেপ্পীরো; মখোয়গীসু খরা খনবীয়ু—কপ্পনা, খুরুম্মদনা হায়জবা মঙোন্দা করিসু থৌশাবা লৈতে। নপাবুং তুরনি, কুইররোই।

নঙগীসু পেন্দবা, নুংঙাইতবা কয়ানি; অদুবু নপাবুংগী পুন্সি কনবদি ফৈ।"

ঐ ব্রা ঙাঙদে, ফমুংদা কোক নোম্থরগা তুমিন্না লৈ।

মাম্মা তেবল মথক্তা মরোল মরোল পৈরিবা ঐগী লাইরিকশিং, ব্রারীমচাগী শৈরেংগী খুৎই বইশিং লৌথদুনা য়েংলগা হায়রকই :-

"নপানা য়ুমদা লৈহৌবা নঙগী বই, লাইরিক পুথোক পুথোক্তুনা য়েংলগা পঙকপ্পা কল্লী। মপূক নাবা, শাওগৎপা কন্না হৌরক্ললফাওবদা ফক্লাংদা ঙারগা মনাক্তা থকখিবগী হাঙনা লৈরিবা গিলাস্তা য়ু অমুক থন্না হৈরগা থকচিল্লি।"

ইপাগী অরাবা পাউ কয়া তমদুনা ঐবু খন্থনবা কন্না হায়রম্লগা মাম্মা হনখ্রে!

ইপাগী পুন্সি! ঐসু কন্নীংই। ইপাগী পুন্সি কনবগা য়ুমদা চঙবগী ব্রাফমগা পুনশিন্নবসিদনি ঐঙোন্দা লুরিবা। ঐ খঙই — য়ুমদুগী মখা চুড়ীদনি, ঐগী খোইরী-নাউফম ফুমথ্রিবা। ঐগী শীংলীদা চেল্লিবা ঈসু পাথাং-পুথাং খুত্থাং তত্তনা চেম্থরক্লিবনি।

ইপুদো নীংশিংলকই ...

মাগী খুইরবা, উনশা ইশুপ শুপ্পবা নঙ্গলদুদনি ঐনা নাউথী শাজখিবা; হরাউনা নোক-খেজখিবা, তূমজখিবা।

ইমা-ইপানা ইপুগী মাঙদা ঐবু ফূবা- চৈবা, তাথী-তাওইনা ঙাঙবা য়াখিদে। ঐনা কপ্পগা, নীংঙাই তৌরগা ইপুনা ঐবু মনঙ্গলদা নাহোংনা পোখৎপীখি। অদুগা ঐগী খূত্তা তখেল্লে, কুন্দালৈশিং হেক্লুনা পায়হল্লগাকোয়চৎ চৎ ঈশৈ শক্লুনা নীংঙাই থেম্লীখি।

কুন্দালৈ কুন্দালৈ

শুমাঙ মতোনগী কুন্দালৈ,

তখেল্লে তখেল্লে

ইঙ্খোল মচিগী তখেল্লে।

লৈশক হেনবী তখেল্লে

লৈনম চাউবী তখেল্লে.

লৈরাং নখোয়বু লৈনুংশি

ইশৃগী পূক্লীংনা খোইদাইদো।

ইপু লৈখিদ্রবা মতুংদগীনি ইপানা ঐঙোন্দা কন্না তাথী- তাওইরকখিবা। ইবোক্তি ঐনা মীরোল তাদ্রিঙৈ মপুরোইবগী মাঙ থানা লাইগী খুয়া তানখিবল্লে। হাক্তনবীনবা লৈত্রবা মতমদুদগী ঐগী পুন্সি ইতু পোন্না হিংলকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী থম্মোয়দা ফংলকখিবা চৈক্ৎ কয়াগী চৈনাশিং মরক্তা ইমা লৈতবা নুমিত্তা ঐনা লৌখিবা অকনবা ফিরেপ ঐগী পুন্সিনা কৈদৌঙৈদসু হোংদোকপা ঙল্লোই। অদুবু ঐ তোখাই তাবদি য়ারোই। ইপাগী পুন্সি কন্দ্রবদি লাই ওইম্রবা ইপুনা ঐবু শোয়দনা ব্রারৌগনি।

মপান্দা চাউবনা মপাদা তমই :-

“ঈবাইবু মাম্মা বিক্রম্মা হৌজিকসু কৌবা অমুক লাক্লম্মী। মাম্মসু নারি হায়রম্মী...”

“নবাইদি করি হায়খি.... ?”

“করিসু হায়খিদে। করিগুম্না মাম্মদু ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি ঈবাইনা লানগনি।”

ইচল লৈম্লানা ঐবু ফোন অমুক্তা পায়হনবীরকউ হায়রকই হায়দুনা মাম্মা মনিগী নুপী ইনে রাধে ইনাক্তা লাকই।

ঐ মখোয়দা চত্তুনা ফোন পাযবে। ফোন্দা ইচলনা কপ্পি কপ্পি হায়বকই :

"তাতোমচা..... নহাক হল্লক্লো. .. পাবুংগী পুন্সি অমুক্তা কনমিন্নসি..."

"ইবুংগী ইবেম্মা, তাতোমচা যূমদা য়াম্না লাক্লীংই; অদুবু...."

"পূম্নমক কাউথোক্লবসি, তাতোমচা । পাবুংগী পুন্সি কন্নবা নহাক যূমদা হল্লক্লো..."

"ঐ..... হল্লক্লবোই.... ইবেম্মা...."

"তাতোমচা ! নহাক থম্মোয যাম্না কল্লি ..... নবৌ যামনা চাউই..."

"ইবুংগী ইবেম্মা, যূম অদো তাতোমচাগী থম্মোযদা চাক্লিবা মৈচাক পূম্নমক্কী হৌর্ফম্নি। তাতোমচাগী পুন্সিবু তাঙ্গোই তানা চাকথেকহনবদু নহাক পাম্লা. ?"

"অদুদি হাযযু, তাতোমচাগা ঐখোযগা পুন্সিগী। মবী তৎনবগদ্রা . ?"

"কাবিগী তৎনকগনি, তাতোমচানা নখোয পূম্নমকপু নুংশি ইযাম্বস্, নঙসু, পাবুংসু... ."

"অদুদি পাবুংগী পুন্সি কন্নু "

"কনগনি; শোযদনা কনগনি..."

"যূমদদি হল্লক্তনা কবম্না কনগদৌবিবা... ?"

"ইবুংগী ইবেম্মা, যূমদা লৈমিন্নবা থক্তনা ঐখোয নুংশিনবদ্রা? থাপ্ল থাপ্লবা মীবমদা লৈবিবা ইবৈবাকচাশিংনা ইবমবু কাউথোক্লব্রা, নুংশিদ্রব্রা ? যূম্নাক শাগৈ ওন, মযূম পানখ্রবী নিঙোলগা মমা-মপা, মচিন মৌপ্রাশিংগা মবী তৎনবব্রা?"

"অদুবু মখোযদি নোং-ফাদোক্তসু মবমদা লাকই, মপামদা লাকই। তাতোমচাদি নোংমতসু যূমদা লাক্লবোইদ্রা ?"

ইচলগী য়াহংগী পাউখুম পীদনা ঐ ফোন পাযবগা তুমিন্না লৈ ।

"হাযযু, তাতোমচা নহাক যূমদা নোংমতসু লাক্লবোইদ্রা ?" ইচলনা পাউখুম তকশিল্লকই ।

"ফবে, থম্মোযগী মবী শোলহন্দনবগীদমক ঐ যূমদা নোংমা লাক্কে। অদুবু নখোয় কনাগুম্বা অমত্তনা ইমা লৈতবা নুমিত্তা লোনখিবা থোঙদু তাতোমচাগীদমক হাংদোক্কে খনগনু।" ঐনা খুমই।

"তাতোমচা....!"

ঐ ফোন থন্নে।

ঐনা ইমুংদগী থোক্লকপদা ইচলগা ঐগা তেলিফোন্দা শান্নবা ৱারী চাউবনা দাড়ীদা মখোঙ য়াম্ব ফম্নগা তুমিন তারম্মী। মহাক মপি তারম্মী। ঐ মহাকপু উশিন্নদনা লাক্লে।

# কুন

অথেঙবা অহিংদা শরৎনা ঐবু থোঙ কয়া থিন্দুনা হৌদোরকই।

থাবল ফবনা শুমাঙদা পূল্লে। অহিংসিদা পাবুংগী অনাবা য়াম্না কন্না হৌরক্লে, ঐ য়ুমদা খূদক্তা লাক্লবা ইচলনা ফোন তৌরকই হাবংগী পাউ পীরবনি।

"ঐসু নঙদৌনা, ইশি শিনা, নুংঙাইনা তূমথকরে; ফোনসু ফনা কুইনা শাংনা খিংলবজাৎনি...." পাউ তস্বা লোইরগা মহাক্লা হায়রকই।

"অদুদি নখোয় গাড়ীদু পুরগা থরা চৎমিন্নরুসিদনা, নহাক তূস্বসু কায়রে...." ঐনা হৌদোকই।

"চৎলুসি য়াই।"

"ইবুংঙো, থরা চৎসি। নঙ বাজিসু য়াওগে। হৃন্দোক্লবা, খত্তোক্লবা য়াবা নত্তেনে।" মাম্মনা মাঙ্গোলদগী হায়রকপনি।

শরৎনা ঐ হৌদোক্লবা হোৎনবগী থোঙ থিন্দুনা লাউ-খোংবদা মাম্মগা ইনেগসু মিকপ থোক্তুনা ফমুংদা ঐখোয়না ঙাঙনা-শান্নবিবা ৱারী পূম্নমক তারবজাৎনি।

"অথেঙবা অহিংদা নখোয় নহা ঙাক্তা চথোকপা হায়বসিসু শিফাই, পুলিস থেংনরবদি লান্না লৌগদবনিনা নঙ মাম্মা য়াওহনবসু ফৈ।" ইনেনা মখা তারকই।

"ঈবাই, ঐসু চৎপা য়াওনি" হায়দুনা চাউবসু ইমুংদগী মপান থোরক্লে।

য়ুমগী মীশিং পূক্লীং চাউথোকচনবা ফি শেৎত্রিঙৈদা ঐখোয় থুনা য়ৌরক্লগে হায়না ফোন্দা অমুক খঙহনখ্রে।

গাড়ীনা চংপগী মথক্তা লমসু পঙথাপ থাপ্লদবনা মিনিট তরামুক্তা ঐখোয় য়ুম য়ৌরে। খোঙ্গাক্তদা গাড়ী খাল্লগা ঐখোয় মরী মরী চঙশিল্লকপা উবদা অনাবা পুখৎনবা শুমাঙদা লাংলিবা মী পূম্নমক হরাউনরে । ইয়াম্বগা ইচলগা ঐ উবদা লাংহিকমুক্তা চাউনরল্লবা মপৃক্লীংশিং খংচাউ চাউথোক্লরে ।

"পাবুংগী মী কনাসু ৱাংত্রে ! তাতোমচাসু মাম্মসু লোইনা য়ৌরক্লে" ভান মনুংদা লায়েংশঙদা পুনবা ময়াম চঙদুনা থাঙ্গৎলিবা পাবুংদা ইচলনা হরাউনা তম্ই ।

"অপূ, নহাক য়ৌরক্লবনিনা নচলনে, নচীন-ননাউনে নপাশে নখোয়না শেন্নরো"মাম্মা বিক্রম্না থবক শীন্দোকপা হৌরকই ।

পাবুংবু মাম্মা বিক্রমগী ভান্দা হাপ্লগা পু শরৎখোয়গী মারুতিনা মতুং ইন রিমস তম্না লেপ্তুনা গাড়ী থৌরক্লে। ইচলনা মরক মরক্তা পাবুংগী মশাদা কারিবা হুমাংশিং অমোনবা লংজমগী অঊৌবা ফি মচা অমনা তৈথোকপীরি । অনাবা ঙাইহাক ঙাইহাক পোত্থাবদা মনাক্তা ফমদুনা মাবু শেন্নবা য়াওরিবা মচা ঐঙোন্দা পাবুংনা হেক হেক য়েংলকই । করিগুম্বদা পাবুংগী মিত্তগী চাইরুংদা পি নাম্থরকই। ইচলনা য়েংবা নুংঙাইতদুনা তৈথোকপীরি । পাবুংগী মতৌ উবগা ঐগী থম্মোয়সু য়াম্না থোখরে।

রিমসকী কেজুএলতি ৱার্ড মনাক্তা গাড়ী তপ্না খাল্লগা পাবুংবু ঐখোয়না শৌগৎলগা হৌগৎহল্লে, অদুগা মপাম্বোম য়েং-ওয় ইয়াম্বা ঐখোয়নীগী লেংজুম নাকল অমমমদা শৌহন্দুনা মশাদা কোনবীরগা ৱার্তা তপ্না পুশিল্লি। মাম্মা বিক্রম, শরৎ, চাউবা মখোয় খরনা মিং চন্নবা, ডাক্টর পন্দনা য়েংহন্নবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনৈ। ইচলগা মাম্মগনা য়ুমদগী পুরকপা ফি-রোল, পোৎ-চৈশিং পায়রি ।

অহাঙবা ফমুং অমদা পাবুংবু তপ্না হিপথহল্লগা ডাক্টরবু য়েংহল্লে। ইয়াম্বনা হান্না য়েংবগী চে-চাং, এক্সরে ফিলমনচিংবা পূম্নমক পুথোক্তুনা ডাক্টরদা য়েংহল্লি । পূম্নমকশিংদু কৃপ্না য়েংলগা ডাক্টরন হায়রকই :-

"নখোয়গীসিদি ওপরেশন লৈবা অনাবনি; অনাবসু কন্না হৌরক্লবনিনা ওপরেশন পন্থবসু য়াররোই । অদুবু নখোয়গী কনসর্ন ডাক্টরদুদি মসিদা পুবা সর্জন্নি। ঐ মাগা ফোন্দা ৱারী শান্নগে ।"

ফোন তৌখিবা পূংখায় ফাদনা মহাক মাগী ক্বাটরদগী গাড়ীদা কেজুএলতি ৱার্তা য়ৌরক্তুনা অনাবা য়েংলরে। ইয়াম্বা, মাম্মা বিক্রমহোয়গা থাঙ থানবা ৱা তানরে। ঐখোয় হীদাক-লাংথক, থাঙ থাবদা চঙগদবা ঈগী কোয়চেন চেনবা হৌরে ।

**লাইবক থীবা হায়রবদুনি, পাবুংগী 'এ' পোজিতিবকী ঈ কাঙলূপ ব্লড বেঙ্কী ষ্টোক নীল ওইরম্লে। শর্জন্না ঐখোয়গী নহা শাফবা কয়া লাকই হংলকই। "মরি লাক্‌ই" – ইয়াম্বনা খুমই। "অদুদি মখোয় খুদিংমক ঈ শেম্পল টেষ্ট তৌথোকসি"- ডাক্টরনা খঙহল্লকই।**

রিমসকী ব্লড টেষ্টিং সেন্টবদা ঐখোয় নহা মরি ব্লড শেম্পল টেষ্ট তৌথোক্লে। পাবুংদা ঈ পীবা য়াবদি চাউবা ঐখোয়নীদা ওইরম্লে। পাবুংগী থাঙ থাবদা চঙগদবা ঈ বোটল অমা চাউবা ঐখোয়নীদগী লৌবে।

থৌরাং পুম্নমক লোইববদা পাবুংবু ইয়াম্বা, শরৎ, মাম্মা বিক্রম মখোয় অহুম্না ফমুংদগী ষ্ট্রেচরদা থাঙ্গৎপীবগা ওপরেশন থিয়েটর ব্লোকলোমদা ইন্দুনা পুরক্লে। ওপরেশন থিয়েটরগী থোঙজিন্দগী পাবুংগী ষ্ট্রেচব নর্শ অনী অমগা ডাক্টব অমগনা ওক্লগা ওপরেশন কা মনুংদা তপনা ইনশিনখ্রে।

ইচলনা পাবুংগী ওপবেশন অশোয অ ,ম য়াওদনবা ওপরেশন খিযেটব ব্লোক্কী মপান্দা শঙনুং লম্বীগী অব্রাংথংবা নাকন্দা মমায অব্রাং ওন্না লাইদা অথু: - অহাও, অকৎ- শেল অচোইবা, কমলা, কমলাদুদা মনাম নুংশিবা ধুপ মচৈ অহুম যং, কেন্দল অমা মৈ চুখৎলগা থান খু খুদক কুন, নিং উইশিন, ইপাগী য়াইবী থরায খু... য়না নী মিত্তগী পি শিন্থনা খুরুম্মী। ইয়াম্বা, ঐ, মাম্মা অনীসু ইচলনা খুরম্বা লোইবগা মথং মথং লাই খুবম্মী।

থাল্লিবা কেন্দল মৈবী চুম্না নীক্তনা চাক্লি। মৈগী অফবা খুদম উবগা পুম্নমক্কী ব্রাখল লৈতানরি।

থাঙ থাখিবা চয়োল অমগী মতুংদা পাবুংমী অমনা শেন্নরগা হৌগৎ-কাংখত্তুনা মপান-ইপান থোকপা, চৎপা ঙম্লে। চয়োল অনী শুবকপদা য়ুম চৎননবা মাবু থাঙ থাবা সর্জন ডাক্টরনা ডিসচার্জ সার্টিফিকেৎ পীবে।

মাম্মা বিক্রমগী ভান্দা পাবুং য়ুমদা ইয়াম্বা অমদি ঐগা লোয়ননা লাযেংশঙদগী নুংথিল কুমলক্লে। ইচলদি চয়োল অমগী মমাঙদা য়ুমদা কুমখ্রে। চাউবা' মপা-মচাদি শরৎকী মারুতিদা থাঙ থাবা নুমিৎকী অহিংদুগী নোংঙাল্লকপদা পাবুং থাঙ থাবা লোইবগা ময়ুমদা হনখ্রবনি।

গাড়ী মনুংদা ফল্লিবা ঐঙোন্দা মপূক্লীং পেন্না য়েংলগা পাবুংনা হায়রকই :-

“ইপাগী হিংনবা অনৌবা থৌনা ইচাতোম্বনা পীরে। ইচাতোম্বগী হিংনবা লম্বীসু ইপানা শেমগনি।”

“নমৌশিংগী সেবা ফংদনা নশূশিংগা নুংঙাইনা হিংখিগদবনি” মাম্মা বিক্রম্না গাড়ী থৌনা থৌনা হায়রকই।

থোঙ্গালদা ইচলগা ইনে দাশুমতিগা পাবুংবু মৈ ওক্লবা ঙাইরম্মী।

পাবুংবু ইযাম্বগা ঐগা শেন্নদুনা গাড়ীদগী তপ্না কূমথহল্লে। মৈ ওকথোকহল্লে। ইয়াম্বনা পাবুংবু লেঙ্গোনবীরগা ঙাকপি, খোঙথাং তপ্না তপ্না থাংমিন্না যূমলোমদা চঙশিনবা হৌখ্রে।

“তাতোমচাদি থোঙ্গালদগী 'সুম হল্লগে...” ভান্দগী পোৎ-চৈ থাংথবা য়াওবীরগা ইচলদা ঐনা হায়।

ঐগী ব্রা তাবদা মহাক ঐঙোন্দা নীংঙমদনা তুমিন য়েংলকই। মমিত্তা মপি ঈরা থাংলক্লে। খজাইদা ঈচেল নাইনা চেম্থরক্লে মপিশিংদু।

“তাতোমচা.... নোংমা.... লাক্লগা.. ফি-রোল... শুবিরগেকো...”

মহাক কপথোরক্লে।

মনুংগী-ব্রা, ঐগী ফিরেপ খঙলবা মাম্মা বিক্রম' মতৈ-মনাউ ইচল ঐখোয়নী ইতৌশিং ফুম্বংননা তুমিন য়েংলগা লৈ।

ঐ হন্নবা খোঙ থাংবা হৌরে। নাকোংসিদা ইমা লৈতবা নুমিত্তা ঐ চঙলক্লনবা ইপানা থিংখিবা খোঙগী মখোল খোন্থাং য়ৈরকই।

# কুনমাথোই

শলাং তাবা অশম্বা শল্লম লম্বীদা ইথন্তা খোঙনা অসুম লাকপদা চীংদোন্দগী লৈথখ্রিবা নুমিৎকী সনা অহিংবা মচু লোক্লিবা নোংচুপথংবা অতিয়া, মাগী মপান নাইদ্রবদা ব্রাংনা পাইরিবা মনীংতম্বা চেক্লা ঐনা উই। মশাশিং শন্দোক্লুনা মহাক্লা কয়াদা নুংঙাইনা পাইরিবা! আশাগী সনা মচু লোক্লবা ব্রাখলগী মরেপ ঐসু লামই। ব্রাখলগী তুফাং খপ -খপ্পুনা ঐনা ব্রাংনা পাইখৎলি। মালেমগী নুংশিৎ-নুংশা ওম্না ইশাদা যৈহল্লি।

কাশঙদা চুমদ্রিং চঙশিল্লুবদা তেবলদা চিঠিখাউ অমা লৈবম্মী। ঐঙোন্দা ইরকপনি– কনানা থারকপনোদি খঙদে, চিঠিখাউ মথক্তা মমিং ইরমদে। গম চেৎপা চিঠিখাউগী অহাঙবা মতাই নাকন অমা খুৎনা শেগাইরগা চিঠি লৌথোক্লে। নীংথিবীনা ইবকপা ওইরম্লে। ইশাং শাংদনা ইবকই–

তামো,

**নহাক্কী মতম কুইনদগী লাইনীং ওইদুনা লাক্লবা ঈগী হৌরকফম খঙবগী নুংঙাইবদা নচলসু শরুক য়াজরি। হৌজিক্তি য়েক-শলাই, হৌরকফম খঙলবনিনা পূক্নীং লৈতানা মহে তম্বা মখা চম্থবীদুনা মতীক চাবা মী ওইনবা হোৎনবীয়ু। লাইবক থীবী নচলসু লম্বী অমা ফংজরে। লাক্লিবা লমতাগী ১৪ নি পানবা নুমিত্তা ঐগী পুন্সি-লৈপুল নৌহৌননা শেমগদবা নুমিৎনি।**

**ঐ ঙসিদি মমা হায়বদু ওইরনি খল্লুবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাই। মমা মীরোল তাদ্রিঙৈ কায়নরবী, লাইবক থীরবী অঙাং নুপীমচাদু ইথাদা নুংশিনা চেৎনা কোল্লুরনি।**

**নুংশিবগী মচু শঙনীংদবা তামোগী থম্মোয়দো পূক্লীং অনী লোঙদনা মিংচৎ উরোং খিন্নবা কন্না হোৎনবীয়ু।**

**নহাক্তবু য়াইফনবা খঞ্জরিবী-**

**নীংথিবী**

ঐ মাগী চিঠি পারুবগা ইশা ইথন্তা নীংঙমদবা কন্না পোক্লকই। মহাক্লা ঐবু কয়াদা ৱানা ঙাইরমগবা! ঐগী পুন্সিগী নোংলৈ-নুংশিৎনা নেমগ্রবা মতমদদি মহাক্লা কদায়দনো....।

ইনেগী মনাক্তা চত্তুনা চিঠিগী খোঙ্গুল লী, ৱারী-লীখুন খঙনবা হোৎনরে।

"মমা-মপানা মচা নিঙোলদো, কায়নথংদবুদি, মশাগী অপান্বা থুংহনগে-খঞ্জবনি; অদুবু মচানুপীদুদি লুহোংলুরে– নশা নশা উন্নদুনা অরেপ্পা লৈখাই অমসু তানদ্রে।

নুপাদো সরকারগী স্কুলগী ওজা ওইরমাল্লে। ইনাক-কৈরাকসু য়াম্না খুল্লি হায়। অহানবা ফংজবা মচানুপীদুনা থাবুম ৭ ফাদ্রিঙৈদা মাগী নুপীদু লৈখিদবনি হায়রি। অঙাংদুগী 'ইমা' হায়বা অহানবা মীকৌফম মঙোন্দা ওইরগদবনি।"

ইনেগী ৱা তারগা ঐ তুমিন্না কাশঙদা লাক্লে।

মাগী অনৌবা পুন্সি- লৈপুল শেম্না নুমিৎকী অয়ূক্তদা ঐগীসু ঙমজবা অচম্বা খূদোলপোৎ খরা ইচলগা লৈয়োলগা থাদুনা থিলহল্লুই। খূদোলপোৎশিংগী মরক্তা চিঠি অমদি হাপখি। মাগী পূক্লীং নৌথোক্লবা ৱাদি ঐ ইখিদ্রে। ঐনা হায়খিবা হায়ববু –

**ঐগী চন্নবা খূদোল এলার্ম য়াওবা ফক্লাং ঘড়ী অদুনা মতমগী মমল খঙনা শিল্লবী য়ূমগী মৌ অমা ওইনবা মখোয়গী তূমফম কাদা থেৎপীয়ু; অদুগা এলবম অদুনা ইমুংগী মতম মতমগী কাউঙমদ্রবা শক্তম-ফোটোশিং হাপচিন্দুনা ঈংনা-লৈতানা, চায়-চিন্নবা লৈমিন্নবদা মতেং ওইনবা 'ফেমিলি এলবম' ওইনা শীজিন্নবীয়ু। অরোইবদা মমা নৌনা কায়নরবী, লাইবক থীরবী নুপীমচাদুদা অশেংবা মমা অমা ওইবগী নুংশিবা পীবীদুনা মীয়োক-মীচান ফজবী, মচাবু মী ওইনবা খনবনা ৱাখল লাইনীং ওইবী, মপুরোইবদা মীনম-শোরি লীচৎ চত্তবী য়ূমগী নুপী অমা ওইনবা নীংশিংখি।**

থাপ্নরিবা

মহাক্লা নৌনা য়ুম পার্নাখবা থা অমগী মতুংদা পাবুংগা তানরগা ঐ দিল্লিদা লেপ্লুববা মহে মখা তমথবা চৎলে। চহী অমা খবা হেল্লকপদা ইচলনা ঐঙোন্দা থারকপা চিঠি অমদি মচু ফোটোশিংনা ঐবু পূমঙক ঙকহল্লে।

ফোটোশিংদুদা নীংথিবীনা মহাক্লা নাউকোল্লিবী অঙাং নুপীমচাদু পল্লগা মমা-মচা খজাই-খজাই থেংননা হবাউ-নুংশিনা লৈমিন্নবা, অদুগা ঐগী ব্রাখল থাদোক্লবা হাযগ্লবী ইথোইগীসু য়াওরক্লি। করম্না, কনাদগী লৌকবিবা ইথোইগী ফোটোনো খঙনীংদুনা ইচলনা থাবকপা চিঠিদু পাকবদা থেংনৈ-

ইচে নীংথিবীগী নুপাগা ইথোইগা স্কুল অমত্তদা ওঝা ওইমিন্নরে। নোংমা অয়ূক অমা ইচেনা ঐবু মখোয়দা চাক কৌই। মাদি ইথোইগা ঐগা শক খঙননবা থৌওইনা শীনবা ওইরম্রে। নুমিত্তুদা ইচেনা ঐঙোন্দা ফোটোশিংদু শীন্নবগা লোয়ননা হায়রকখি– শে, ফোটোশিংশে নহাক্লা নখোয় তাতোমচাদা খরা থাখো। অদুগা নহাক্লা মঙোন্দা 'নীংথিবীদি মপুরোইবা, মচাগী নুংশি থৌরিনা পুল্লে। মহাক্কীদমক ব্রাজরিবী, শকমান্নবী ইনাউবু মিরাইবীদনবা নচেনা হায়জরকই' খরা ইখো।

16703 [illegible]



**মুহেন চোংথাম**

ইং ১৯৬৪ গী এপ্রিলদা পোকই। মশাগী অশেংবা মমিংদি চোংথাম মুহিন্দ্রো সিংহ হায়বসিনি। মহাক নোংচুপ হারম খোর্জে লূপ লিংখৎলকপদা জেনরেল সেক্রেটরি ওইনা মরুওইবা থৌদাং লৌরকপা মীশক্নি। অদুগা ইম্ফাল ৱেষ্ট য়ুনিয়ন ক্লব, সগোলতোংবগী প্রসিডেন্ট ওইনসু থৌ পুরম্মী। হৌজিক হৌজিক ওঝাগী শিনফমদা লৈদুনা নৌরিবা মহৈরোয়শিংবু তাকপী তম্বীরি।

**মাগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি -**

ঈথকসু ঈচেন্দা (খূৎশম্লনা পুথোকপা ৱারীমচা — ১৯৮৯)

মমী তমন্লবা য়েন্নীং (উপন্যাস — ১৯৯৬)

থাপ্লরিবা (উপন্যাস— ২০০৪)